# মণিপুরী ফুঙ্গাৱারী

## ( অনীশুবা শরুক )




জিনদুনা ইথোকচবা

কৱ্রম্বম নীলকান্ত সিংহ।

# মণিপুরী ফুঙ্গাৱারী

( অনীশুবা শরুক )

খোমজিনদুনা ইথোকচবা

কৱ্রশ্বম্ নীলকান্ত সিংহ।



অহানবা ফোঙবা ঃ- ২০০৭ ইং।

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী
থৌরমদা লাইরিক 'অসিগী' মায়খুম হাঙদোকপীখি।

পাম্লোইবী পাব্লিকেসন, আসামগী
মায়গৈদগী কব্রম্বম সুকান্ত সিংহনা ফোঙজবা

কোপী মশিং ঃ-১০০০।
মখুম ঃ কব্রম্বম নীলকান্ত সিংহ।

হক পুন্নমক ঃ খোমজিনদুনা ইথোকচবগীনি।
খুমন প্রিণ্টার্সনা, ময়েক শাগৎপা ঃ- কব্রম্বম সুকান্ত সিংহ

নম্থক্ম ঃ নারায়ণ এণ্টারপ্রাইজ ( প্রেস )
রংপুর সদরঘাট।

## " কৎচবা "

অমঙ য়াইথোঙ কুমথুবা
ঈপুবোক ঁচাউবা সিংহ
ঈবোক ঁপাদমুখী দেবীগী
খুয়া-খাদা তোল্লবা নশুনা
" **মণিপুরী ফুঙ্গাৱারী ( অনীশুবা শরুক )** "
নিংথোঞবা লাইরিক'সি কৎচরি।

# ৱাহৈ খরতং

মালেমগী লৈমায়দা মীকাঙলুপ (folkgroup) কয়ামরুম খুন্দা লৈতাদুনা লৈরি। মী কাঙলুপশিং অসিগী মীওইশিংনা মখোয়গী কাঙলুপপু মশক তাকচনবগী মরুওইবা মচলদি লোন অমসুং পাথাং পুথাং নাইনা মীরোল অমদগী অমদা মথং মথং মীওই পুনসিগা শাগোন্নদুনা লৈরকলিবা চৎনবী নাৎশিংদুনী। মীওইবগী চীনথাংদা, চীনবুংদা, অহিংবা জীবগুম মীওই পুনসিগা য়াওল য়াতামিন্নরিবা চীনবুংৱারেং ( Prose narratives),চীনবুংশৈরেং ( Folk poetry), চীনবুং ৱাহৈ ৱাঙাং ( Folk speech ) অমসুং লাইনিং লাইশোল, চৎনবী ফিজেৎ - চাকচা, শিনফম,য়ুমলৈ কৈরৈ অসিনচিংবদা মীওইবগী পুক্নিংগী ইহুল অমদি ৱাখল্লোনচিংবা য়াওশিনদুনা লৈ। মসিমক মালেমগী মী কাঙলুপ অমমমগী খুনাইদসু উবা ফংই। অসিগুমবা মীকাঙলুপকী খুন্নাইগী মরলশিংবু নিয়ম নাইনা নৈননবগীদমক ১৯শুবা চহী চাগী ময়ায় ওইবা তাংককতা ইউরোপ্তা " ফোকলোর " ( Decipline ) ৱাহৈ অসি থোরকখি। ' ফোকলোর ' দি মালেমগী মীওই কাঙলুপ কাঙলুপ্তা অদুম্মক লেঙদনা লৈবা অপুনবা মীওইকাঙলুপকী মরলনি। মরমসিনা ' ফোকলোর ' ৱাহৈসিনা আন্তরজাতিগী ৱাহৈ অমা ওইনা শকখঙনরকলবা মতুংদা মালেমগী মীওইকাঙলুপকী মাগী মাগী ওইবা লোনদা ' ফোকলোর ' গী ৱাহম্লোক মান্নবা মওংদা চান্নবা ৱাহৈ শেম্নরকখি। খুদম ওইনা জর্মনদা বোক্সকুন্দে, ইটালীদা ত্রদীশননি পাপুলারি, রাশিয়াদা নরোৎনএত্বরসেসত্ব, অসিনচিংবনি। এসিয়াদা ভারতকুমবা লৈবাক্কী হিন্দিলোনদা লোকসংস্কৃতি, বাংলাদনা লোকবৃত্ত, আসামীদনা লোকসংস্কৃতি অসুমনা মীকাঙলুপ অমমমগী লোনদা পণ্ডিতশিংনা ৱাহৈশিংসি শেমনরকখি। মনিপুরী মীওই কাঙলুপকী লোনদদি ফোকলোরবু ' খুনুংলোন ' হায়না ৱাহম্লোক পীবনা চুনবা ওইগনি খল্লি।

ফোকলোর নৈনবগী খোংথাংদা ফোকলোরিষ্টশিংনা নৈনবগীদমক য়াম্না মরুওইনা লৌখৎলিবা মচল অমদি ' ফুংগাৱারী ' হায়বসিনী। ফোকলোর ৱাহৈসিনা মালেমদা খোঙদাফম ফংদ্রিঙৈগী মমাংদনা হায়বদি ১৯শুবা চহী চাগী

অহৌবা তাংককতা জোকোব গ্রীমস অমসুং ৱেলহেমস গ্রীমস মচীন-মনাওন চাংদম পথাপ (Comperative method) শিজিন্নদুনা নৈনবগী যুম্ফ থোনবা হৌগ্নবনি। মণিপুরীগী ওইনদি খ্রীরম্‌সিদা নৈনবগী খোঙজং অসি চাওরাকনা ২০ শুবা চহী চাগী লোইরমদাই তাংকক অদুৱাইদগী হৌরকি হায়না লৌবা য়াই। অসিগুমবা মণিপুরী ফোকলোর নৈনবগী লমদাংদ চীনবুংদা, চীনথাংদা লৈরিবা মতমগী য়াওলদা মচু থোকনা ঙমজদ্রবা মণিপু মীকাঙলুপকী চীনবুং সাহিত্য ( Folkliterature ) গী মচল অমা ওইরিং ফুংগাৱারীশিং অসি খোমজিনদুনা সাহিত্য ( literature ) গী মশক্ত ইথোকতুনা থমবগী য়াম্না তঙাইফদবা লৈ।

মতাংসিদা পনজনিংবদি কবি শ্রী করম্বম নীলকান্ত সিংহনা চোইজাইননা আসামগী বরাক তম্পাক্তা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরিবা মণিপুরী মীওইউ কাঙলুপ অসিগী ফুংগাৱারীশিং অসি য়াম্না ইচংথৌনা খোমজিল্লগা ইথোরকপসিনা ' খুন্নুংলোন 'গী শকলোনশিং অসি নৈনবগী লমদাংদা মরুওইবা মচাক ( data) পীবা ঙমগনি হায়বসি থল্লি। ফুংগাৱারীগী অহানবা ভোল্যুম ফোঙ্খ্রবা মতুংদা অমুক অনীশুবা ভোল্যুম ফোঙলকপসিনা মণিপুরী খুন্নুংলোনগী পুক্কেদা লৈজরমবা মচাকশিংদু নৌহৌননা য়োকখৎপদা কান্নবা পীবতা নত্তনা সাহিত্য অমসুং চীনবুংসাহিত্য অনীগী লৈনবা মরীদু চাংদম-পথাপ মীৎয়েংদা নৈনবদসু থোইদোকনা কান্নবা পীবা ওইগনি নীঙজে। মরমসিনা অইবসিনা চঙশিল্লকইবা খোঙজং অসিনা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী মচলশিংসি বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদা নৈনবদা কান্নবা পীবা ঙমগনি হায়বসি থাজে।

শ্রী হাওবম ননীকুমার সিংহ
(সিনিয়র লেকচরর)
আসাম ইউনির্ভাসিটি, শিলচর
মণিপুরী বিভাগ।

# ৱামাংয়ানবা

ফুঙ্গাৱারী ফোকটেলস হায়বসি মীওইবা কাংলুপনা মালেমসিদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরক্লবা মতম চহী কয়াদগী চীল্লাংদা লীনদুনা লাক্লবা চীনবুং ৱারী কনানা করম্বা মতমদা পুথোকখিবনো হায়বা ঙমদবা মীরোল অমদগী মীরোল অমদা মথং মথং লীনদুনা লাক্লবা তাবদা পঙনুংতা নুংঙাইবা ৱারীগী মশকনি মসি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ইপনধৌ কব্রম্বম কহ্নাইবাবু, ইপন খেমাময়ুম লালসিংহ অমদি ঐগী ইয়াম্বা কুমারধননচিংবা ঐথোয় লৈকাইগী ইপা ইপন কয়াগী মনাক্তা ফমদুনা মথোয়গী সেবা কয়া তৌরকখি। মথোয়শিংনা লীবিরম্বা ফুঙ্গাৱারীশিং অদু ঐনা ফাহৌবশিং কয়া অদু ইথোকচবনি, মসিগী মনুং ঐগী ইচানুপী থোক্লবী খেমাময়ুম অনজতা অমদি সোইবম মনিকুমার-না অহল-লমনদগী তাহৌবা ফুঙ্গাৱারী ঐগী ইফমদা লীদুনা ঐগী মতেং পাংলকখিবগীদমক মথোয় অনীবু থাগৎচরি।

ফুঙ্গাৱারীগী মনুংদা য়াউরিবা সাহিত্যগী মচাক কয়াবু ঐ নৌহৌনা থিরুবদা পাকচাউনা লৈরম্বা থেংনৈ, মদোমদা থোইনা য়েংলুদনা অহল লমনশিংনা লীবিরম্বা খরদু ঐনা তুংগী হৌরক্লিবা অঙাংশিংদা খরা খজিক কান্নবা ফংগদ্রা হায়বগী ৱাখলদা পায়খৎচরুবনি। মনিপুরী ফুঙ্গাৱারী (অহানবা শরুক) ফোঙখবা মতুংদা মণিপুরী ফুঙ্গাৱারী (অনীশুবা শরুক) লাইরিক অসি সাহিত্য নৈনরোইশিং অমদি অপাবশিংগী মফমদা নোল্লুক্লা থৎশিন্নজরি।

ঐগী নুংশিজরবা ইনাউ ডাঃ হাওবম নোনিকুমার-না চিল্লবা মতমবু কাযথোকপিদুনা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ খং ইবিরকখিবগীদমক ঐনা শিংবা ঙল্লরোইদবা লমন তোনশিনজরে।

অরোইবদা ঐগী ইচানিপা কব্রম্বম সুকান্ত না কমপুটরদা ময়েক শাদুনা লাইরিক অমা ওইরকখি। লাইরিক অসি পুথোকপদা শরুক য়াবদা ৱাবিখিবা প্রেসকী মপুবুসু থাগৎচরি।

কব্রম্বম নীলকান্ত সিংহ।
ময়নারবন্দ,
কাছাড়।

# য়াওফম

# লাই খদাঙ পান্দবী

থায়না মমাঙঙৈদা খুঙ্গং অমদা নিপা অমগা নূপী অমগা মতৈ-মনাউ মখোয় অনীখক লৈরম্মী। নিপা অদু থবক শু-নোম্বা য়াম্না কনবা অয়ুক তুম্বা ঙনা হৌগৎলগা ইংখোলগী থবক য়েঙ্গাং মনা-মশিঙ থাবগী থবক অদু হেক লোইবগা লংফৈ থোক্লুনা শেল তানবা হেক-হেক চৎলি। ইমুং-মনুংগী লৈত-লাইর কোক্লবা ব্রাত্ত-পাদনবা হোৎনবদা নিঙহন্নদবা, ঙহাক ফাওবা পোথাদবা মীওই অমা ওইরম্মী। অদুগা মাগী নূপী অদুদি ইমুং মনুংগী থবক, ফম থাবা, ব্রাই-শিৎপা, কোল্লিক ফেংবা, শু-নোম্বা তনবী, মশম ফাওবা হাৎতবী, কে-মৌবগী থবক ফাওবা তৌদবী, মশা নানদবী, মাগী হায়ববু অহাউ-অহাউবতা চারগা লোইরে খনবী নূপীনি। মাগী নিপাদুনা থবক ব্রানা শুরুরগা ময়ুমদা হল্লকপদা য়েঙ্গাং মনা-মশিঙ ঙা-ঙারি, থুম-থাউনচিংবা লৈরক্লুনা নূপীদা শিননৈ। অসুন্না ইমুংগী ব্রাত্তনবা হোৎনরিবা নিপা অদু মতম অয়াম্বদা মপুক-থন্না নোংমত্তা চাবা ফংজদে। মরমদি মাগী নূপীদুনা নিপা অসিগী মমাঙদদি য়াম্না লিকপী হৈ-শিংবী শাদুনা খর-খরতনা শিন্দুনা চিরি-চিরিনা তৌবা মতৌদু হেক-হেক তৌশিন্নদুনা য়েঙ্গাংদকা ঙা মরু-মকোক অমনিদং থাক্লগা তোকই । নিপানা চৎখ্রবা মতুংদা অরৈবা ঙা, ঙাফক অহাউ-অহাউবা ময়ামদু থোংল-থোংলদুনা হেক-হেক চাই। মরক-মরক্তা ঙাক্রা লৈরৌ, ঙামু লৈরৌ, অদুগা ঙাফক্কাসু মচেৎ-মচেৎ শেত্তুনা থোংলগা মপুক থন্না-থন্না হাউনা চাদুনা নুংঙাইনা লৈরে। করিগুম্বা মতমদা নিপা অদুগা চাক-পুন্না মতম অমত্তদা চামিন্নবা তারবদি মব্রা-মপুরোইবগী চাক্লুক্তদি ঙারৌ হাপ্তগা মাগী চাক্লুক মনুংদনা ঙামু লৈরৌ ফুমদুনা হেক-হেক চাই। নূপী অসি ব্রা ঙাংবদা হৈ-শিংঙি, নোং-ফাদোক য়েঙ্গাং থোংবদা থুম হেক য়াকপদা " এ! ঙসিদি ঙানম থুন্নম্বা হায়বদু হেক থোকই . ফনবু হাউই " অদুগা নোং-ফাদোক থুম খরা

হেক ৱাৎপদা " ঙসিদি য়েঙ্গাং মতা অমনি চমতক লাংতক ফনবু ফরি " অদুগা মোরোক খরা হেক হেন্না শাখিবদা " ঙসি অসিনা মওং অমনি শাতক-লাক্তক ফনবু হাউরিএ! " চীন্দোল লৈতোল ফবী হায়বদু হেক থোকই। নুপী অসি চাকচা ফজদবী, লৌশিংসু ফত্তবী হায়বদুনি। মানা অসুন্না অহাউ-অহাউবা চাবসি নোংমদি খঙখিবা তারে হায়দুনা মাগী নিপাদা হায়রকই; " হো নিপা তারিব্রা ?, ঐখোয় য়ুমসি লাই খদাঙ পান্দবী শোয়দনা চঙলম্মনি। নহান্ত লৈরকপা ঙাক্রা লৈরৌ, ঙাতিন, ঙাফক, অদুগা পুন্দা য়োক্তুনা থম্বা ঙামু, উকাবী, অদু অমত্তা লৈরমদ্রিসিবু লাই খদাঙ পান্দবীনা চাখিবা নত্তনদি কনা লাক্তুনা চারগনি। " মাগী নিপানা " হোয় অসুক কুইবসি ঐনা লৈরকপা ঙাক্রা লৈরৌ, ঙাতিন, ঙাফক, অদুগা পুন্দা য়োক্তুনা থম্বা ঙামু, উকাবী, অদু অমত্তা চাবা ফংদে হায়না খল্লম্লিবসিদি লাই খদাঙ পান্দবীনা চাবা ওইরমতারে। হুরান্দুনা চাবা, চাকচা ফজদবা লাই হায়বদু ওইবা তারে।" নিপাদুনা মচেক্তা য়ৈদুনা ঙাঙলিবসি, মাদি খঙদে, মাসু মাগী ঙম্নবা ঙাংঙি।

নুপী অসিগা নিপা অসিগা য়ুম পান্মীন্নরকপসি য়ামদ্রবদা চহী ১০/১১ লৈমিন্নরক্লবা ফাওবা ইমুং অদু ইচাও চাওখৎলমদে। অদুদা নিপাদুনা মপুক্লিংদা চিংনরক্লদুনা মাগী মওং মতৌ অসি মুন্না খঙদোক্লগে, অদুগা মানা হায়রিবা লাই খদাঙ পান্দবী হায়বসি অমুক্তং ফাগে খল্লে। অদুনা মাগী নুপীদা হায়রকই; " হো নুপী! ঐ ঙসিদি অরাম্পা মফম অমদা চৎপা তারি, অদুনা চাক ঙন্না থোংঙু। " নিপাদুগী ৱাদু তাবদা নুপীদুনা " হোয় নংনবা থোংগে অদুবু কয়া লাপ্পা চৎকদৌরিনো ? ঙসি হল্লকপা ঙমগদ্রা ?" নিপাদুনা " এ! থোংদ-থোংঙু থবক্কী মওং য়েংলগা হল্লকপা ঙম্লে ফরে, থবকসিনা য়াম্বনে, হল্লক্লবা থোক্লে হয়েং হেক লাকপা হায়বদুনি " হায়না খুম্লে। নুপীদু হরাউরে, ঙসিদি চাক য়েঙ্গাং অহাউ-অহাউবা চানিং-চানিংবা থোংদুনা ইপুক থন্না চাবা তারে, থন্দুনা নুপীদুনা " য়েঙ্গাংদি অথুবগী ওইনা ইম্মোলদগী মনা-মশিং খরা হেক্তা থোংলগে " হায়রকপদা নিপানা, "হোয়দা-হোয়দা ঐবু কয়াম হাউনা চাবা মীনো ? নঙনা থোকপা থোংঙু " হায়বদা, নুপীদুনা ইংখোন্দা চঙখ্রগা হঙ্গাম মনা, কোবী মনা, চেংক্রুক মতোন খরা পৎ-পৎ থৎলগা য়েন্দায় অমদা হাপ্লগা ঈশিংদা চামথোক্লগা থম্লে। অদুগা প্রপ-প্রপ চত্তুনা ঈরুজথোক্লগা চাকখুমদা চঙখ্রে। ঙহাক লৈরগা মাগী নিপাদা চাক-থোংবা লোইরে, ঈরুজবিরুরো হায়রকপদা নিপাদুনা থুনা য়াঙনা পুখ্রিদা জম লাউনা চোংথদুনা ঈরুজরুরে, মফি-মরোল প্রপ-প্রপ হোংদোক্লগা লাই-তিন খুরম্লিঙৈ, নুপীদুনা তহা-তহা তৌদুনা চাক-থিরগা

চাক চাফমদা থাংদোক্লে. তাঞ্জা অদুদা নিপাদু চাকশঙদা চঙক্লুনা চাক চারগে হায়দুনা ঈশিং খুজাইদগী ঈশিং লৌরগা লাইদা কৎলগা চাক অদু খুবাম অমা খোৎথরগা য়েঙ্খাং মহী তংলগে খন্দুনা তেঙ্গোৎতা য়েংলকপদা য়েঙ্খাং মহীদু তেঙ্গোৎ অচৌবদু থনকোক তৌই। হঙ্গাম মনা, কোবী মনা-শিংদু তগৎ-তগৎ ইশং-শংনা মহী মথক্তুদা তাউবদু উবদা নিপাদু মখোয়দৌ শাউগৎপনা লোইরে। অদুবু মহী খরা হৈরগা চারে। ঙা থাকপ্রা য়েংবদা ঙা অয়াইবা মকোক অমা অনীদগী হেন্না থেংনদে নিপা অদু শাউনিং-শাউনিংনা খরা চারগা মচীন তেংবা, মখুৎ হাম্বা হৌগৎখ্রে। অদুদগী মফি-মরোল তনশেৎ-শেৎচিল্লে। লংফৈদা পুনবা পোৎ-চৈ য়োমদুনা চৎনবা থৌরাং তৌরি। নুপীদুদি মপুরোইবগী লংফৈ চৎকদৌরিবা অদুগী হৌনবী শেম্বা-শাবা করিসু য়াউদে। মতম অদুদা মাগী নুপীদুদি চাকখুমদা মাগী চান-থক্লবা থৌরাং তৌদুনা হোৎনদুনা লৈরে। মানা অসুন্না লৈরিঙৈ, তাঞ্জাসিদা নিপা অসিনা " হাই, নুপী! ঐ চৎলে হে " হায়রল্লগা মাঙ্গোন্দগী মখোঙ কাম্লোক্লগা শুমাঙ তান্না থোকখ্রে। অদু-ফাওবদা নুপী অদু থোরক্তে, চাকখুমদা মবু হেক লুকথদুনা মাগী চান-থক্লবা কন্না হোৎনরিঙৈদা. নিপা অদু হু হেক হঞ্জিল্লক্লুনা মাগী নুপীনা উদ্রিঙৈ. মীরৎ-নারৎ য়েংলগা ইমুংগী কাচিল অমদা লৈশিন্দুনা লৈরে। নুপী অদুনদি মাগী মপুরোইবদু চৎখ্রে খন্দুনা শগাইদগী ঙারুবাক লৌথরগা ঙাফক অয়াইবদু মচেৎ-মচেৎ শেত্তুনা আলুগা হৱাই-থরাক্কা মরোই-মপাং নিঙথিজনা হাপ্তুনা থোংলে। মতৌ অসুন্না চানবা হোৎনরিঙৈদা শরক-তাল্লক য়েংদুনা নিপাদুনা নাশোননা মখোন থোকহন্দনা তপ্না-তপ্না শগাইদা কাখৎলগা নুপী অদুনা তৌরিবা থবক খুদিংমক লোন্না য়েংদুনা লৈরে।

নুপীদুনা চাক-য়েঙ্খাং থোংবদু লোইরগা অপাকপা পুখম অমদা চাক্লু থিদোক্লে। অদুগা তেঙ্গোৎ অচৌবা অদুদা ঙাফক থোংবদু থন্না হাপ্ল্লগা নিপাদৌনা খোঙ্গাই হেক চল্লগা মবুক থন্না চাথোক্লে। নুপী অসি মখদাঙ তেনবা মরন্না চাক চখোম খুদিংগী লৈবাক্তা প্রোপ-প্রোপ তাবনা চাখিবা চাক্তগীদি চগুম্না হেল্লে হায়বদুনি। মোরোক মতেক, ঙা মবু-ময়াঙ খনদোক্তুনা লংথোকপদা চাকখুম অদু পুমচাই হেক চাইরে। নুপী অত্তনবীগী হৌনবী, মপুক থন্না চারবা মতুংদা নুপীদুনা " ***খাওয়া দাওয়া হারিছে, কে সেবা করিবে।*** " হায়না হায়রবদা, শগাইদা লোৎলিবা মপুরোইবদুনা ৱাদু তাবদা " চিন্থিবী, থবক শুনিংদবী, নমা নপাদু কৌরগা সেবা তৌহল্লু. চাকচা ফজদবী, ঙসিদি লাই খদাঙ পান্দবী ফারেদনা " হায়দুনা লাউরকপা অদুদা নুপীদুনা শগাই মথক্তগী লাউরকপা

খোঞ্জেল অদু তাবদা নুপীদু য়াম্না ঙক্লে। মমৈথংদদি মাগী নিপানি হায়বা খঙলক্লদুনা " হাইমা ! অরাম্পা মফমদা চৎকনি হায়বদুদি " নিপাদুনা " চাকচা ফজদবী, নঙগী লিচৎ-শাজৎ য়েংলগে হায়দুনা শগাই মথক'সিদা লৈবনি। নঙনা চাবদু ফোংনা অদুম চাউনা, নঙোন্দা কন্নানা থিংগনি। নঙনা ঙসাই, "*খাওয়া দাওয়া হারিছে, কে সেবা করিবে* " হায়বদু লৈরম্মু. ঐ শগাইদগী কুমথরকখিগে, নিপাদুনা "*আমি সেবা করিব* " হায়রবদা চাবা-থকপা ফজদবী নুপী অদু ইকায়মনখ্রদুনা মনীংথোঙ ফাওদোক্লগা চেনখিবনা মপাম অদুম য়ৌখ্রে। ❑

# লাই-খুৎশাংবী

থায়না মমাঙৈদা খুঙ্গঙ অমদা য়ুমদোম্পোক্তা য়ুম অমা লৈরম্মী। য়ুম অদুদা মতৈ মনাউ অনী য়াম্না নুংশিনা নুংঙাইনা চীক্না লৈরম্মী। মাগী নিপা অদু য়াম্না অকনবা মথৌনা লৈবা মীওইনি, শু-নোম্বা কনবা, লল্লোন-ইতিক তৌদুনা কোয়না চৎপনা মথৌ ওইবা নিপানি। নুপী অদু লৈকাই খুঙ্গঙ লৈবাক অদুদা মশক ফজবীশিংগী মনুংদা শিঙথানরকপদা মাসু মমিং পনবদা য়াউবী য়াম্না ফজবী মৌ নহা ওইরিবী অমনি। মপুরোইবা পেন্নবা সেবা তৌবী. মপুরোইবগী য়াকা মতুং ইন্না চৎপি নুপীনি। মাগী নিপা অদুসু নুপী লুনা চান্না তৌবা, মাগী নুপীগা কৈথেল কামিন্নদুনা শেৎন-ইন্নবা ফি-রোলনচিংবা অপাম অপাম্বা থল্লদুনা মনিং-থুংনবা লৈদুনা নুংঙাইনা পাল্লি।

মখোয় খুঙ্গঙ অদুগী অৱাংদা অশোঙবা উমং অমা লৈ। উমং অদু তীনমু, লাইমু, ভূত, প্রেত, য়াম্না লৈবা অয়ুক নুংথিল ফাউবা চৎপদা মীয়াম্না কিনরিবা মফম অদুদা হিংচাবী অমা লৈরম্মী। হিংচাবী অদু মীয়াম্না লাই খুৎশাংবী হায়না কৌরি. মখুৎ হেন্না শাংবী. মানা চৎপদা মখুত্তু লৈবাক্তা শ্রো শ্রো চিংঙি। মখুবাক পাক চাওরি, খুজিন শাংঙি, মখয়াৎ নাবুম য়ৌনা ন্যাৎখৎলি মথা লাউই, ময়া শীংজং, মমিৎ য়েরুম. মরৈ খুনিংমুক শাংঙি য়েংবদা অকিবগী মশক লৌবী হিংচাবীগী শকফমনি। হিংচাবী অসিনা অহিং অথেঙবদা খুঙ্গঙ খুদিং চৎতুনা মতু শোনবা মদোম তরক লৈজবশিংগী ময়ুম ময়ুমদা চঙদুনা য়ুমগী ফল্লাং অহোবদা মখুৎ অশাংবা অদুনা থিংজিল্লগা তুল্লিবা মী অদুগী মঙক মেক্তুনা হাৎল-হাৎলগা চায়। অসুম্না মী চাবদা মীগী মহাও খঙদুনা নুমিৎ খুদিং মতু শোনবা নুপী অঙাং হাৎতুনা চারকপনা মী মশিং ফনা য়াল্লক্লে। অদুনা মীয়াম পুন্নমক অহিং ওইরকপদা লাই-খুৎশাংবী লাক্কনি। কিবনা খুঙ্গঙ অপুম্বা নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা থোঙ লোন্নরম্মী। ফল্লাং অহোবনচিংবা মেনশিন্নখি,

লাইখুৎশাংবীগী মখুৎ অশাংবা থিংজিল্লকপদা ঙমদনবা চেকশিন্নখি।

অসুম্না খুঙ্গঙদা নোংমগী লাকপনা য়ুমদোম্পোক্তা লৈরিবা য়ুমদুদা থুংলখি। মপুরোইবা লৈবা মরম্না নুপীদু চানিংলবসু চাবা ফঙদদুনা মপুক লাম্না লাম্না নিংবা কায়না উমং অদুদা হল্লকখি। লাই-খুৎশাংবীনা চঙবা কিবসি অকন অথৌ অমদি মপুরোইবনা লৈরবা য়ুমদু মহাক চঙদে।

নোংমদি মপুরোইবনা লল্লোনবা চৎখিঁডেদা লাই-খুৎশাংবীনা লাক্লুনা থোঙদুদা ইল্লগা হংলকই। "হো ইবেম্মা নঙগী নিপাদি লংফৈ চৎখ্রব্রা ?" অথেঙবা অহিংদা নুপীগী খোঞ্জেলনা মপান্দগী কৌরকপা অমদি হংলকইবা অসি লাই-খুৎশাংবী শোয়দনা ওইরমগনি হায়দুনা কিবনা লোয়রে। মশাদু চেং খৈবগুম নিকলিঙে অমুকসু লাই-খুৎশাংবীনা কৌরকই, "হো ইবেম্মা নব্রা নপুরোইবা লৈব্রা ?" নুপীদুনা মপুক্লিংদা হিংচাবীনা হংলকইবসি করিগুম্বা ইপুরোইবা লৈতে হায়রবদি ইমুংদা চঙলক্লুনা ঐবু চাথোকখ্রনি। করি তৌনি খল্লি, লৌশিং অমা লাক্লে। কিদবা শাদুনা " কনানো হংবিরকইবা অদু ঐগী ইপুরোইবদি লৈয়ে. তুল্লি হৌদোক্লকউ হায়রিব্রা ? " হায়বদগী লাই-খুৎশাংবী থুনা য়াঙনা চৎখি। লাই-খুৎশাংবীনা খনখি. নিপা অসিনা লল্লোনবা চৎখিঁডেদা চারগে, ঙসিগীদি অব্রাংদা লৈরিবী মপুরোইবা ঙন্না কায়নরবী লুখ্রাবী অসি হান্না চাথোক্লগে. খন্দুনা লুখ্রাবী অদুগী ময়ুমদা লাক্লে মতমদুদা লুখ্রাবী অদুদি মোইথাপ নাইদুনা লৈরম্মী। মীনুংশি খঙদ্রবী লাই-খুৎশাংবী হিংচাবী অদুনা লুখ্রাবীদু মঙক মেত্তুনা হাৎলগা চাথোকখ্রে। অদুগা লুখ্রাবী অদুগী শকফম ওল্লগা লৈখ্রে।

নোংমদি লুখ্রাবী ওল্লিবী লাই-খুৎশাংবী অসিনা চেঙহী উতি নিঙথিনা লুরগা মশম মনা ফজনা হাৎলদুনা কেনা-মৌনা লাক্লগা হায়রে, " হো ইবেম্মা ! নঙবু কুইরেদা ঐগীদা কোইরক্তবা হোরেনদি খরা ঙন্না লাকউ, মোইথাপ মশিং য়াম্বা তান্নসি " হায়রকই। ব্রা অদু তাবদা মুন্না য়েংলগা নিতিগী তৌরক্তবা চেঙহী উতি লুদুনা মশা নান্না লাকইবসি মপুক্লিংদা চিংনবা অমা পোকই; অদুগা খল্লি নোংমতসু ইনম্মা অসি ঐগীদা অমুক্তসু লাক্তে। মপুরোইবা নৌনা কায়নরবী লুখ্রাবী অমা ওইবনা মহাক মশাগী চরা তানবা হোৎনবদা মীগী ময়ুমদা খোঙফৈ অমা চৎথোকপা শংদবী শু-নোম্বা কনবীনি। ঐনা নোংফাদোক কোইরুবদা মাগী মতেং মোইথাপ নাইবিরম্বা, ফি শাবিরম্বা নত্তনা মানদি ঐগী য়ুমদা নোংমতসু কোয়রকপা নত্তে। ঙসিনা চেঙহী উতি লুদুনা তনান তনান লাকইসিবু করিগীনো ? চিংন-চিংননা " ইনম্মা! নিপানা লংফৈ চৎত্রবদি ঐ লাকপা ঙমলোই. মানা চৎখ্রবদি লাকসিরা খল্লি" হায়না থুমখি।

লাই-খুৎশাংবীনা " অদুদি নরুগী নিপাদি লংফৈদা কৈদৌঙৈ অমুক চৎকদৌরিবা ?

নুপীদুনা "হয়েং চৎকনি হায়গুম তৌই! ঐ তংদাংবা অরেম্পা নুমিৎতি খঙদে।

লাই-খুৎশাংবীনা "ফরে ফরে অদুদি ইনম্মা চৎলগে। হায়রল্লগা হিংচাবী অদু মনদা নুংঙাইনা মপুরোইবা লংফৈ চৎখ্রগা চারগে খন্দুনা হরাউ হরাউনা লুখ্রাবীগী ময়ুমদা লাক্রে।

নুমিৎ অদুগী নিনি লৈরগা য়ুমদোম্পোক্তা লৈরিবী নুপী অদু লোং খোনবা চৎলি. লোং খোনবদা ঙাকুপ অমা ফাউবা ফারক্তবদা ৱাইখু মখুন থেংনদুনা ৱাইখু খরা ফারগা ময়ুমদা পুরক্লে। নুমিদাং ওইরবদা মানা ফারকপা ৱাইখুশিং অদু মৈদা লৌরগা মখোঙ অচৌবশিং অদু পেক-পেক থেক্লগা চারিঙৈদা লাই-খুৎশাংবী অদু লাক্লে। অদুগা হান্নগুম থোঙ ইল্লগা হায়রকই। "হো ইবেম্মা! ইনম্মা লাক্লে থোঙ হাংলো!" নুপীদুনা লাক্লিবা অসি লাই-খুৎশাংবী শোয়দনা ওইরমগনি, কিনা-কিনা হায়রকই, "ইনম্মা! ঐদি থোঙ হাংদোকপা ঙম্লোইদৌরে . ঐগী নিপানা শাউগনি. নিপা লৈয়ে।" ৱা অদু তাবদা হিংচাবীনা "অদুদি নঙনা চারিবদুবু করিনো ? ঐসু খরা চাগেদনা " হায়রকই।

নুপীদুনা "ৱাইখুনিদা ইনম্মা!"

লাই-খুৎশাংবীনা "অদুদি অমনিদং পীয়ু ঐসু চাগে"

নুপীদুনা "অদুদি ইনম্মা ফক্লাং অহোবদা নখুৎ থিংজিল্লকউ" হায়রবদা হিংচাবী অদুনা ফক্লাং অহোবদা মখুৎ থিংজিল্লকপদা মখুৎকী খুজিল অশাংবা অদু উবদা লাই-খুৎশাংবীনি হায়বা অশেংবা খঙলে. অদুমকপু ৱাইখু অমনিদং হাপ্পীরগা থাদোকখ্রগে খন্দুনা কিনা-কিনা মখুৎতা হাপ্পীরে।

লাই-খুৎশাংবীনা "অদুদি ঐসু চৎলগে, নখোয়গী নিপাদি কৈদৌঙৈ লংফৈ চৎকদৌরিবগে " হংঙি।

নুপীদুনা "ইনম্মা! হয়েং শোয়দনা চৎকনি হায়।"

লাই-খুৎশাংবীনা "ফরে ফরে অদুদি ঐ ঙসিদি চৎলগে!" হায়রল্লগা হয়েং শোয়দনা চাবা ফংলগনি খন্দুনা হরাউ হরাউ হনখি।

নোংঙাল্লে. মপুরোইবা অদু লল্লোনবা চৎলুবদু অয়ুক ঙন্তা হল্লক্লুনা ইমুংদা লৈরবদা, হিংচাবীগী অকিবা পুন্নমক্তু খরদি কোকখি। অদুগা লাই-খুৎশাংবীগী ৱারী ৱাখোঙ পুন্নমক মপুরোইবদা লিরকই, "মতম পুন্নমক্তা লাই-খুৎশাংবীনা ঐবু চাগদৌবগী খুদোং-চাবা মতম য়েংদুনা লৈরি। অদুগা

য়াম্না নুংঙাইতবা অমনা ঐখোয় য়ুমথংননা লৈরিবী ই নম্মা! লুখ্রাবী অদুসু মানা চাথোকখ্রবনি" হায়না ৱারম পুন্নমক চিথদনা মপুরোইবদা তম্লবদা নিত্রাদু শাউবনা খম থেংলে। মখোয় অনী ৱা তান্নরগা লাই-খুৎশাংবী হিংচাবী অদুনা লাক্কদবা মতম ঙাইদুনা লৈখ্রে।

অহিং নোংয়াই য়ৌরক্লে, লাই-খুৎশাংবী অদু ঙসিদি শোয়দন চাব ফংলগনি খন্দুনা হরাউ হরাউ নুংঙাইবা ৱাখলদা লাক্লে। অদুগা ঙরাং তৌবগুম্না ঙসিসু থোঙ ইল্লগা হায়রকই. " হো ইবেম্মা! ইনম্মা লাক্লে থোঙ হাংলো " হায়বা খোঞ্জেল অদু তাবদা নিপাদুনা থৌরবা থাঙশাং অমা পায়রগা থোঙজিন মপান্দা লুমদুনা লাই-খুৎশাংবী মখুৎ থিংজিল্লকপা ঙাইদুনা লৈরে। লাই-খুৎশাংবীনা অমুকসু হংলকই, "হো ইবেম্মা! নঙগী নিপা লংফৈ চৎকনি হায়বদু চৎখ্রব্রা ?" নুপীদুনা অসুম্না খুম্লকই. " ও ইনম্মা! ঙসিদি ঐগী নিপাগা নিপা লৈতবনে. ঐগী হকচাংসি য়াম্না ঙমদ্রে. হৌগৎ-কাঙখৎপা ঙমদ্রে. ইনম্মনা চঙঙক্লে হায়রবদি নখুৎ থিংজিল্লগা থোঙগী পৌরোল শৎলগা চৎলকউ হায়খি। ৱা অদু তাবদা হিংচাবীনা হরাউমনখিদুনা " অদুদি খঙগনিদো শরিশো হায়রগা ফক্লাং অহোবদা মখুৎ থিংজিন্দুনা পৌরোল শৎকে হেক তৌরকপা মতমদুদা থাঙশাং পায়রগা লুমদুনা লৈরিবা নিপাদুনা থাঙশাং অদুনা লাই-খুৎশাংবীগী মখুৎ অদু থাঙ-হায় অমুক্তা থবৎ হেক ককপদা মখুৎ মালেম লৈমাইদা তারে। লাই-খুৎশাংবীনা নামনখ্রদুনা মখুত্তা য়েংলগা ঃ-

" অয়ো অয়ো ইমা! ইমা!
অয়ো অয়ো খুৎসে তৎলে.
অয়ো অয়ো শিরে. শিরে.
হাই ইবেম্মা! নীংজাওবী চিন্থিবী.
নৱা লৈতে. লৌনম্বী মীনম্বী!"

হায়রল্লগা লাউর-লাউরদুনা উমংলোমদা চেল্লকই। মানা চেল্লকপদা মখুত্তগী ঈ তোপ-তোপ তাহৌবদুনা নাপী শীংউৎ শীংনাং তৈহৌরে। অদুনা ঙসি ফাওবদা শীংউৎ শীংনাং মতোন্দা ঈ মানবা অঙাংবা মচু তৈরিবা অদু লাই-খুৎশাংবীগী ঈ তৈখিবদগী ঙাঙলিবনি হায়না অহল-লমনশিংনা হায়নৈ। অদুদগী নিপা অদুনা থাঙশাং অদু পায়দুনা লাই-খুৎশাংবী তান্নরকই। লাই-খুৎশাংবী মখুৎ নামা অদু লৈমাইদা শ্রো শ্রো চিংদুনা চেল্লি. অদুবু চেল্লি হায়বদু মঙাইরে মঙমদি ইশান শান্দ্রে। নিপাদুনা চোংশিন্দুনা মখুৎ নামা অদুসু থাঙশাং অদুনা থবৎ হেক ককথৎলে , অদুগা থাদোকখ্রে । নুমিৎ অদুদগী উমং

থাদোক্লগা লাই-খুৎশাংবীদু চেনখি। খুঙ্গঙ অদুদা নত্তনা মীরক্তা অমুক হন্না লাকখিদ্রে। অমুকপু খুৎথীবা ফংলবদি লাই ফাওবা কিদুনা চেল্লি হায়না অহল-লমনশিংনা হায়নরি।

খুঙ্গঙ অদুগী মখোয় মীয়াম্না থৌনা ফবা নিপা অদুবু হন্না হন্না থাগৎনখি। অদুগা খুঙ্গঙ কয়া অমসু অহিং তুম্বদা অকি-তুজুং য়াউদনা খুয় তুশিৎনা নুংঙাই য়াইফনা পানখি। ❑

# নিংঙোল মৰা উয়ান উপ্পা

থায়না মমাঙঙৈদা নিপা অমা নুপী ময়ুমদা য়াওং ইন্দুনা লৈরম্মী। মনেম মকু অনীনা মচানুপী অদু লুনা তৌবিনবগী নিংঙোল মৰা অদু য়ান্না লুনা তৌদুনা চানিঙবদা চাহন শেংনিঙবদা শেংহন তৌদুনা কে-না তনান তনান তোনান্না নুংঙাইনা থম্মী। মনেম মকু অনীনা লুনা তৌবনিনা নিংঙোল মৰা অদুনা মাগী নুপীদু লুনা চাননা তৌই. মনেম মকু অনীবুসু ঈকাই হঙ্গোয়না চৎলি। নিংঙোল অদুনসু য়ান্না লুনা তৌদুনা মপুরোইবগী নিঙ-থুংনবা অমদি নোংমগী হাউননবা হোৎনদুনা পীজদুনা নিংঙোল মৰাদু নুংঙাইনা লৈরে।

নোংমদি মনেম অদুনা কৈথেল কাবুবদা চাউখ্রবা শরেং অমা য়োল্লম্মে, শরেং অদু উবদা ময়ানিপা পীজনিঙমনখ্রদুনা অমদি ময়ামসু পুন্না চানবা হায়দুনা শরেং অচৌবদু লৈদুনা ময়ুমদা প্রপ-প্রপ পুদুনা লাক্লগা মচানুপীদা "ইবেম্মা। ঙসিদি ইমানা শরেং লৈরক্লেসে অদুনা শরেং অসি শেল্লগা থাউ নম্না ভৌদুনা মরোই-মপাং হাপ্তুনা ফজনা নিঙথিনা নপ-নপ হেক লাউনা থোংউ। অদুগা ঙাদুসু ফন্না মচাউবনিনা অহল-লমন্না শরেং ঙারেল হায়নৈ. অদুনা হয়েং চানবা খরসু উয়ান্দা থাক্লম্মু" হায়না শিন্নরে।

মচানুপী অদুনা মমাগী য়াৱা মতুং-ইন্না শরেং অদু শেল্লগা ফজনা নপ-নপ লাউনা থোংলে। থোংব লোইরগা চাক পুখম-পুখম থিদোক্লে; য়েঙ্খাং শরেং থোংবদুসু তেঙ্গোৎ থনকোক থনকোক থন্না হাপ্লে। মপা মমা অমসুং মপুরোইবগী চাক পুখমশিংদু চাকশংদা পরেং শানা থম্বা লোইরবদা চানবা কৌশিল্লে। অহল অনীদি চঙলক্লে, অদুবু নিংঙোল মৰাদুদি ঈকাইরপ তৌবদু অহল অনীনা উই। মকুবোক্লা " অঙাং! নঙসু লাকও! লাকও! চারসি ময়াম চামিন্নবা হায়বসি হাউবনি" হায়রগা অহলদি চাবা হৌখ্রে। নিংঙোল মৰাদুদি খরদি নৌরিবনিনা ঈকাইরপ তৌনা চঙলক্তবা য়াদবগী মওংদা ফল্লরে। খরা

ৱাখল খল্লুবদা ঈকাইবনে, চাক অদু খুবীগা খুদোম্বীগা চপ্তুনা চাবদু উবদা মনেম্না " অঙাং! নঙবু কৈদৌরবগে, য়াম্না চাশিল্লু হঙ্গোইনু, চাক য়েঙ্গাং য়াম্না লৈরি,হাপহনগে?" হায়রকপদা নিংঙোল মৰা অদুনা য়াম্না লিরি-খোইরিনা "ঙাচাউ লাকচাউসিদি কয়াবু হায়রক্তে ঐদি ওকচরে" হায়রগা ইচা চাদরে ময়াম লোইবা ঙাইদুনা লৈরে। মদু উবদা মনেমদুনা য়াম্না নিংঙমদনা হায়রকই, "ওম্থোকপনিদা ঐনদি পীজনিঙদুনা লৈবুবশাই, হৈনরমদ্রবোইদো!"অসুম্না শোল্লদুনা অহল অনী অদু চাবা লোইনরদুনা মখুৎ হামদুনা মচিল-ময়া শেংনখ্রে। নিংঙোল মৰা অদুসু তোকপা য়ারে খল্লদুনা মখুৎ হামদুনা মচিল-ময়া শেংলগা ফমুংদা চঙখ্রে। অদুগা খল্লকই;

ঈকাইথিবা নহাক করিগী লৈরম্লি!
নঙনা ঐগী ইপুক থলহনদ্রে।
অদুম-ওইনমক শরেং থোংবদুদি
মহাওদুদি ফন-ফজনা হাউবনিদা

মতিল য়োৎনা-য়োৎনা খাঙখি, মখুৎ অদু মনম নম্ল-নম্লদুনা অহিং অথেঙবা ঙাইদুনা লৈরে। অসুম্না ঙাইরকপ্লা মনেম মকু অমসুং মাগী নুপীসু ফমুংদা চঙনরে। ঙহাক্কী মতুংদা ময়াম পুন্নমক খ্লো-খ্লো নাখোক্তুনা তুম্নখ্রে। নিংঙোল মৰা অদুদি ঈকাইবদগী মপুক থন্না চাখিদবনা তুম্বা য়াদ্রে। হাউনা নপ নপ লাউনা শরেং থোংবদু মমিত্তা উদুনা লৈরে। মখুৎ মনম নম্লুবদগী চেন্না চানিংলক্তুনা ঙসাই মাগী নুপীনা উয়ান্দা ঙারেলগীদমক খাকহৌবা অদু ময়াম তুমথখ্রে খঙলবা অদুদদি নিংঙোল মৰা অদুনা তপ্পা তুমিন্না মখোল থোকহন্দনা হৌগৎলক্লগা চাকথুম কাদা চঙলক্লে। অমম্বা অদুদা কোয়মা মাবদা উয়ান অদু থেংনরদুনা তপ্পা থাংথরে। অদুদগী শরেং থোংবদু লোইনা কোত্তুনা চাথোক্লে। নিংঙোল মৰা অদুনা "হয়েং নোংঙাল্লগা, হৌদোঙ চঙদুনা চাঃবোই নিংনব' করিমত্তা উয়ান অসিদা পকহন্দনা লেক্তুনা চাথোক্লগে" খল্লদুনা উয়ান অদু থাঙ্গৎলগা মকোকন থিংজিল্লগা লৈ-লৈদুনা মরৈনা লেক লেক্তুনা চারিঙে লোইফাৎত্রিঙায় মরৈনা লেকপগী শর-শর লাউবা মখোল অদু মনেম্না মীকপ থোরকপগী মতাংগা চানরুদুনা তারেদো। মনেমদুনা হৌদোঙ ওইরবোই খন্দুনা "হৈমা হৌদোঙসে, উয়ান্দা ঙা থোংবা খাকপদু চারমানে" হায়দুনা হৌদোঙ তাম্থোক্লবা হৌগৎলকপদা " হৈমা মৈসু মুৎলম্লে করম্নো তৌদৌরিসিবু ওম্থোকপনিদা" হায়রগা মৈ কামগে হয়দুনা ফুঙ্গাদ চঙলকপগী নাশোন্দু নিংঙোল মৰা অদুনা তাবদগী তফিং-তফিং উয়ান্দু মকোক্তগী শৎনবা হোৎনবা য়াদ্রে।

ফনা কন্না হোৎনবনি ইয়ামক য়াদ্রবদুদদি কান্নররোই অসিদি মনেম্না খঙলকপ্লা হাল্লগনি খল্লদুনা মাগী কা য়ৌনবা মা-মাদুনা লাকপদা হৌদোঙ চাক-থাফম অদুদা তুশিন্দুনা মকোক্তগী উয়ান অদু "বোপ" লাউনা কায়রে। অদুগা উয়ান মঙক অদুমখৈনা মাগী মঙক্তা হুকচিন্দুনা লৈহৌরে। ময়ানা তুশিন্দুনা উয়ান কায়বগী "বোপ" লাউনা মখোল তাবদা মনেম্না "হাইমা হৌদোঙ নৎত্রমাল্লে, হুরানবা ওইরমাল্লে" হায়না খল্লদুনা থুনা মৈ কামথৎলে অদুগা থাউমৈ চুখৎলগা য়েংথৎলুবদদি ময়া-নিপা ওইরম্লে। ময়া-নিপানা উয়ান মঙক অদু মঙক্তা ইকোয় কোয়না য়াল্লগা কিবুক-কিবুক য়েংদুনা চৎপদু উবদা "হাইমা! অসিদি ঐখোয়গী অঙাংনিনাসিদি" হায়বদগী নিংঙোল মৱা অদু ঈকাইমনখিদুনা মপাল থোকখিবদগী ময়ুম তান্না অদুম চেনখ্রে। মতম অদুদা মচানুপী অদুসু তারক্লদুনা মমাদা হংবদগী, মমানা ৱারোল পুম্বা তম্বদগী মচানুপী অদু য়াম্না ঈকাইরে; মপুক্লিংদা খনখি "ওম্নোকপনি ঐগী ইরাইবক'সি! ঙন্না নিপা কায়নৌ হায়না তমখ্রবোই।" হায়দুনা ঈকাইবনে, অৱাবনে, নুংশিবনে, পুন্দুনা ফমুংদা ফিবু-ফিরাং খুমদুনা হিপ্পুনা লৈরে।

নোংঙাল্লগা মনেম্না ময়ানিপাদু ময়ুমদা শোয়দনা লৈরম্লগনি, মদু কৌবুফ মদি থোকই, খন্দুনা চৎলুবদা মনেম লাকই হায়বা হেক তাবদগী লোৎখিবনা মনেম অদু ময়ানিপাগী মশক উদনা ময়ুমদা অদুম হল্লক্রে। অকোনবদদি নিপা অদু ঈকাইমন্দুনা লংফৈদা চেন্দুনা লোৎখিবদগী ময়ুমদা অমুক হল্লকখিদ্রে।

লানজদবী মচানুপী, মপুরোইবা নিংবী অদু, পুন্সি চুম্পা মপুরোইবা কায়নরবী মৌ অমা ওইনা লৈবা তাখি। নিংবা কায়না নিংঙদবা মৈচাক অমগা লোয়ননা মিৎলু পিরাং শিম্নুনা অৱা মৈশা লাংদুনা লেনখি। ❑

# নিংঙোল মরা চাক্কৌবা

থায়না মমাঙঙৈদা নিংঙোল মৰা মনেম্না য়াম্না লূনা তৌবা অমা লৈরম্মী। নোংমদি মনেম অদুনা ময়ানিপা অদুবু চাক চরা অমত্তং কৌদুনা পীজগে খন্দুনা, অয়ুক ঙন্না হৌগৎতুনা মচা-ময়াগী কবোক হৈ-রা পুদুনা মচানুপীগী ময়ুম লাক্লে। ময়ানিপা অদুনা মনেম লাকপা উবদা মনেমদা খুরুম্মী। মনেম্না হায়রকই; " অঙাং! নঙ উদবা কুইরে, হায়দুনা ইনেম্না উন্নগে লাক্পনি। অদুগা হয়েংদি ইনেমগীদা চাক চরা অমত্তং চারো!" হায়রল্লগা মচা-ময়াগী পুরকপা কবোক হৈ-রা অদু পিরল্লগা ময়ুমদা হল্লক্লে।

নোংঙাল্লে, মনেম অদুনা ময়ানিপাদু চাক-চাবা লাক্লগনি হায়দুনা মাগী অরৈবা খরনা হাউনা থুম্না মরৈ মুন্না থোংদুনা পীজগে খন্দুনা হোবে-হোবে তৌদুনা চাক থোঙ্গৎলে। ময়ানিপা অদুসু ঙসিদি ইনেম্না চাক্কৌবা নুমিৎনি, অদুনা চত্তবা য়াদে। চৎপগী মতম থেংখ্নগনি খন্দুনা ইরুজরগা চন্দোন চৰা ঙৌনা থিন্দুনা লাই-তিন খুরম্বা লোইরগা ফৈজোম-ফুরিৎ শেৎলগা, লেংজান অমা য়াল্লগা ইচু তানা তনান-তনান প্রপ-প্রপ লাক্লে। মনেমগী ময়ুম য়ৌরকপগা মনেম্না চাক লোইরকপগা মপা-হেক চানৈ। মনেম অদুনা ময়ানিপা লাকপা উবদুদা ইমুংদগী থোরক্লগা তরাম-তরাম " অঙাং লাক্লবা ? ওন্থোক্লা মতম চানা থুংলরেদা ইনেমসু হৌজিক্তা চাক লোইবতা ঙাইরি। চাক থিরগে চঙলকউ, লাউ-লাউ " হায়না কৌশিল্লি। ময়ানিপা অদু মনেম্না চঙলকউ হায়রে হায়দুনা চুমত্রিং হেক্তা চাকখুম তান্না চঙলক্লে। মনেম অদুনা ইহে ! মাদি হেক্তা চাকখুম তান্না চঙলক্লে খনথি, ফরে অদুদি চাক অসি থুনা থিদোক্নুনা পীজরগে হায়দুনা চাক-চা ফিদা থাবিরে। ফিদা অদুদা ময়ানিপা অদুসু চঙদুনা চাক চারগদবনি হায়দুনা ঙাইদুনা লৈরে। ময়ানিপা অদুনা ফমদুনা ঙাইরবা অদুদদি মনেম অদুনা চফুদগী অশাবা চাক অদু তনথি থিদোক্নুনা তেঙ্গোৎ অমদা মৈথক্লগী থাংথবতা

ঙাইরিবা য়েঙ্খাং অদু হাপ্তুনা ময়ানিপাদা চাননবা পীরে। ময়ানিপা অদুসু মনেমগী চাক য়েঙ্খাংগী মনম অদুদা হাউরগনি খন্দুনা হরাউ-হরাউ ঈশিং খুজাইদগী ঈশিং লৌরগা লাইদা কৎলগা, অশাবা চাক অদু খুবাম অমা খোৎথরগা অশাবা য়েঙ্খাং মহী হৈরগা তোৎ-পোই তোত্তবোই তৌরগা অচৌবা খুবাম অমা লৌখৎলগা ময়াদা হেক হুকল্লুরে। চাক অশাবগা য়েঙ্খাং অশাবগী মহী অনীনা পুন্দুনা নিংঙোল মব্রা অদু শামনখিবনা খঙয়োৎ-য়োৎপসু ঙমদা, ওথোকসি-কদায়, খাঙবদা মফম-মরাং খঙদ্রদুনা ময়া কাথোক্তুনা য়ুমথক্লোমদা য়েংখৎখি। খুদক অদুদা নিংঙোল মব্রা অদুনা খল্লি, ঐগী ইনেম্মা, চাক্তি চাদ্রদুনা উরা হুমদাং য়েংলিবসিবু করিগীনো হায়খ্নগনি হায়দুনা ময়ানিপা অদুনা মনেমদা " কনা-কনাদসু হায়দোকলোই। অবোক-খোইগী উরা হুমদাং অসিবু করি লমদগী ওইরবনো ?" ময়ানিপা অদুগী ব্রা তাবদা মনেমদুনা হায়ফম ঙাঙফম খঙদ্রদুনা ঙহাক লৈরগা মপা চানা " অঙাং ! ঐখোয় য়ুমগী উরা হুমদাং অসিদি য়াকা লোকতগীনি " হায়না হেক হায়রকই। ময়ানিপা অদু হায়ফেৎ ইকাইরপ তৌখি। ময়ানিপা অসিসু পাইরক্কী লৌশিং লৈবা, ব্রাহৈ ব্রাতা হৈবা অশিংবা নিপা অমা ওইবনা ব্রাহৈ ফজবনা ঐবু নোক্তরে হায়বসি খল্লদুনা, মনেম অদুদা লম্মন শিংদবা য়াদ্রে খল্লে। মনেম অদু মশম য়াম্না খোইবী নুপীনি অদুনা মনেমগী মশম অখোইবা অদু য়েংলগা হায়রকই, " অদুনা ওইবা তারে, উরা হুমদাংশিং অসি অয়াম্বনা ব্রামিত্তাং ব্রাবুখোই ঙক্তা ওইনা তৌই " হায়রকই।

মনেম অদুনা ময়ানিপা অদুগী পাউখুম অদু তাবদা মবুকনিংদা ঐগী ইয়ানিপা অসি ব্রাহৈ ব্রাতাদি য়াম্না হৈ-শিংবা মীনি, তরাই-তরাইবা য়াবা মীতাদি নত্তে হায়না খঙখি। অদুনা মতুংদদি মঙোন্দা ব্রা ঙাঙবদা য়াম্না চনিং তানা চেকশিন্না খল্লগা ঙাঙলগে থনখি।

অসুন্না নোংমা-নোংমা হৌখিবনা চহী অমারোম হৌখ্রবা মতুংদা মচানুপী অদু মপামদা লাকই। মমানা চাক য়েঙ্খাং হাউনা থোঙদুনা পীজরবা মতুং নুংথিল, নুমিৎনা চাইথরকপা মতম ওইরক্রবদা মমানা মচানিপাদা " নচেগী য়েঙ্খাং-নাপী চেং অমদি নবাইগী চানবা হৈ-রা অসি নচেনা পুবা ঙমল্লোই, নঙ খরা থিল্লুচো, অদুগা নবাই অদু হয়েংদি খরা ঙন্না লাকউ হায়রম্মু, চাক চারা অমা চামিন্নসি " হায়রবদা মচিন-মৌপ্পা মবাইগী ময়ুমদা লাক্লে। মবাই উন্নরবদা চাক্তৌবগী ব্রাফম মমানা হায়রকপা অদু হায়রল্লগা ময়ুমদা লাক্লে।

নোংঙাল্লে, নিংঙোল মব্রা অদু ঙসিদি মনেম্না চাক্তৌবা নুমিৎনি, খরা ঙন্না চৎকে খন্দুনা ইরুজরগা চন্দোন চব্রা ঙৌনা থিন্দুনা লাই-তিন খুরম্বা লোইরগা

ফৈজোম-ফুরিৎ শেৎলগা, লেংজান অমা য়াল্লগা নিংঙোল মৱা অদুনা ৱাখল নুংঙাইনা ঙসিদি হাউনা চারুরনি খন্দুনা প্রপ-প্রপ লাক্লে। মনেমগী ময়ুম য়ৌরকপদা মবুক নুংঙাইরক্তরে মখোঙ হামনিংলে। তুরেলদা চত্তুনা মখোঙ হাল্লগা ইরুজদুনা কাখৎলক্লগা ফমুংদা ঙহাক হিপলিঙৈদা মনেম্না " চাক লোইরে অঙাং! নশেল-নবাই চাথোক্লরো " হায়বদা মনেম্না থারিবা ফিদা ফল্লগা চাক-চাবা হৌরে। য়েঙ্খাংদি য়াম্না হাউবা ঙাক্রাগা মাইরেনগা থোঙবদু ভাব তানা হাউনা চারিঙৈদা নিংঙোল মৱা অদু ইখঙ-খঙহৌদনা মোই বোং লাউনা হৌনা থোকখি। নিংঙোল মৱা অদু ইকাই-মন্দুনা খুজাই পায়রগা মপালদা মখুৎ হাম্বা চেপ্লোকখি। থৌদোক অদুদা মনেম্না ময়ানিপাসি ইকাইখ্রে খঙলদুনা শোলপ্না " নবাইদু কনাসু তাহৌদে হায়রু " হায়রবদা, মশেল-নিপাদুনা " ইবাই কনাসু তাহৌদে " হায়রকই। নিংঙোল মৱা অদুনা " করিগী তারোই, ঐখোয় পাবগী ইরোই লাবনা খোঙবদৌনা খোঙখ্রগা " অসি হায়রল্লগা ময়ুম তান্না ইকাই-ইকাইনা চৎখি।❑

# নিংঙোল মরা ফকচেৎ চাবা

থায়না মমাঙঙৈদা মনেম্না য়াম্না লুনা তৌজবা অপঙবা নিংঙোল মৰা অমা লৈরম্মী। মচানুপী অদুদি মরক-মরক্তা মপামদা লাকপদা মমানা হাউবা-হাউতবা অৰৈবা খরা থোঙদুনা চাম্মিন্নৈ। অদুগা ময়ানিপাগী হৈ-রা অথুম-অহাউ খরদং ওইরবসু পীরকই।

নোংমদি মনেমগী মপুক্লিংদা খল্লকই: " মচানুপীদি মরক-মরক্তা মপামদা লাকপদা অহাউবা য়েঙ্গাংমক পীজবা ঙমদ্রবসু অৰৈবা খরা থোঙদুনা চাম্মিন্নৈ, অদুগা ময়ুমদা হনখি। ইয়ানিপাদি নোংমতসু কৌদুনা চাক চা-রা অমত্তা পীজদে, ঐনা তৌরিবসি চুমদ্রে। ইচাতবু নুংশিবা মীগী মচাবুদি নুংশিদবা, ইচা-মীচা নাইরেদনা ঐদি। ইয়ানিপানা মচানুপীতা লুনা চান্না তৌই, ঐবুদি লুনা তৌবিদে হায়না শোয়দনা খল্লমগনি। ঐনদি ইচাবুদি ইয়ানা হেন্না নুংশি হায়বসি কনানসু খঙবিরোই। " অসুম্না খন্দুনা খুদক অদুদা মচা-ময়াগীনি হায়দুনা হৈ-রা অথুম-অহাউ পুদুনা ময়ানিপাগী ময়ুমদা লাক্লে। অদুবু ময়ানিপাদি অহল অমা লৈখিদবগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম চৎখিবনা ময়ুমদা লৈরমদদুনা মচানুপীদা, " ইবেম্মা ! নবুংঙোদুবু নোংমতসু ইমাগীদা লাক্কে। অদুনা ইমানা নিংঙল্লক্তদুনা ঙসিদি হেক্তা হৌগৎলগা লাকইবা অসিনি। হয়েংদি অয়ুক্তা চাক চারা অমত্তং হাউব-হাউতবা চাম্মিন্নসি হায়য়ু," হায়রল্লগা মমাদু ময়ুমদা হনখ্রে।

মমানা চৎখ্রবা মতুং নুম্মিদাং-ৱাইরম নিংঙোল মৰা অপঙবদু লাক্লে, মাগী নুপীদুনা হায়রকই, " তারিবরা নিপা! নঙবু, ইমা লাক্লম্মী, নঙবু নোংমতসু লাক্কে, অদুনা নুংঙাইতনা শোল্লম্মী। ইমানা চাক চারা অমত্তং চাম্মিন্নসি হায়রম্মী।" ৱা অদু তাবদা নিংঙোল মৰা অদুনা " ইনেম্বোক্লা চাক চারো হায়রল্লদবু চত্তবা য়াবরা, ঐ হৌজিকমক চৎলগে।" হায়দুনা অপঙ অদু চৎকদবগী শেম শারকপা অদু উবদা মাগী নুপীনা, " ঙাইখো ! ঙাইখো ! নিপা

নঙবু, হৌজিক চৎকদবা নত্তে ইমানা হায়রম্বদু হয়েং অয়ুক চারো হায়বনি।" হায়রবদা অপঙ অদু মথল্লাই নুংঙাইতনা শুকথনা লৈরে। অসুম্না নুংঙাইত-নুংঙাইতনা অহিং অদু হৌখি।

নোংঙাল্লে, অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলগা, মচীন-ময়া শেংদোক্লগা, য়োৎপাক অমা পায়দুনা ঙহাক হুমাং তাবমখৈ ইংখোল তৌরম্লগা ঙসিদি ইনেম্না চাক্লৌবা নুমিৎনি, চৎপগী মতম থেংখ্রগনি খন্দুনা তুরেল-রোমদা চৎখিদুনা ইরুজরগা চন্দোন চল্লা ঙৌনা থিন্দুনা লাই-তিন খুরম্বা লোইরগা ফৈজোম-ফুরিৎ শেৎলগা প্রপ-প্রপ মনেমগী ময়ুমদা চাক চারুরগনি হায়দুনা লাক্লে। মনেম্বোক্লা চাক থোংবা লোইদ্রিঙৈ, ময়ানিপানা ঙন্তানা চাক চাবা লাকপা উবদা মনেম্না হরাউ-হরাউ তরাম-তরাম্না " অঙাং! নঙ লাক্লেদনা নুংঙাইরে।" নিংঙোল মল্লা অপঙবদুনা " অহোয় ইনেম্বোক ঐ লাকচরে " হায়রগা খুরম্লে। মনেম্না " ফরে-ফরে ! ঙহাক্তং পোখাখো !" হায়রগা ফক অমা থাদুনা " ফম্মু-ফম্মু " হায়দুনা ফমহল্লম্লগা " ইনেমসু চাক লোইনবা হোৎনরুগে " হায়রম্লগা ইমুংদা প্রপ-প্রপ চংখ্রগা মৈথৌ কন্না থাদুনা থোংলিবা চাক অদু লোইনবা কন্না হোৎনখি। চাক থোংবা লোইরদুনা পুথম অহুমদা চাক্লুক শেল্লে, চাক্লুক অদু মকুবোক্কী অমা মাগী অমগা ময়ানিপা অদুগী অমগা থিরগা ল্লাই তৈদুনা থম্লিবা চাক চাফম অদুদা থাংদোক্লুনা থম্লে। অসুম্না থৌরাং পুন্নমক লোইরগা " মপাসু চঙবিরক্লো, অঙাং! নঙসু চঙলক্লো চারসি " হায়না কৌশিন্দুনা মথং-মথং ফম্নরে। মনেম্না " অঙাং! য়েঙ্গাংদি ল্লায়োং চাবা নত্তে, ইনেম্না লৈবা লৈতবা চাক চারা অমত্তং হেক্তা পীজনিংদুনা অদুক কৌবনি, চারো-চারো " হায়দুনা চামিন্নরে। নুমিৎ অদুগী য়েঙ্গাং অদু মতা অমা চারুবনরা করিনো খঙদে নিংঙোল মল্লা অপঙদুনা মথল্লাই তানা হাউনা চারে। অদুদগী চানা-চানা নিংঙোল মল্লাদুনা মনেম্বোক্তা হংলকই; " ইনেম্বোক ! ঙসিগী য়েঙ্গাং অসি ওম্বোক্লা হাউখ্রে, বরি য়েঙ্গাং থোংবা কৌবগে, ঐদি অসিগুম্বা য়েঙ্গাং অসি অমুক-ফাওবা চাজদ্রি " ময়ানিপাগী ল্লাদু তাবদা মনেম মকু অনীদু য়েংনরগা মোমোন-মোমোন তৌদুনা হরাউখি। মনেম্না " অঙাং! ফকচেৎ চগেম পোম্বা হায়না কৌই " হায়রকই। নিংঙোল মল্লাদুনা খল্লি, ফকচেৎ চগেম পোম্বা থোংবসিদি য়াম্না হাউইদনা ঐদি নহান-মখৈ খঙলমদে অসিদি। অসুম্না ল্লারী শানা-শানা চাক অদু চখোম চাউনা-চাউনা হক্লুনা চাবনা লোইথোকখ্রে। তেঙ্গোত্তা পকপা য়েঙ্গাং অদু ফাওবদা লেক্লুনা চাথোক্লে। চাবা থকপা লোইনরে, খুৎ-শা হামদুনা লোইরকপদা, মনেম্না " অঙাং! ক্লা মপান্দা ক্লাগোক লৈবনি, মদুদগী ক্লা লৌরগা হেক চারো "

হায়দুনা হায়রে। ময়ানিপা অদুনা কাগোক্তগী কা মতপ অমা শেমদুনা চখোম চাউনা চারগা ঙহাক লৈরগা চৎলগে হায়দুনা মনেম্বোক মকুবোক অনীবু খুরম্নলগা ময়ুম তানা লাকপদা ঙসাইগী মানা য়াম্না পামজনা হাউনা চাখিবা য়েঙ্খাং " ফকচেৎ চগেম পোম্বা হায়বদু অপঙনা লম্বী চৎপদা কাউখিগনি খন্দুনা " ফকচেৎ-ফকচেৎ " হায়দুনা লাকপদা খুদি-খিদুনা তুরে, মদুদা নাম্নখিবনা অনাবা খঙবদা ঙসাইগী " ফকচেৎ-ফকচেৎ " হায়বদু কাউথোকখিদুনা " চেফক-চেফক " হায়দুনা লাক্রে। খরা চৎলগা ঙহাক অসুম ৱাখল তৌরকই; " ঐগী অসিবু ইনেম্বোক্না হায়রকপা অদুগা ইমাল-মাল্লক্তরে, অদুদি করি তৌশিগে " ঙহাক খল্লগা মনেম্বোকী ময়ুমদা চেল্লক্লগা " ইনেম্বোক ঙসাইগী য়েঙ্গাংদুবু করি পোম্বা হায়বনো ?" হায়দুনা অমুক হংলবদা মনেম্বোক্না " ফকচেৎ-ফকচেৎ " হায়দুনা তাকপিরকই। অপঙনা " ফকচেৎ " হায়বদু কাউদনবা চেকন্না চত্তুনা ময়ুম য়ৌরক্লে।

ময়ুম হেক য়ৌবগা অপঙনা মাগী নুপীদা হায়রকই; " ঙসি ইনেম্বোক্না পীজরকপা য়েঙ্খাং অদু ওম্বোক্না হাউখ্রে কাউবা ইয়া-য়ারোইদৌরি. চাকসু ওম্বোক্না য়াম্না চারকখ্রে ঐদি। " ৱা অদু তাবদা মাগী নুপীদুনা " করি য়েঙ্খাং পীজরকপগে " হায়দুনা হংলবদা ঙসাইগী " ফকচেৎ " হায়বদু অমুক কাউথোকখ্রে, কাউই হায়বদি ঈকাইদুনা " এ তাকপা য়াদে. হোরেল নুমিদাং থোংসি ঐ য়েঙ্খাং শেমগে " হায়দুনা য়েঙ্খাং মমিং হায়দ্রে। নুমিদাং ওইরক্লদুনা অপঙগী নুপীদুনা চাক-থোংনবগী মতম য়ৌরে হায়দুনা চাকখুমদা চাক থোংনবা চঙখিবা উবদা অপঙনা " হো চংলো-চংলো চাক-থোঙ্গৎলো, ঐ য়েঙ্খাং শেম্মক্কে " হায়দুনা থাঙজৌ অমা পায়দুনা মখোয়না ফম্নবা মাঙোন্দা ঙারিবা কৌনা ফক মচা অমত্তং লৈজবদু থাঙজৌনা মকক-মকক ককথৎলগা য়েঙ্খাংনি হায়দুনা মাগী নুপীদা পুশিল্লক্লগা পীরকই। মদু উবদা নুপীদু পুমঙক ঙকখ্রে। অপঙনা " মসি চগেম পোমউ, ঙসাই ইনেম্বোক্না থোংবদি অঙকপা ফংনা ওম্বোক্না হাউখ্রে "হায়রকই। ৱাদু তাবদা খরা ঙক্লবসু নুপীদুনা ফক ওইরবসু মুন্নাবু ফুৎলবদি তোইরম্বা তাই, খনবদগী অদুম থোংলে। চাক থোংবা লোইরদুনা পুখমদা থিদোক্লে; তেঙ্গোৎ অচৌবদা ফকচেৎ চগেম পোম্বদু হাপ্লে। চাক চাফমদা থাংদোক্তুনা থম্বদু ঙাইঙমদনা অপঙনা " পীরকলো-পীরকলো চানিঙবনা ঐদি ঙাইবা ঙমদ্রে " হায়দুনা ফম্নবদা মাগী নুপীনা থাংদোক্তুনা চাক পুখম অমদি য়েঙ্খাং তেঙ্গোৎ পীরবদা অপঙনা অহানবদা চাক চখোম অমত্তং চাউনা হুক্লগা ফকচেৎ চগেম পোম্বদু ফ্রৎ লাউনা হেক চিংখৎলবদা তোইয়ু য়াদ্রবা ফক মচেৎ

অদুনা মখনাউদা পন্দুনা লৈরে। অপঙ অদু য়োৎশিনবসু য়াদা ওথোকপসু য়াদা, মমৈথংদদি শ্বর হোনবা য়াদদুনা মমিৎ ঙ্রোং-ঙ্রোং ওনখৎলে ওক-আক তৌদুনা লৈরে। মদুদা মাগী নুপীদুনা নুংশা থিমনখিবনা চেনশিল্লক্লে। তৌফম হেক খঙদ্রদুনা মপুরোইবনা ময়া কাখৎলিবা অদুদা চাক-থিনবা খাবৈনা ক্রোক-ক্রোক ওত্তুনা ফৈদুনা লৈরিবা ফকচেৎশিংদু লোইনা লৌথোক্লে। অদুদগী অপঙদু শ্বর হোনবা য়ারদুনা চনিঙ তারে। অপঙনা " ইস শিরমগদৌইদা " হায়দুনা চাক্কা চাদনা, ফুক হৌগৎলগা মচীন ময়া তেংথোক্লগা ফমুংদা চঙখ্রে। ❑

# শেন্দ্রাংমচা অমদি নিংথৌমচা

থাযনা মমাঙঙৈদা লৈবাক অমদা নিংথৌ অমগা মহারাণীগা হায়-নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইনা পাল্লম্মী। মহারাণী অদু মশক মতৌ ফজবী মীনুংশি খঙবী থম্মোই চাউবী ওইরম্মী। মখোয়না লৈরিবা শঙ্গাই অদুগী শাইজিন্দা শেন্দ্রাং মতৈ মনাউ মকোল শাদুনা লৈরম্মী। মহারাণী অদুনা শেন্দ্রাং মতৈ মনাউনা চেন-চোংদুনা শান্নবা মতৌ অদু য়েংলগা নুংঙাইজে। মীওইবা হায়বসে লৈবু লৈর্ম্মীন্নরবদি শা-উচেক্তস্ নুংশি, উচেক্কী মচিঞ্জাক মরক মথঙ্গো হাম্পী। অসুন্না থা কয়া, চহী কয়া হৌখ্রে। নোংমদি শেন্দ্রাং অমোম অদু মচা অনীথক পোক্লে। নুমিৎ অদুদা মহারাণী অদুসু অঙাং অনী ফাইবোক পোক্লে। নুমিৎ মঙানিরোম লৈরগা শেন্দ্রাং অমোমদু শিদুনা তারক্লে। মদু উবদা মহারাণীনা নিংঙমদনা হায়রকই, " ও! শেন্দ্রাং অমোম নঙগা ঐগা নোংমত্তদা মৈনিং কুমিন্নবনি অদুবু নঙদি নচা অনী অসি হুন্দোক্লম্লগা শিরবোইরে! " মহারাণীদু মমিৎতগী মপি তারগা মনাই নুপী অমদা অশিবা শেন্দ্রাংদু লৈগী দোলাইদা হাপ্লগা পুদুনা তুরেন্দা থাদহলবুরে।

নোংমা নোংমগী শেন্দ্রাং লাবা অদুনা মচা অনীদু মচিঞ্জাক ইনবীরম্মী। মতম খরা লৈরগা শেন্দ্রাং ময়াম লাক্লুনা লাবা অদুদা হায়ররে, নহাক্না নচা অনী অসি য়োকপদা ৱারগনি, নুপী অমা থিরো হায়না থেমলম্মী। অদুবু শেন্দ্রাং লাবা অদুনা য়ারমদে, " ইচা অনী সি চাউদ্রি ফাওবদি নুপী থিখিরোই " নুপী অমদু লাক্লগা ইচা অনী সি ওৎপিগনি হায়না হায়রম্মী, মরূপ মপাং ময়াম্না নোংমা-নোংমগী থেল্লকপা অদুদা ফরে, খন্দুনা শেন্দ্রাং লাবনা নুপী অমা থিবুরে। মখোয় অনী চঙদুনা মচাগী মচিঞ্জাক ইনবীরি। অসুন্না তৌদুনা নুংঙাইনা লৈরম্মী। নোংমদি লৈকাইগী শেন্দ্রাং অমোম খরা লাক্লগা হায়রম্মী " ও ! ইবেম্মা নঙনা তৌরিবদু অরেম্বনি। নঙনা পোকপা নচাসু নত্তে, হৌজিক্কী মতমসিদি ইবুকথোক্কী

ইচানা ফাউবদা চাউরগা ঐখোয়বু কাউথোকই। নঙনা চাউনবা ৱানা য়োক্লগা কাউথোক্লক্লবদি, অদুগা অসিমসু হায়বিগে, নঙনা হয়েং পোক্লকপা নচা অদু মখোয়না চিকপিগনি। মতম লৈরিঙৈদা খন্থহৌবা ফৈ, মসি নঙগীতমক ঐখোয়না হায়রিবনি " মখোয় ঙহাক ৱারী শুনরগা চৎলগে হায়রল্লগা চৎখি। শেন্দ্রাং অমোমদু মপুক্লিংদা মওল মওল থল্লক্রে। নুমিৎ অদুমক্তদা শেন্দ্রাং লাবা লৈত্রিঙৈ তিনখঙ অনীখক মচিন্না চিক্তুনা পুদুনা লাক্লগা মচা অনীদা ইনবীরে। শেন্দ্রাং মচা অনীদু মখনাউদা তিনখঙনা য়ুদুনা শিরবা অদুদা মখাদা তারক্রে। মহারাণী অদুনা শিরবা শেন্দ্রাং মচা অনীদু মচিন ফাক্তুনা য়েংবদা তিনখঙ অমমম ফৈদুনা মখনাউদা লৈরম্মী। মতৌ অদুদা মহারাণীনা অশিবা শেন্দ্রাং মচা অনীদু মখুৎনা নানবিরগা হিক্না হিক্না কপ্পী। অদুগা মনাই অমদা অশিবা শেন্দ্রাং মচা অনীদু লৈগী দোলাইদা হাপ্লগা পুদুনা তুরেন্দা থাদহল্লুরে।

থৌদোক অদুদা মহারাণীনা নিংথৌদা " মহারাজ ননাই নুপীনা ৱারী অমা লিজগে তাবিয়ু, ঐখোয়না লৈরিবা শঙ্গাইসিগী শাইজিন্দা শেন্দ্রাং মতৈ মনাউ অনীখক মকোল শাদুনা লৈ। নোংমদি শেন্দ্রাং অমোমদু মচা অনী পোক্লম্মী. নুমিৎ অদুদা ঐসু ইচা অনীসে পোকই। অদুদগী মহারাজ নুমিৎ মঙানি লৈরগা শেন্দ্রাং অমোমদু শিদুনা তারকই. ঐনা ঐগী লোয়নবী অমদা শেন্দ্রাং অমোমদু অদু তুরেন্দা থাদহনখ্রে। শেন্দ্রাং মরূপ মপাংনা হায়বদগী নোংমা নীনি লৈরগা শেন্দ্রাং লাবদুনা শেন্দ্রাং অমোম অমা থিবুরে। মখোয় অনী চঙদুনা মচাগী মচিঞ্জাক ইনবীরি। নোংমদি লৈকাইগী শেন্দ্রাং অমোম খরা লাক্লগা হায়রম্মী " ও । ইবেম্মা নঙনা তৌরিবদু অরেম্বনি। নঙনা পোকপা নচাসু নত্তে, নঙনা চাউনবা ৱানা য়োক্লগা নঙনা হয়েং পোক্লকপা নচা অদু মখোয়না চিকপিগনি। শেন্দ্রাং অমোমদু মপুক্লিং ওল্লক্রে। অদুদগী শেন্দ্রাং মচা অনীদু শিদুনা তারক্রে। শিরবা শেন্দ্রাং মচাগী মচিন ফাক্তুনা য়েংবদা তিনখঙ অমমম ফৈনা য়ুদুনা লৈরম্মী। মহারাজতা ঐনা হঙজনিংবনা ঐ শিখ্রবা মতুংদা নুপী অতোনবী অমা থিগদ্রা ?" হায়না হায়রকপদা মহারাজনা " নঙ করিগী শিগনি হায়-হৈদে, করিগুম্বা নঙনা শিখ্রবসু ঐ নুপী অমা অমুক থিরোই হায়না ৱাশকখি।

মহারাণী অদু শেন্দ্রাং মমা মচাগী ৱাখল খনবদা থম্মোয় শোক্না নুংঙাইখিদে। মদুনা মরম ওইদুনা মহারাণীগী মশা ঙল্লক্তবা হৌরক্রে। মাইবা মাইবী কয়া য়েংলি অদুবু কান্নবা ফংখিদে। মতম খরা লৈরগা মহারাণী অদু শিরে। মহারাণী শিখ্রবা মতুংদা লৈবাক প্রজা মীয়াম্না ঙাংনরকই," লৈবাক্কী মপী মপা ওইবনা মহারাণী য়াওদনা করম্না লৈবাক প্রজা ঐখোয় নুংঙাইনা মরা তপ্পা

পানগনি। " হায়বা প্রজাগী খোল্লাউ তারবসু নিংথৌনা ফনা খঙজরবসু লৈবাক প্রজা অমদি পাত্র মন্ত্রী অঙম অথৌনা য়াদবনা নিংথৌনা মীয়ামগী মনিং থুংনবা হোৎনবদা মাগী ৱাশক কায়বা তাখি। মশক মতৌ ফজরবী লৈবাক অমগী রাজকন্যা অমা লুহোংদুনা পুদুনা লাক্লে। লৈবাক প্রজা মীয়াম ইং- তপ্পা নুংঙাইনা পাল্লে। হান্নগী মহারাণীনা পোক্লম্বা মচানিপা অনীদু মহারাণী অতোম্বীনা মানা হেক পোকপা মচানি খন্দুনা লুনা চান্না তৌরম্মী। অসুন্না চহি মঙা তরুক হৌখিবা খঙহৌদে। লাইরিক তন্নবগী গুরুগী ময়ুমদা চৎপা হৌরক্লে। নোংমদি মহারাণী অতোম্বী অদুগী অহল ওইবী মনাই নুপী অমনা " ইবেম্মা মহারাণী ননাই নুপীনা ৱাফম অমত্তং হংগৎচগে নঙনা নচা অনীসি লুনা চাননা তৌরিবা, নঙনা চাগদবা লৈরবসু চাদদনা থম্লিবা. ঐদি য়েংবদা ওম্থোক্না মিৎ অসি নারেদা ঙহাক্তা ঙায়রে, নঙগী নকোক্তা হৌরিবা নশমদু ফোয়গদবা অদুগা অসিমসু হায়জগে। করিগুম্বা নঙনা পোক্লকপা নচাদুনা, মহারাজ লৈখিদবা তুংদা নিংথৌ ওইরোই। নঙনা হৌজিক লুনা চান্না তৌরিবা নচা অনী অসিনা অমনা নিংথৌ, অমনা য়ুবরাজ, ওইবদি শোয়দ্রবনি। মতম লৈরিঙৈদা খন্থহৌবা ফৈ। " মীনাই নুপীগী ৱাফম অদু তাবদা মহারাণী অতোম্বীদু পুক্লিং ওল্লক্লে। অঙকপনি নুপীগী শলোন ঃ-

" নুপী ওইবীগী পুকচেল,
লৈরাংগী লৈনাগুম থোৎলবী,
নুপী ওইবীগী থম্মোই
নুংদগী হেন্না কনখি।
অঙকপনি মপুগী খুশেম,
হু-পুবী লিন অমোমগুম
ফু-ফু কাল্লকই।"

মহারাণী অতোম্বীদুনা করম তৌরগা অঙাং অনীসি তাম্থোকসিগে খনবা হৌরক্লে। লাইরিক তম্বদগী হল্লক্লগা চাক মবুক থন্না পীজদ্রে। অঙাং অনী নবুক থন্না চাদবনা ময়াং কওলে। নোংমদি ময়াম্বদা য়েংলগা মনাউনা " য়াম্বুং চাক লাম্বনা ঐগী থৱাইসি পুবা ঙল্লকতরে, অদুনা গুরুদা ছুটি নিরগা য়ুমদা চৎলসি, হায়দুনা গুরুদা হায়রগা য়ুমদা লাক্লে। অসোমদনা অঙাং অনীনা ময়ুম য়ৌরকপগা মমা অতোম্বী অদু মশম মনা ইফা-ফা মফি-মরোল শেগাইরগা মশা পুম্বা খুজিন্না খোৎলগা কপ্পুনা লৈরে। অদুগা মনাই নুপী অমা থাদুনা মহারাজ কৌরম্মী।

নিংথৌনা মহারাণীগী ফিভম অদু উবদা " করি তৌরে মহারাণী " হংলম্মী, মহারাণীনা " মহারাজ ঐ মফম অসিদা লৈবা ঙম্লরোই, নঙগী নচা অনীনা ঐবু থিনা চৈরগা ইশম ফোই, ইশা পুম্বসু লোইরে, মখোয় অনীনা খুজিন্না খেত্তুনা ইহিং নাহিং শারে. ঐগী হকচাংসে. অসিতসু নৎতে, থাঙনা য়ানগে. খোঙপাক্লা কাউগে হায় ঐ খাঙবা ঙমদ্রে।" অসুন্না অঙাং অনীদুনা শুক-হায় হায়দবা শুমতৌ তৌদবা অদু শাশিন্নদুনা তমশিনখ্রে। মহারাণীগী ৱা তাবদা নিংথৌ অদু করি অমত্তা খম্থবা তৌদনা খুদক অদুদা মী হাৎপা নিপা অনী কৌরগা " অঙাং অনীসি জঙ্গলদা পুরগা মঙক কক্তুনা হাৎলগা মখোয়গী ঈদু উতোংদা হাল্লগা পুদুনা লাকউ " হায়বদা মী হাৎপা নিপা অনীদুনা অঙাং অনী অদু পুদুনা লাকপদা হুই অমসু মখোয়গী মতুংদা ইন্নদুনা লাকই, মখোয়না জঙ্গল হেক য়ৌবদা নুমিৎ তাখি। অঙাং অনীদু চাদ-থক্তবগী অৱাবা অমদি লম্মী লমশাংদু লাকপগী অৱাবনে মখোঙ অদু থাংদুনা চৎপা ঙমদ্রে. ঙহাক পাথাখিসি হায়দুনা চাউরবা উখোঙ অমগী মখোঙদা পোথাবদা নিদ্রা কৌবী লাইরেম্বীনা অঙাং অনী অদু শুমখিদুনা তুমথখ্রে। তাঞ্জা অদুদা মীহাৎপা নিপা অমনা হায়রকই, " অঙাং অনীনা তুম্লিঙৈসিদা মতাং চারে হাৎলসি " অমনা খুম্লকই. " য়েংঙু অঙাং অনীসি নুংশিদ্রা ? নঙ ঐগীসু অসুক চাউবা ইচা লৈরিবনি, করিসু খঙজদ্রবা পাপ ফাউবা চেনদ্রিবা পিক্লিবা অঙাংনা করি মরাল লৈরমগনি, পুকচেল ফত্রবী মহারাণী অতোম্বীনা শৰে তৌদুনা হাৎনবা শিনবনি মরম অদুনা অঙাং অনীসি হাৎলরোইসি. মখোয় অনীনা লানদ্রগদি চাউরা শারেপ ফারগা মপাবুংগী মহুৎ শিন্দুনা নিংথৌ ওইনা পাল্লশনু," হায়রগা মখোয়গী তুংদা ইন্নরকপা হুই অদু মঙক কক্লগা ঈ অদু উতোংদা হাল্লগা অঙাং অনীদু শোংলবা জঙ্গলদা হুনজেক্লল্লগা মীহাৎপা অনীদু কোনুং তম্না লাক্লগা ঈগী উতোং অদু নিংথৌদা পীরে।

অসোমদনা অঙাং অনীনা তুম্লবদগী হৌগৎলকপদা নোংঙাল্লম্লে, খুড়া অনীদুসু লৈরমদ্রে. কৌবদা কনাসু তাদ্রবদা উপায় লৈত্রদুনা মচিন মনাউ অনীদু কোন্নদুনা পঙকপ্তা কপমিন্নরে। কপ্পা মখৈ কপ্লগা চাকসু লাম্বনা লোইরে, উমঙদুদা উহৈ থিদুনা চারে. অদুবু মবুক্তি থনদে। মনাউনা ময়াম্বদা " ঈশিং খৌরাংবনা খনাউসি থরক থরক কঙলে ননাউগী প্রান থৱায়সি পুবা য়াদ্রে " মনাউগী ৱাদু তাবদা ময়াম্বনা " ইনাউ ইবুংঙো নহাক খোঙনাং মখোঙসিদা পোথাদুনা লৈরম্মু ইয়াম্বা ঈশিং শোক্লখিগে " হায়রল্লগা ময়াম্বদু ঈশিং থিবা লাক্রে, অসুম ঈশিং থিরকপদা ঈশিংগী ইরাওখোন্দি তাই য়ৌবদি লৈতে। অসুন্না

অসুম চৎ অসুম চৎ ঈশিংদি ফংদ্রে. নুমিৎ তারক্লে ময়াম্বদু তৌফম খঙখিদে. মনাউগী মনাক্তা হনশি হনঙমদা অহিং ওইরক্লবদা মনাউগীদমক কপখি, অহিং চুম্পা তুমখিদে। নোংঙাল্লবদা অমুক ঈশিং থিবা চৎলি. নুমিৎ অদুসু ঈশিং ফংখিদে। মথংগী নুমিৎ অহুমনি-শুবদা জঙ্গল অদুগী হেক মপান্দা তুরেল অচৌবা অমা থেংনরে। মহাক্না ঈশিংদা কুমথরগা ঈশিং মবুক থন্না থক্লে। অরাম খৌরাংবা কোক্লবদা মনাউগী ঈশিং পুনবা ময়াম্বনা খৌরাঙ তৌরিঙৈ. চৈরক অসিদা লৈবাক অমদা নিংথৌ শিখিদুনা নিংথৌদুগী মচা মশু অমা ফাউবা লৈতবনা লৈবাক অদু অৱাবা তারে। পাত্র, মন্ত্রী অমদি মাইবা মাইবী পণ্ডিত অহল. লমন, কয়া তান্নদুনা লাইগা মান্নরবা শামু অঙৌবা মীরোল খঙবা শামুদু নিংথৌ থিরুনবা থাদোক্লকই। সেনাপতি অমদি অকল অথৌ প্রজা মীয়াম কয়া শামুগী মতুং ইন্নদুনা লাকই। মনাউগী ঈশিং পুনবা খৌরাং তৌরিঙৈ শামুদুনা অঙাংদু মনাতোন্না কোৎলগা মনমগন্দা থাঙ্গৎখ্রে। অদুগা মনাতোন থাঙ্গৎলগা হরাউনা খোংখি, অমদি প্রজা মীয়ামসু নিংথৌ ফংলে. হায়দুনা জয় ধ্বনি লাউখি. পুং, মাঙ্গং য়ৈদুনা হরাউ হরাউ লাকখি। অঙাংনা কপ্পুনা হায়জে. মনাউগী ৱাফম অদুবু কনানসু তাখিদে। নুমিৎ মরিনিগী লম লাক্লগা কোনুং য়ৌরে। অঙাংগী লাইবক্না কনখিবনা নিংথৌ ওইয়ু তমখ্রবোই। নিংথৌ ওইনবা লৈবাক কয়াদগী মতিক মগুন লৈরবা ব্রাহ্মন পণ্ডিত কৌদুনা থাখল থন্দুনা তীর্থ কয়াদগী ঈশিংনা মকোক্তা হৈখ্রে। নিংথৌগী লুহুপ মকোক্তা হাপ্লগা সিংহাসনদা ফমহনখি। লৈবাক প্রজা তিল্লিবা মীয়াম পুন্নমক্তা " জয় মহারাজকী জয় " হায়না লাউখি। মীয়াম্না হায়নরকই " ফজৈদা হন্দক্কী শামুনা পুরকপা ঐখোয়গী নিংথৌসি মতিক মগুন লৈনা উখ্রে. শোয়দনা নিংথৌ মচা ওইগনি, করম্বা লৈবাক্কী নিংথৌগী মচা ওইরিগবা " হায়না চিবোন চিবোন ঙাংনদুনা ময়ুমদা হন্নখি।

অসোমদনা মনাউ নিপা অদুদি অরাম খৌরাংবগী মৈচাক অমদি ময়াম্বা লাক্তবগী অৱাবগী চৈথেং কয়ানা থম্মোয় পুবা ঙমদনা লৈমায়দা জ্ঞান য়াউদনা তাখি। নুমিৎ নিনি লৈরগা তুমলুবদগী হৌগৎলকপগুম হৌগৎলক্লে। ময়াম্ববু কৌর-কৌরদুনা লাকপনা জঙ্গল অদুগী মপান্দা তুরেল অচৌবা অমা থেংনরে. মদু উবদা মহাকসু কুমথদুনা ঈশিং মবুক পেন্না থক্লে। মদুগী অসুম অসুম লাকপনা থুঙ্গং. কয়া কয়াদা চৎতুনা ময়াম্ববু থিরকপদা চহি কুনমঙা হৌখরে. অদুবু ময়াম্বদি থিবা ফংখিদে। চহি অসুক কুইবসে নোংমতা কম্পা তোক্তে, উখোঙ ৱাখোঙদা তুম্মী কৈথেল কয়াদা চাক্তি ফিনিদুনা চাদ-থক্তবনা

মশাদু শবুদা উন্না কুম্পী হায়বদু ঙায়রে। মশম, কোই, খুজিন, কক্তবনা অঙাউবগী ফিবম মাল্লে, অদুবু ময়াম্বদি থিবা তোকত্রি।

মহাক্না অসুম লাকপদা নিংথৌ পানবা দেশ অমা থেংনরে। দেশ অদুগী নিংথৌদু অতৈ কনাসু নত্তে ময়াম্বনি, অদুবু মহাক্কী মরাইবক থিবনা, ময়াম্বগী কোনুংদগী হুরানবনা শগোল হুখিদুনা হুরানবা থিবা লাকপশিংনা মনাউদু হুরানবনি হায়দুনা ফারগা কৈশুম শঙদা থমখ্রে। অসুন্না চহি কয়া কৈশুমদা মনাউদু লৈবা তাখি। অদুবু লাইগী নোংদমদগী ময়াম্বা অদুগী লৈবাক প্রজা খুৎ-হৈবা কয়ানা অচৌবা হি অমা শারম্মী। হিদু শাবা লোইরদুনা ঈশিংদা থাদরসি হায়দুনা মীয়ান্না চংদুনা ইনবদা হি-দু মচি ফাউবা লেংখিদে। অঙম অথৌ পাত্র মন্ত্রী পণ্ডিত মাইবা মীইবী কয়া য়াউনা ঈরাৎ পূজা তৌদুনা হি-দু ইনবদসু মচি ফাউবা লেংবা ঙমখিদে। মন্ত্রীনা হায়রকই, " লৈবাক'সিদা কনা কনাদি ৱাৎলি." হংলকপদা অহল অমনা হায়রকই " অদুঙৈ শগোল হুরানবনি হায়দুনা কৈশুম শঙদা থমখিবা নিপা অদুতা ঙাইরে।" মন্ত্রীনা " অদুদি খুদক অসিদা পুরকউ " হায়রুবদা নিপা অদু কৈশুম শঙদগী পুরকই, মন্ত্রীনা নিপাদুদা হি ইনবা য়াদবগী ৱারী লিরবদা নিপাদুনা মখুৎ অনী লোন্নরগা মন্ত্রীদা হায়জরে, " ঐগী শম, খুজিন, কোই-নচিংবা ককচগে," মন্ত্রীনা খুদক অদুদা শম ককপা কৌদুনা মশম, খুজিন কোই ককলবা মতুংদা তুরেলদা চৎতুনা শেংনা ইরুজরে অদুগা হি অদুসু য়েংলগা লাক্লে। নিপা অদু উবদা লৈবাক অদুগী নিংথৌ অদুগা শক মান্নে হায়না লৈবাক মীয়ান্না চিবোন-চিবোন ঙাংনখি। নিপাদুনা হিদা য়েংলগা মন্ত্রীদা হায়জরকই লাইগী ইরাৎ পূজা তৌনবা লৈ-শু, চেং থোইদিং তিংথৌনচিংবা পীবীয় " হায়না হায়বদা মন্ত্রীনা মহাক্না হায়বা খুদিংমক পীরে, নিপাদুনা হি-দু পূজা তৌরগা খুরম্লে অদুগা হি-দুদা য়েংলগা হায়জরকই, " ঐনা নিংথৌমচা অশেংবা মক্তা ওইরবদি ঐনা শোকপদা ঈশিংদা চৎলু হায়না মিৎতগী মপি তানা হায়জরগা হি-দুদা মখুৎনা শোকপদা হি-দু চৎখি। মীয়াম পুন্নমক্না হি চৎলে-হি চৎলে, হায়দুনা ৱা-ৱা লাউনৈ। নিংথৌ অমদি অঙম অথৌ পুন্নমকসু হরাউখি। হি ইনবা নিপা অদুদা নিংথৌনা মনা চাওনা পীদুনা লৈবাক অদুদা নুংঙাইনা লৈহনখি। নিংথৌ অদুগী মনাউনা লৈবাকসিগী নিংথৌসি মহাক্কী ময়াম্বা ওইরমগদ্রা চিংনবদগী মরূপ মপাং লৈবুং ফমবদা হংঙি। " নিংথৌ অসি কদায়দগীনো ? লৈবাক অসিদা পোকপরা ? " মরূপ অমনা হায়রকই; ঐখোয়গী নিংথৌসি শামুনা ফাদুনা পুরকপনি। ঙসিদগী চহি কুনমঙাগী মমাঙদা ঐখোয়গী লৈবাকসিদা নিংথৌ লৈরম্নদু শিখ্রবদা নিংথৌ পানদবা লৈবাক ওইখি।

লৈবাকসিগী অঙম অথৌ পণ্ডিত অহল লমন মাইবা মাইবীনচিংবা তান্নদুনা শামু অঙৌবা মীরোল খঙবা অদুনা থিবুদুনা পুরকপনি। মনাউদুনা ৱারীশিং অদু তারগা মমিংতগী মপি শিন্থখিবা খঙহৌদে, মাগী ময়াম্বনি খঙখি, অদুবু কনাদসু হায়দোকখিদে।

মতম খরা লৈরগা লৈবাক্কুগী প্রজা মীয়াম্না নিংথৌদা হায়জরকই, " মহারাজ ননাই ঐখোয় হি-দা লম কোয়বা চৎচবুগে " হায়বদা নিংথৌনা হরাউ হরাউ য়ারবদা মখোয় হি-দা লম কোয়নবা শেম শাবা হৌখি, অদুগা করিগুম্বা হি-না পনখ্রবদি করম তৌগনি, অদুনা হি ইনবা নিপা অদুসু পুখিসি, হায়দুনা হৌরে। মহাকসু য়াদুনা মখোয় ময়াম হি-দা কোয়বা লাক্লে। অসুম অসুম লাকপদা লৈবাক কয়া লান্দুনা লাক্লে। অঙক অঙকপা পুন্সিদা উদবা ফজ-ফজবা পোৎশক কয়াসু উরে, অহাও-অহাওবা চাবা য়াবা কয়াসু চারে। অসুন্না লাকপনা চহি অমা হৌখিবা খঙহৌদে। নোংমা নুংথিল লৈবাক অমদা থুংনরে, তুরেলগী মপান্দা অপাকপা ফি অমদা ময়েক চাওনা ইদুনা থেত্তুনা লৈবা থেঙনরে, ইরমলিবা ৱাহৈশিংদু পায় " লৈবাকসি, মতিক মগুন চাওরবা নিংথৌ অমগী লৈবাকনি, লৈবাকসিদা মন্দির অমা লৈ, মন্দির অদু নুমিদাং ওইরগা নুমিৎনা ঙালবগুম ঙাল্লি। লৈবাক অসি অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং, চপ-মাননা পানবা লৈবাকনি, অদুবু লৈবাক অসিগী লাইবক থিবদি, ঙসি নুমিৎ কয়ানিদগী মন্দিরসি ঙানদ্রে, অদুনা লৈবাকসি অৱা তারে। লৈবাকসিগী নিংথৌরেলনা অসুন্না হায়রি, মন্দিরসি হান্নগুম অমুক ঙালহনবা ঙম্বা মীওই অদুদা ঐগী লৈবাকসি তঙখায় অমা পীগনি, অদুগা নিপা ওইরবদি ঐগী ইচা নুপী রাজকন্যা মশক মতৌ ফজরবী অসি কন্যাদান তৌগনি, ঐগা চপ মাননা লৈবাকসিদা লৈমিন্নগনি। ৱারোল অসি পাবা-লোইবগা হি ইনবা নিপা অদুদা ময়াম্না য়েংলগা হায়রকই। " নহাক শোয়দনা ঙমগনি, নহাক্কী লাইবক অমুক্তং য়েংঙু" হায়দুনা ময়াম পুন্নমক লৈবাক অদুদা কাখৎলক্লে। অদুগা লৈবাক অদুগী নিংথৌদুদা হায়বুরে। " মহারাজ ননাই ঐখোয়গী নিপা অমা য়াওরকই, মহাক্না মন্দিরসি হান্নগুম অমুক ঙালহনবা শোয়দনা ঙমগনি, মাগী মরাইবক অমুক্তা য়েংজশনু।" ৱাফম অদু তাবদা লৈবাক অদুগী নিংথৌ অদু হরাউ-মনখিদুনা খুদক অদুদা নিপা অদু উন্ননিংদুনা মখোঙনা থোঙনা লাক্তুনা নিপা অদুগা উন্নরে, অমদি ৱারী শান্নরবদা নিপা অদুনা " মহারাজ পুজা অমা পাংথোক্লবা থৌরাং অমক্তং" হায়না হায়রবদা নিংথৌ অদুনা পুজাগী পোৎলম পুন্নমক খুদক অদুদা থৌরাং তৌরে। নিপা অদুনা পুজা তৌবা লোইবগা মন্দির অদু অহুমলক কোয়রগা

খুরম্মী, অদুগা হায়রকই, "ঐনা নিংথৌ মচা অশেংবমক ওইরবদি মন্দির নহাকপু ঐনা শোকপদা হান্নগী অদুগুম্না ঙাল্লোকো " হায়না হায়রগা হেক শোকপদা মন্দির অদু খুদক অদুদা হান্নগুম ঙানখি। তিল্লিবা মীয়াম পুন্নমক্না মন্দির ঙাল্লে হায়না ৱা ৱা লাউনখি অমদি হরাউনখি। লৈবাক অদুগী নিংথৌ অদুনা হরাউ-মনখিদুনা লৈবাক তঙ্খাই অমা পীরে, অমদি মহাক্কী শকহেল্লবী রাজকন্যা অদুসু খুদক অদুদা চাউনা লুহোংলগা পীখরে। নিপা অদুগা লাকমিন্নবা মরূপ মপাং কয়াগা মতম থরা লৈবাক অদুদা লৈমিন্নরে মরূপ মপাং অদুনা পেল্লদুনা হায়রকই " হে মরূপ হৌজিক্তী নিংথৌ ওইরবনিনা লৈবাক অসিদা নুংঙায়না পানদুনা লৈহৌরো, ঐখোয়সু হৌজিক্তী য়ুম য়ুমদা হল্লগে " ৱা অদু তাবদা নিংথৌ ওইরিবা নিপা অদুনা মমিৎতগী মপি তারগা মখুৎ অনী লোন্নদুনা হায়রকই; " তাবিয়ু ইপা ইপন অমদি মরূপ মপাংশিং নখোয়গী লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা লৈরিবা মহারাজ অদুদা কুইনা কায়নরবা মহাক্কী মনাউ নিপানা হন্না হন্না চরনদা খুরমজরকই হায়না তম্বিয়ু। অদুগা মরাল লৈরবা ইমাতোনদু অমুক্তংদি লমন শিংসি হায়না হায়জরকই অসিমসু তম্বিয়ু।" প্রজা মীয়াম ৱাফম শিংদু তাবদা ইঙক ঙকই অদুগা হায়রকই; " ফগনি হায়জরুগে মহারাজ " হায়রগা মখোয় পুন্নমক খুরমনরগা নিঙম-নিঙমদনা কায়নদুনা মখোয় মখোয়গী ময়ুমদা অমুক লাক্রে।

মখোয়গী লৈবাক্কী নিংথৌদুদা খুরল্লগা মহাক্কী মনাউ নিপানা হায়রকপা ৱাফম পুন্নমক তল্লবদা ময়াম্বা নিংথৌ অদু হৌখিবা থৌদোকশিং খুদিংমক নিংশিংলক্রে খুদক অদুদা মনাইশিংগা লোয়নদুনা মনাউ নিপা উনবা লাক্রে। মনাউগী লৈবাক অদু য়ৌরে। মচিন মনাউ কোন্নদুনা কপমিন্নে ময়াম্বনা হায়রকই; ইয়াম্বদি -

"নিংথৌনা ঙায়খংদে
শামুনা ঙায় থিদে।"

হায়বদু হেক থোক্রে। মচিন মনাউ ৱারী শান্নরবা মতং খুদক অদুদা "চৎলসি ইপা নিংথৌগীদা " হায়দুনা মচিন মনাউ অমদি পাত্র মন্ত্রী প্রজা কয়াগা লোয়নদুনা মপাগী লৈবাক্তা থুংলরে। অহল ওইরবা মপা নিংথৌদা মচিন মনাউ অনীনা খুরম্মী, অদুগা হায়রকই; " মহারাজ করিগুম্বা মতম অমদা নচা লৈ লাকখিব্রা ? " অহল ওইরবা নিংথৌনা কাউখিদুনা " লৈখিদে " হায়না খুম্মী। " তৌবিগনু পাবুং মহারাজ নচানিপা অনী কদায়দা চৎখ্রে।" হায়না হায়রফাউবদা মপা নিংথৌদু অকাউ পরৈ চনখিবনা নিংশিংবা থোকখিদে। মচা

অনীনা " পাবুং মহারাজ নচা অনীবু কাউবিরব্রা ? ঐখোয় ইচিন ইনাউদি লাইবক থিবদগী ইমাসু মশক খঙহৌদে. অদুনা ইমাতোনবু অপোকপা ইমানি হায়না খন্না লৈজবনি। ইমাতোননা খনখি, মহাক্কী মচা পোক্লক্লগা মচা অদুনা নিংথৌ ওইবা ফংলোই খন্দুনা. করম তৌরগা অঙাং অনীসি তাম্নোকখিসিগে হায়বা খল্লগা ইমাতোনবু ঐখোয়না ফুই হায়শিল্লগা, ফত্তবী ইমাতোনগী লৌনম ব্রাহৈদা পাবুংনা থাজদুনা ঐখোয় অনীবু মীহাৎপগী মখুৎতা শিন্নবিখি। মতম অদুদগী নিংঙমদবগী মৈ-চাক অদু ঙসি ফাউবদা কোকত্রি। পাবুংনা নচা ঐখোয় অনীগী মরাল করি লৈবগে খন্থবিদনা ঐখোয় অনীবু হাৎনবা মীহাৎপগী মখুৎতা শিন্নবিখিবনো ?" অঙাং অনীগী ব্রাফমদু তাবদা কুইনা কাউবুরবা হৌখিবা থৌদোক অমদি মচা অনীবু নিংশিলক্লুনা মপা মচা মখোয় অহুম কোন্দুনা কপমিন্নরে। অদুগা মপা নিংথৌনা মহারাণী অদু লৈবাক প্রজা মীয়ামগী মমাঙদা মবু কোক্লগা শুনু য়াইঙং তৈরগা লৈবাক অদুগী ব্রাংমদা তাম্নোকখি।

অহল ওইরবা মপা নিংথৌনা মচিন মনাউদা লৈবাক্তো শিন্নরল্লগা উমংদা লাই নিংবা চৎখি। মচিন মনাউ অনীনা লৈবাক অহুমগী মপু ওইদুনা নুংঙাইনা পানখি।❑

# লাইফদিবীগী ৱারী

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমদা, নিংথৌগী মনাই অচানবা ফম্নাইবা অমা লৈরম্মী। ফম্নাইবা মতৈ-মনাউ মথোয় অনী'সি মমিত্তা মচা অমত্তা উরমদে। লাই-তিন, পুজা কয়া তৌজরগা লাইগী নোংদমদগী মশক মতৌ ফজরবী মচানুপী অমা ফংজরদুনা মতৈ-মনাউ অনী মথৰাই হরাউনা নুংঙাইনা পাল্লে। মচানুপী অদু তাঙনা ফংজরবী সনাগী তম্ফা খুদোপ গুম্বানি হায়দুনা মমিংদু তম্ফাসনা হায়না কৌরে। নুপীমচা অসিনা সুম-সুম চাউরক্লবদা লৈকাইগী য়ুম্লোম্নবা মমান্নবীশিংগা শান্নবদা মমান্নবীগী লাইফদিবী অমা হেক উবুরে। অদুনা ময়ুমদা লাক্লগা " ইমা! ঐগীসু লাইফদিবী লৈবিয়ু " হায়না মমাদা তক্লরে। মচানুপীগী ৱাদু তাবদা মমানা হায়রকই." ইমাগী ইবেম্মা! লাইফদিবী শান্নবনা করি কান্নগদগে, অদুগী শরুকপুদি ঙম্মোক লৈদুগা চাবনা হেন্না ফৈদা হায়দুনা থেল্লে। মমানা থেম্নদু অঙাংদি শুকয়া হেক য়াদ্রে। নিঙাই পঙতৌ তৌরেদো, মপানা অমুক থেম্মী, শুকয়া হেক য়াদ্রে। মমে থংদদি নুপীমচাদু শাউরদুনা চাক-ঈশিং ফাওবা চাও-থকউ হায়বা য়াশিল্লক্তবে। মচাগী নিঙাইদা মমা অদুনা থাঙবা ঙম্লক্তদুনা কৈথেন্দা চত্তুনা লাইফদিবী অমা লৈবুরগা মচানুপীদা হেক পীবদা নিঙাই তৈরম্বা ফরে, অঙাংদু হায়নিংঙাই লৈতনা হরাউরে। অদুগী চাও-থকউ য়ারমদবা অদু য়ারদুনা মথৰাই ৱারক্লবা মপা মমাদসু নুংঙাইরে। মচানুপী তম্ফাসনা লাইফদিবী অদু য়াম্না পুন্না চান্না থম্মী। তুম্লে কোন্দুনা তুম্মীনৈ, চারে মাগী শরুক তম্মী। করিগুম্বা মতমদা মমানা ঙম্মোক পীরক্লবসু মাগী লাইফদিবী অদুগী শরুক তমদনা তোক্লে। লাইফদিবী অদুদা কংলল-কংললগা নোংমগী চাবা থকপা তৌই। লোয়নদুনা লৈরকপ'সিনা তম্ফাসনা অদু নোংম-নোংমা হৌখিবনা মীওইবগী ইনথংলকপা মতম য়ৌরবদা লৈশাবী মপুং ফানা চাউরে। মপুং ফারকপগী হৌনবী মীওই পুন্নমক্তী নিংকম

হোংদনা য়েংনিঙবী, চুং-ফিরাল চুম্বী, মী পুন্নমক্কী থম্মোই হুনবগী মশক ওইনা ফজরবী, তম্ফাসনা মতম অদুগী শক ফজবী শীংদা চল্লবী অমনি। লৈবাক অদুগী খুঙ্গং অমদা লৈবা নিংথৌগী ফম্নাইবা ইনাক-কৈরাক খুনবা ইমুং অমগী মমৌ হায়বা লাকপদা তম্ফাসনাগী মমা মপানা মচানুপীবু লুনা তৌগদবা, চাব-থকপা ৱাতা-পাদবা, মতিক মগুণ লৈবা নিপা অমদা লুহোংবগী ৱা লেপ্লরে। নোংম-নোংমা হৌখিদুনা লুহোংবগী নুমিৎ য়াল্লক্তরে। মতম অদুদা তম্ফাসনা মাগা কুইনা শান্নজরকপা, তিন্নজরকপা, লাইফদিবীদুবু করম কায়নগদগে খনবদা অৱাবা অমা ওইরে। নিংঙোল ওইবীগী মপোক্তা পোক্লুরবনিনা হৌনবী মতুং-ইন্না মীগী ময়ূমদা চৎপা তারেকো, অদুবু ঐগী লাইফদিবী অসিনা করম তৌহৌবা হায়বসিদা ৱাজবনা হায়নিংঙাই লৈত্রে। মহাক্না অসুন্না ৱানা লেনবদুদা নোংমগী অহীং অমদা মঙলান্দা লাইফদিবী অদুগা ৱারী শান্নরগা কপমিন্নরম্মী, লাইফদিবী অদুনা হায়রকই, " ইতা ইবেম্মা! নঙ ঐগীদমক য়াম্না ৱারে। ঐঙোন্দা নঙনা অঙাং ওইরিঙৈদগী নিঙলিবা, লুনা চান্না তৌরিবা, ইতা নঙদি হয়েং লুহোংদুনা অতোপ্পা য়ুম অমদা চৎখ্রনিদো। নঙনা নয়ুম পানবদা ঐদি য়াওবা য়াদবনিনা ঐবু লফু মখোঙদা ফুল্লম্মুকো। ঙসি ঐখোয় অনী কায়নরমদাই অসিদা ঐনা নঙোন্দা করিদি মতেং পাঙ্গনি, ঐ ইতাদা বর অনীখক পীগে। অহানবা বর, পিক্লবা থৱাই পানবা জীব, ককচেং-খোয়া অমদি উচেক-ৱায়াশিংনা ঙাঙনরিবা, খোংলিবা মরোল পুন্নমক খঙবা ঙম্বী অমা ওইজরো। অনীশুবা বর অমনা, মীনা উবা ঙমদবা পুন্নমক ঙম্বী ওইজরো। " অসুন্না হায়রল্লগা লাইফদিবী অদু চৎকে তৌবদা মঙ-ফাওনরে, মিকপ থোক্লদুনা তম্ফাসননা " ইস হায়রিবা অসিবু অচুম্বমক ওইরিগদ্রা ?" ঙহাক খল্লগা মাগী লাইফদিবী অদু লফু মখোঙ তান্না পুরক্লগা " ঐগা নঙগা কায়নবা তারেদো ! নঙনা হায়বা মতুং-ইন্না ঐনা পাঙথোকপনি, নঙ ঐবু ৱারৌগনু !" হায়রগা মমিত্তগী মপি তানা-তানা ফুল্লে।

ঙসিদি লুহোংবা নুমিৎনি . হৌনবী মতুং-ইন্না লুহোংবগী থৌরম পুন্নমক লোইরদুনা নিপা ময়ুমদা তম্ফাসনা থিনবিখ্রে। অহীং অদু হৌখ্রগা নোংঙাল্লে অয়ুক ঙন্না হৌগৎলগা ইমুং মাঙ্গোল শিৎ-শেংবা লোইরগা ইরুজরগা নুমিত্তা লৈ-শূ ঈশিং কৎচরগা মনেম মকুগী সেবা লোইরগা চান-থক্লবা থৌরাং তৌই। মৌ অনৌবীগী হৌনবী থবক-ইনখাং পুন্নমক করি অমত্তা চিৎথবা লৈতনা নুমিৎ-খুদিংগী পাংথোক্লে। অসুন্না অসুম লৈরপ্লা থা কয়া হৌখ্রে। মরক-মরক্তা ককচেং- খোয়াশিংনা ঙাঙনবা, উচেক-ৱায়ানা খোংলগা ঙাঙনবা ৱাশিং অদু তারগা নোকমি-নোকমি হেক-হেক তৌই। নোংমসু চাক-থোংবা লোইরদুনা

মনেম-মকু অমদি মপুরোইবা চাব-থকপা লোইখ্রে। অদুগী মতুংদা মানা চাক চাদুনা লৈরিঙৈদা ককচেং অমনা চাক মরু অমা চেন্দুনা পুনবা হোৎনবদা ককচেং অদুনা পুবা ঙমদ্রবদা প্রপ-প্রপ চৎথ্রগা মমান্নবা ময়াম্‌দা অচৌবা চিঞ্জাক অমা লৈহৌরে ইতোম্মতা পুবা ঙমদ্রে পুমিন্নসি হায়না হায়রুবদা ময়াম লাক্তুনা চাক মরু অদু পুখি। মতৌ অদু উবদা নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌরে। অসুম্না তম্ফাসনাগী মতৌদুদা মনেম-মকু অদুনা " ইমৌনুপী অসিবু করিনো নুমিৎ-চুম্পা ককচেং-খোয়া, উচেক-ব্রায়াশিং উরগা পঙনোক্তা নোকপসিবু শোনো হায়বদু চুরব্রা ?" খল্লে। অসুম্না তত্তনা তৌরক্লবদুদা মনেম-মকু অমদি মপুরোইবা অদুনা নোংম-নোংমগী চিংনবা হেন্সৎলক্রে।

নোংমদি মখোয় লৈবাক্কী ফম্নাইবা অহল অমা শিরে। ফম্নাইবা অমা পোৎলোইবা হায়বসি কুম্মৈগী মশাক্নি। নিংথৌ অমদি ফম্নাইবগী মরী-মতা লৈবাক্তুগী মীওই পুন্নমক অমত্তা চিৎথদনা তিল্লে। তম্ফাসনা অমদি মপুরোইবা, মনেম-মকু মখোয়সু লোয়না চৎলি। অশিবা হকচাংদু মৈনা চাকখৎলকপদা, মরী-মতা মচা-মশুনা কপ্ল-লাউনদুনা অব্রাবা ফোংদোক্লরি। তম্ফাসনাদি মৈনা চাক্লিবা হকচাং অদু মুন্না য়েংলগা তুমিন-তুমিন থীক-থীক নোকই। পোৎলোইবা য়াওরিবা ময়াম, অমদি মকু, মনেম, মপুরোইবা অদুনা মতৌদু উবদা ঈকাইদুনা ময়ুমদা হল্লক্লে।

নুমিৎ খরনি লৈরগা লৈবাক অদুগী মন্ত্রী অদু শিরে। মন্ত্রী অদু পোৎলোইদসু নিংথৌ অমদি লৈবাক্কী ফম্নাইবা, মরী-মতা, কোনুং-মনুংগী মীশিং শুনা তিল্লে। মন্ত্রীগী পোৎলোইরিবা হকচাং অদু য়েংলগা তম্ফাসনাদি মমিত্তগী মপি চদুম- চদুম তারদুনা হীক্ল-হীক্লা পঙকপ্তা কপ্লে। মাগী মপুরোইবনা মদু উবদা মপুক্লিংদা " মসিবু ঙাওরব্রা! করিনো ?" হায়না খল্লি, অমুকসু শাওনিংবা পোকখি।

নোংমা অয়ুক অমদি তম্ফাসনা ইমুংগী থবক-ইনখাং লোইরকপা মতমদা মমাঙদা হৌরিবা উপাল অমগী উশাদা তোংলদুনা ক্বাক অমনা মথৌ পোঙনা খোংলকই, মরোন্দি " তাউ-তাউ তম্ফা ! তুরেন্দা মী অশিবা অমা তাউরক্লে। মাগী য়েৎকী থুৎনিংথৌদা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অমা য়াওবনি মদু লৌরুচো। " অসুম্না কাকনা খোংবদু মানা তারবদা পুন অমা তাপ পায়রগা ঈশিং শোকপা ওইনা তুরেল তান্না লাক্লে। ক্বাক্কী পাউতাক মতুং-ইন্না তুরেন্দা মী অশিবা তাউরল্লে, থুনা য়াঙনা কুমথরক্তা মী অশিবদু চিংশিল্লে, মখুত্তা তম্ফা খুদোপ যাইওইবা য়াওরল্লে। মানা খুদোপ অদু শৎনবা হোৎনবদা অশিবদুগী মখুৎ

অদুনদি পোমখৎলম্বা মরম্না থুনা হেক শৎপা য়াদ্রে. মদু শৎনবা হোৎনরিঙেদা মনেম অদুনা মমৌনুপী ঈশিং শোকপা চৎখিবদু ফনা কুইরে. করি তৌরবনো য়েংলুগে হায়দুনা লাকপদা মানা তৌরম্লিবদু লৈরাই মথক্তগী হেক উবদা. মমৌনুপী অসিদি মী অশিবা চাগদগী তৌরিবনি খল্লদুনা. প্রপ-প্রপ চেল্লক্লগা মাগী মপুরোইবদা " তারিব্রা ? মপা ! নমৌনুপী অদু মী অশিবা চাদুনা তুরেন্দা লৈহৌরে। ঐনা হায়বদুনি. শোনো চুবী. অঙাওবী নুপীনি. ঙসিনা অশিবা মী চাবী হিংচাবী ওইরবা. ঐদি মাগা লৈমিন্নবা শুকঙম ঙম্লরোই। ইচা মাঙবা তারে. হন্দক্তী খাইনদবা য়াদ্রে। " মনেমগী ৱাদু তাবদা মকু অদুসু মতম খরগী মমাঙদগী চিংননা লৈরকপনি, অদুনা তুরেল তান্না য়েংবা লাক্রে। মতম অদু ফাওবদা তম্ফাসনা খুদোপ অদু লৌথোকপা য়াদ্রদুনা য়াননবা কন্না হোৎনরম্ধদগী মমৈ-থংদদি ময়ানা চিক্লগা উচিন-নাচিন্না য়ারকপা মতম অদু-ৱাইদা মকুবোক অদুনা হেক উই। মকুবোক অদুনা মনেমগী পাউ অসি অচুম্বনি হায়না মপূক্তা থাজরে।

তম্ফাসনা খুদোপ য়াইওইবা অদু ফিজিদা চেৎনা পুল্লগা তুরেন্দা মকোক-মৰু তুমদুনা ইরুজরগা পুল অদু ঈশিং পীক থন্না শোক্লগা ময়ুমদা প্রপ-প্রপ কারক্লে। ময়ুম হেক য়ৌরকপদা মনেম, মকু, অমদি মপুরোইবা মখোয় অহুম চঙদুনা ডাংবগা চৈবগা " অঙাওবীনি. মী অশিবা চাবী হিংচাবীনি " হায়দুনা থৌরীনা মখুৎ-মশা পুল্লগা. নিংথৌগী নাক্তা পুরক্লগা. মাগী মপুরোইবনা " ইনিংথৌ ননাই ঐগী নুপী অসি ঙাওরে. ওক্তেবী. লমচৎ নাইদবী. মী অশিবা চাবী হিংচাবীনি. মহারাজনা থম্বা য়াবা মফমদা থম্বীয়ু " হায়না খুরম্লগা হায়জরে। তম্ফাসনাদি লাঞ্জেদনীনিনা নিংথৌ অমদি পাত্র-মন্ত্রী ফম্নাইবনচিংবা তিল্লিবা মী পুন্নমক্তা নুংশিবা মতৌ উৎলগা খুরম্লে।

তম্ফাসনাগী মতৌ অদু উবদা নিংথৌনা নিপা অদুদা হাযরকই; " নঙগী নুপী অসি ঙাওরে. করম্না হায়রিবনো ? নিংথৌ ঐনা য়েংবদদি মী পুন্নমক্তা নুংশিবা উৎলি, লাঞ্জদবী অমগী মওং ওইনা উই। অদুবু মাগী ৱারী-ৱাখোং পুন্নমক লিয়ু ঐ তাগে " হায়রবদা. নিপা অদুনা " ইনিংথৌ নুমিৎ-চুম্পা ককচেং-খোয়া, উচেক-ৱায়াশিং উরগা পঙনোক্তা নোকই। নোংমা ঐখোয় লৈবাক অসিদা ফম্নাইবা অহল অমা শিবদা । ফম্নাইবা অদুগী পোৎলোইবদা মৈনা চাক্লিবা হকচাং অদু মুন্না য়েংলগা তুমিন-তুমিন থীক-থীক নোকই। নুমিৎ খরনি লৈরগা লৈবাক অসিগী মন্ত্রী শিবদনা। মন্ত্রীগী পোৎলোইরিবা হকচাং অদু য়েংলগা মমিত্তগী মপি চদুম-চদুম তারদুনা হীক্ল-হীক্লা পঙকেপ্তা কপ্পী। নোংমা অয়ুক

অমদি তুরেন্দা মী অশিবা অমা তাউরক্কপা অদু মানা চারিবা। নুপী অসি অঙাওবীনি, ওক্তবীনি, লমচৎ নাইদবীনি, মী অশিবা চাবী হিংচাবীনি, ঐগা মাগা লৈমিন্নবা ঙম্লরোই, মহারাজ। " নিংথৌনা নিপাদুগী ৱাদু তারগা নুপীদুদা য়েংলগা হায়রকই, " ইবেম্মা ! নিপাসিনা হায়রিবা ৱারম অসি চুমব্রা ?" হায়দুনা হংবদা, নুপীদুনা খুরম্লগা " ইনিংথৌ ননাই ঐনা করিদা লানখ্রবগে । হায়বদু তাবিয়ু মহারাজ ! ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ইমানা লৈবিবা লাইফদিবী অদু ঐনা য়াম্না লুনা-চান্না থম্মী। তুম্লে তুম্মীনৈ, চারে মাগী শরুক তম্মী। লাইফদিবী অদুদা কৎল-কৎলগা নোংমগী চাবা থকপা তৌই। ঐনা লুহোংলমদাইদা ঐগী নুংশিজরবী ইতা লাইফদিবীনা ঐঙোন্দা বর অনীখক পীরকই, অহানবা বর, পিক্লবা থৱাই পানবা জীব, ককচেং-খোয়া অমদি উচেক-ৱায়াশিংনা ঙাঙনরিবা, খোংলিবা মরোল পুন্নমক খঙবা ঙম্বী অমা ওইজরো। অনীশুবা বর অমনা, মীনা উবা ঙমদবা পুন্নমক ঙম্বী ওইজরো। ইত্রা লাইফদিবীগী বরদগী মালেম'সিদা লৈরিবা থৱাই পানবা জীব পুন্নমক্কী মরোল খঙবা ঙম্বী অমা ওইখি। ককচেং-খোয়া অমদি উচেক-ৱায়াশিংনা ঙাঙনরিবা, খোংলিবা মরোল অদু তারগা নোক্লীংবা য়াওরকই, মদুদা ননাই ঐনা নোকপনি। নোংমা অয়ুক অমা ইমুংগী থবক-ইনখাং লোইরকপা মতমদা মমাঙদা হৌরিবা উপাল অমগী উশাদা তোংলদুনা ক্বাক অমনা মথৌ পোঙনা খোংলকই, মরোন্দি " তাউ-তাউ তস্ফা ! তুরেন্দা মী অশিবা অমা তাউরক্লে। মাগী য়েৎকী খুৎনিংথৌদা তস্ফা খুদোপ য়াইওইবা অমা য়াওবনি মদু লৌবুচো। অসুম্না ক্বাকনা খোংবদু তারগা তুরেল তান্না লাক্রে। ক্বাক্কী পাউতাক মতুং-ইন্না তুরেন্দা মী অশিবা তাউরম্লে, মী অশিবদু চিংশিল্লে, মখুত্তা তস্ফা খুদোপ য়াইওইবা য়াওরম্লে। ঐনা খুদোপ অদু শৎনবা হোৎনবদা য়াদ্রদুনা য়াননবা মমৈ-থৎদদি য়ানা চিক্লগা উচিন-নাচিন্না . য়ারবদা ঐনা ফিজিদা চেৎনা পুল্লগা লৈরি, য়েংবিয়ু খুদোপ অসি। নোংমা ফম্নাইবা অহল অমা শিবদা। ফম্নাইবা অদুগী পোৎলোইবদা মৈনা চাক্লিবা হকচাং অদুদা মাগী থৱাই মঙানা চোংশিন-চোংশিন্দুনা অশিবা হকচাংদা কাওই, অদুগা হায়রকই; ' হে ফৎত্রবা নঙগী হকচাংদা কায়দোংলুবা ঐখোয়সে কয়াদা ৱানা থাঙলক্লবনো ? মবুক ফত্তবা, মীঙোন্দগী পোৎ লৌরগা মীগী মপোত্তো পীনিঙদবা, লীকমন্দুনা মতু-মচা ফাউবা পীজনিঙদবা, মীনুংশি খঙদবা, পাপ্না থল্লবা হকচাং নঙ লৈহৌরো ' হায়দুনা মখোয়না চোংশিন-চোংশিন্দুনা কাওবা থৱাই মঙানা তৌরিবা মতৌ অদুদা ঐনা নোক্লীংমনদুনা নোক্লবনি; অসিবু ঐগী করি ইরালনো ? অদুগা লৈবাক'সিগী মন্ত্রী শিবদনা, মন্ত্রীগী অশিবা হকচাং মৈ

থাবা মতমদা মাগী থৱাই মঙানা মাগা কায়ননিঙদনা কায়নবদা ৱাদুনা কপই; কপ্প-কপ্পগা হায়রকই; " নুংশিদকো পূকচেল ফবা, মীগী তৌবিমল খঙবা মীনুংশি খঙবা, ঐগী মীগী নাইদবা, পুক ফবা, " হায়দুনা তেংথাদুনা কপ্পী। মতৌ অদু উবদা ঐসু কপ্লীংদুনা কপ্পুবনি।" ৱাফম অসি তারব-ফাওবদা মাগী মপুরোইবা অদু চিংনবা কোকপা ঙমদ্রি। অসুন্না ঙহাক লৈরিঙৈ তাঞ্জা অদুদা নিংথৌগী কোনুং মমাঙদা হৌবা হৈনৌ পাম্বীগী উশা অমদা ক্বাক অমনা তোংলগা ক্বাক-ক্বাক-ক্বাক হায়না অহুল্লক খোংলকই; মরোল খঙবী তম্ফাসনাদি খঙবনিনা অসুন্না হায়রকই; " ইনিংথৌ অমদি পাত্র মন্ত্রী তিল্লিবা মীয়ামদি ক্বাক'সিনা খোংলিবসি খঙবিরল্লোই। ক্বাক অসিনা তোংলিবা হৈনৌ পাম্বী অসিগী মখোঙগী লৈবাক মনুংদা মণি মতুম অমা লৈরে হায়রি। হৌজিকমক লৈবাক অসি তৌথোক্লুনা য়েংবিয়ু, শোয়দনা লৈরমগনি। মসি লৌথোক্লগা ইনিংথৌনা থম্বীরবদি লৈবাক্কী অমদি ইনিংথৌগী কান্নবা ওইগনি।" ৱাদু তাবদা নিংথৌনা অচুম্বা ওইরম্বা তারে থন্দুনা মনাইশিং কৌরগা হৈনৌ পাম্বী অসিগী মখোঙদা তৌদুনা য়েংলে। ইরু লূদনা খুদুপ অমরোম তৌরবা মতুংদা মণি মতুম অদু ইরং-লংনা লৈরম্বদু থেংনরে। নিংথৌনা মণি মতুম অদু ইরাৎ-পূজা তৌরগা লৌশিলগা থল্লে। নিংথৌনা পেল্লদুনা নুপী অদুদা ফমথোল অমদি মনা চাউনা পীরে।

হৌজিক্কী মাগী নিপা অমদি মনেম মকুনা তম্ফাসনা মানা হায়রিবা ৱা পুন্নমক থাজরে। মহাকপু অমুক হন্না ময়ুম্দা পুশিলখি। তম্ফা খুদোপ য়াইওইবগী মপান্না নিংথৌগা চপ মান্নবা নুংঙাই য়াইফনা পানখি।❑

# লান্দবগী জয়

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ ঙাঁনবা লৈবাক অমদা মতৈ-মনাউ অনী য়াম্না নুংশিননা নুংঙাইনা পান্দুনা লৈরম্মী। অসুন্না লৈরকপা মাগী নুপীদু মকুম মথা লেপখ্রে, হায়বদি মশা ব্রাই শংখিদ্রে । থা তরামঙা শুরবা-ফাউবদা অঙাং উন্নদ্রি। নোংমাদি নুপী অসিনা " কৈথেন্দা ঐ অমুক্তা কারুগে " হায়না মাগী নিপা অদুদা হায়। নিপা অদুনা " ইবেম্মা! কৈথেল কাগনু নশা ব্রাই শংদবা অসিদা, নশানা নশা লুমশিল্লকপনে " হায়রে। নুপী অদুনা কৈথেল কাদবা য়াদে হায়দুনা অদুম কৈথেল কারক্রে। নুপী অদুনা কৈথেল কাখ্রবা মতুংদা নিপাদুনা নুমিদাংগী চাক থোংখ্রে। নুপী অদু কৈথেন্দগী অহিং ফন্না থেংলব-ফাউবদা ময়ুমদা কুম্লক্তরে। অসোমদনা নুপী অদু লম্বী ময়াইদা অঙাং উন্নরে, অহানবদা কৈ ওইনা পোক্লে, অনী-শুবদা ষণ ওইনা পোক্লে, অহুম-শুবদা তাইবং মী ওইনা পোক্লে, অদুগা নুপী অদু শিখ্রে। কৈ মচাদুনা " ইনাউশা খ্বাইদগী লাইবক থিবা মপোক্তি ইয়াম্বা ওইরে, অদুনা ইয়াম্বদি জঙ্গলদা চৎখ্রগে, ইনাউ অনীনা ব্রারবা মতমদা নিংশিংলকউ, ইয়াম্বা শোয়দনা লাক্কনি " হায়রম্লগা চৎখ্রে। নিপাদুনা নুপীদু শিখ্রে, খঙদবনিনা মাগী নুপী অদু লাকখিদ্রে হায়দুনা ঙাইরি. য়াম্না কুইনা ঙাইশিলক্লবা অদুদা ব্রারদুনা, নিপাদু ইখঙ-খঙহৌদনা তুমথোকখ্রে। মানা মীকপ থোক্লকপদা নোং ঙাল্লি-ঙাল্লি তৌরম্লে। মতম অদু ফাউবদা মাগী নুপী অদু কৈথেন্দগী কুম্লক্তরি। নোংঙাল্লমদাইগী মমলি মমলি তৌরকপা অদুদা নিপা অদু হৌগৎতুনা কৈথেল তন্না লাকপদা লম্বী ময়াইদা মাগী নুপী অদু শিদুনা লৈরম্বা মহাক্লা থেংনরে। মফম অদুদা ষণ মচা অমগা, অঙাং মচা অমগা, মখোয় অনী লৈরম্বদু নিপাদুনা থেংনরে। পোকপদা ঙাইরিবা নৌরিবা অঙাং অদুদি মাগী মচানি হায়বা খঙলদুনা নিপা অদুনা অঙাংদু নঙ্গলদা পোরগা মাগী নুপীগী অশিবা হকচাং অদু কোল্লগা তেংথা নাইওইদুনা ঙহাক কপ্লগা অশিবা নুপীদু

ফৈনা পমদুনা ময়ুমদা লাকপা মতমদা ষন্নাউ মচা অদুসু শোল্লি শোল্লি নিপাদুগী মতুং ইল্লক্লম্মী। মদু উবদা নিপাদুনা " করম্বা ষন্নাউনোনে, ঐগী ইতুং অসুম ইল্লক্লিবসিবু " হায়রগা তাম্লোকই। নিপা অদুনদি ষন্নাউ অদু মচানি হায়বা খঙদবনিনা হায়রকই, " অসিবু করম্বা ষন্নাউনো মমাবু নিংশিংদনা ষণলুপ্তা তিন্দনা ঐগী ইতুংদা লাক্লিবসিবু " হায়দুনা হন্না হন্না তাম্লোকই, অদুবু মাগী মতুং অদুম ইল্লকই। অসুন্না অসুম লাকপনা নিপাদুগী ময়ুম য়ৌরে। ষন্নাউ অদু ময়ুম য়ৌরবদা মমাঙ শঙ্গোয়দা প্রপ-প্রপ চঙখিদুনা কুল্লগা অদুম তুমিন্না লৈরে। নিপা অদুনা অসুম লৈজরসনু হায়না খল্লে। শিরিবা মাগী নুপী অদুগী মথৌ-মঙম কর্ম্মনচিংবা লোইশিল্লে।

নিপাদুনা অঙাং মচানিপাদু চাউনবা য়োকপনা অঙাং অদু চাউরক্তুনা মরোল হেক থোরকপদা মপাদা " পাবা! ঐগী ষন্নাউ কদায়দা লৈগ্নবগে " হায়রকপদা মপা অদুনা খল্লি, করিগীনো ঐগী ইচাসিনা মরোল হেক থোরকপদা " পাবা! ঐগী ষন্নাউ কদায়দা লৈগ্নবগে " হায়রিবা অসিবু মরম করিগীনো হায়বদু মপানা খঙবা ঙমখিদে। অসুন্না অঙাংদু চাউরক্লদুনা ষণ শেনবা ঙল্লদুনা নুমিৎ খুদিংগী ময়াম্বা ষণ অদু পুদুনা শজিক অনৌ-অনৌবা পীজদুনা ষণদু মশা ফরে, নোই-পেল্লে।

নোংমদি মপাগী মরূপ-মপাংনা " মীওইবা ঐখোয়সি য়ুম পানবদা নাম হাংবসি নুংঙাইতে মরূপ, অদুনা নুপী অমা থিনবা তৌসি হায়দুনা নুপী অমা থিবুরে। মতম খরনিদি মমা অতোনবীনা লুনা চান্না তৌরম্মী। নুপী অতোনবী অদু মবুক ফত্তবা হৌরক্লে, মবুক-থোক্কী মচা নত্তবনিনা। মপানা লংফৈ চৎখিবা মতমদা মমানা নুংঙাইনা ফমদনা লৈথোক্লে। অঙাংদুদা ইমুংগী ব্লাইরম কোল-লিক শেংবা ফৌ-শুবা তৌহনবতা নত্তনা অঙাং মতিক নত্তবা অকন-অকনবা থবক কয়া শুহল্লি, ঙহাক ফাওবা পোথাহন্দে। চাক পীজবসু মবুক থন্না পীজদে। অসুন্না নোংম-নোংমাগী ওৎপা নৈবা হেল্লক্লে, অদুদগী হেন্দোক্তুনা অঙাং অসি হাৎলগে হায়দুনা চাক শুকপী-পীজদ্রে। অঙাংসি নোংম-নোংমগী ময়াং কংশিল্লক্তুনা মপাঙ্গল শোনজিল্লক্লে। অদু-ফাউবদা থবক শুবদি লেপ্তে, ষণ শেনবসু তোক্তে। নোংমা নুংথিল ষণশেলবুংদা ষণ শেল্লিঙৈদা ময়াম্বা ষন্না অঙাংদুদা " ইবুংঙো! ইবুংঙো! হায়না কৌবদা অঙাংদুনা খুল্লমদে, মরমদি ষন্না ব্লা ঙাঙবসি থাজদবনিনা। অমুকসু ষন্না " ইবুংঙো! ইবুংঙো! " হায়না কৌরগা অঙাংদুদা য়েংলগা হায়রকই। " ইবুংঙো! ঐসে নঙগী নয়াম্বনি, ইমানা ঐখোয় অহুম পোকলম্বনি। অহানবদা কৈ ওইনা পোক্লে, অনী-শুবদা ষণ ঐ ওইনা

পোক্রে, অহুম-শুবদা তাইবং মী নঙওইনা পোকপনি " হায়না অঙাং অদূদা তাকখি। অদুগা অমুকসু " করিগীনো! নঙনা নয়াং অদুক য়াম্না কংলিবদি " হায়না ময়াম্বা ষন্না হংলকপদা অঙাং অদুনা " তাদা ইমা অতোনবীনা ঐবু চাক শুকপী পীজদে " হায়বা মনাউগী ৱা তারবদা ষণ অদুনা হায়রকই। " ইবুংঙো! ইয়াম্বগী ইচি ওয়-থংবসিদা নঙনা চানিংবা থক্লিংবা পুন্নমক হায়য়ু শোয়দনা থোকচনি। " ময়াম্বা ষণগী ৱা অদুগী মতুং ইন্না অঙাং অদুনা মানা চানিংবা চাক য়েঙ্গাং অচাপোৎ ময়াম্বগী মচি ওয়-থংবদুদা হায়রুবদা চাক য়েঙ্গাং অচাপোৎ পুন্নমক থোক্রে। অঙাং অদুনা হরাউনা মবুক থন্না চারে। মমা অতোনবীনা পীজদে হায়বগী কারিসু অৱাবা লৈত্রে। অঙাং অদু নোংম-নোংমাগী মশা ফগৎলক্রে। ফত্রবী মমা অতোনবীনা অঙাং অদু নোংম-নোংমগী মশা ফগৎলকপদু উরগা " ঐনা ফনা পীজদ্রবসু মানা নোংম-নোংমগী মশা ফগৎলক্লিবসিদি ষণ অসিনা ওইবা তারে " খনখি।

মমা অতোনবীনা করম তৌরগা ষণ অমদি অঙাংসি হাৎশিবা থল্লকপনা নোংমদি " ঐ নাশিন্নরগে " হায়দুনা মমা অতোনবীনা নাশিন্নখ্রে। নুপী নারে হায়দুনা মাগী নিপানা মাইবা অমা কৌদুনা য়েংহল্লে। অনাবী অদুগা মাইবগা লোন্না তান্নরে। নুপীদুনা " ওজা মাইবা, ঐখোয়গী নিপা লাক্লগা অসুন্না হায়বিরো! অনাবী অসিদি ওস্থোক্লা ৱানা হিংব-তারে। খরা য়াংনা লাইয়েং হৌদ্রবদি ফররোই, অদুনা য়াম্না য়াংনা ফগে হায়রদি, ষণসি নত্রগা অঙাংসি হাৎলগা মদুগী ঈ অদু লৌরগা অনাবগী মশাদা তৈদ্রবদি ফররোই হায়বিয়ু। " হায়না পাউমেনখ্রে। ঙহাক লৈরগা মাগী নিপা অদু ময়ুমদা লাক্রে। নিপা অদুনা " ওজা মাইবা, অনাবসি করম তৌরিবগে ফরব্রাগ " হংবদা মাইবনা হায়বকই; " অনাবসি য়াম্না লুরি, থুনা-য়াঙনা ফরোইদরি। মদুদা নিপাদুনা মথৱাই ৱাদুনা " অদুদি করি তৌরগা ফগদবা অমত্তং তাকপিয়ু " হায়রকপদা, মাইবা অদুনা ষণসি নত্রগা অঙাংসি হাৎলগা মদুগী ঈ অদু লৌরগা অনাবগী মশাদা তৈদ্রবদি ফররোই হায়না হায়রে। মাইবগী ৱাদু তাবদা মশাদু শ্বাই হেক লাউখি, ঙহাক লৈরগা অদুদি অঙাং লাক্লগা হংগে, হায়দুনা অঙাং ঙাইদুনা লৈরিৈ, অঙাংদু ষণ শেল্লুবদগী ষণগা লোয়ননা লাক্রে। মপানা " ইবুংঙো! নঙগী ষণসি হাৎলসি মদুগী ঈ অদু লৌরগা নমাগী মশাদা তৈদ্রবদি অনাবা ফবরোই, হায়না ওজা মাইবনা হায়রে। " অঙাংনা ৱাদু তাবদা " ইস! " হায়রগা লৈমাই থক্তা ফমথখি। অঙাংগী মতৌ মওং অদুদা মচানা য়ানিংদ্রে হায়বা মপানা খঙলদুনা অঙাংনা তুমথ্রগা ষণ অদু হাৎলগে খন্দুনা অঙাংদু তুম্বা ঙাইখ্রে। অঙাং অদুনসু

ঙসি অহিং অসিদি ঐ তুম্বা য়াদ্রে, হায়দুনা তুমদ্রে। অহিং ফনা থেংলবদা নিদ্রা কৌবী লাইরেম্বীনা মমা মপা অনীদু শুমখিবনা তুমথখ্রে।

অঙাংনা মমা মপা অনীদু তুমখ্রে খঙলবদা অহিং নোংয়াই অদুদা মপান্দা থোরক্তুনা ময়াম্বা ষণদা হায়রে, " তাদা নঙবু হাৎলগা ইমা নারিবসি তাদাগী ঈ অদু তৈরগা ফগনি হায়, অদুনা অহিং অসিদা ঐখোয় ইচিন-ইনাউ অনী চৎখ্রসি " হায়দুনা ময়াম্বা ষণদু পুদুনা অসুম-অসুম লাকপনা চিঙ কয়া, লোক্লুং কয়া লান-লান্দুনা লাকপনা মঙানি শুবা নুমিত্তা মখোয় অনী ফজখ্রবা জঙ্গল অমদা থুংলে। ময়াম্বা ষন্না " ইবুংঙো! ইয়াম্বদি চৎপদা ৱারে, অদুনা মফম অসি ফজদ্রা ? য়েংঙু, হৈকোল-লৈকোল অসি, মলয়া নুংশিৎ নামিবনা হৈনম, লৈনম্গী মনম হুল্লকইবসি নুংশিদ্রা ? " অসুন্না হায়রবদা মচিন-মনাউ অনীদু মফম অদুদা লৈরসি হায়দুনা লৈরে। জঙ্গল অদুগী ময়াইদা ফজখ্রবা পুখ্রি অচৌবা অমা লৈ। পুখ্রি অদুদা থরো, থম্বাল লৈগী য়াৎতা মখল শুনা হৌরি অমদি মতম নাইদনা শাৎলি। অঙকপা অমনা পুখ্রি অদুদা শোরারেনগী মচানুপী লাইরেম্বী তরেৎ নুমিৎ খুদিংগী লাক্লগা ঈরোইদুনা শান্নে। নোংমদি নিপামচা অদুগা উন্নরে। মখোয়না তাইবং-মী অদু উবদা হায়রকই; " কেকু লোৎপী শান্নসি, নঙনা ফোঙবা ঙল্লবদি ঐখোয় তরেৎকী অতোনবী খ্বাইদগী মশক ফজবী অসি লৌরো। করিগুম্বা নঙনা ঙমদ্রগনা ঐখোয় তরেৎকী মীনাই ওইবা মদু য়াব্রা ?" অঙাংদুনা মখোয়গী ৱা অদু তাবদা তুমিন্না ময়াম্বা ষণ অদুদা তম্লে। ময়াম্বা ষন্না য়ারে, " মখোয় হান্না লোৎলু হায়য়ু " হায়না হায়রবদা, শোরারেনগী মচানুপী লাইরেম্বী তরেৎ অদু নিপামচাদু খঙহন্দনা কেকু লোৎখ্রে। নিপামচা অদুনা থিবা ফংদ্রবদা ময়াম্বা ষন্না হায়রে, " থন্নাসি হাইগৎলগা ফোং-ফাং হায়য়ু " হায়না হায়রবদা, নিপামচা অদুনা থন্না অদু হাইগৎলগা " ফোং-ফাং " হায়না হায়রে। মদুদা শোরারেনগী মচানুপী তরেৎ অদু চোংথোক্লক্লে। " অদুদি ফরে তাইবং-মী নঙ অমুক লোৎলো " হায়রে। নিপামচা অদুনা ষণদা হংঙি, " তাদা ঐবু কদায়দা লোৎকনি ?" ময়াম্বা ষন্না হায়রে, " ঐগী য়েৎ থংবা ইচি অসিদা হয়িং মূক পিকয়ু হায়বু, নঙ শোয়দনা পিক্কনি অদুগা ঐগী ওই থংবা নাকোং অসিদা চংলগা লোৎলু " হায়না হায়রবদা নিপামচানা অদুম তৌরে। হয়িং মূক পিক্তুনা ময়াম্বা ষণগী ওই থংবা নাকোংদা চংলগা " কেকু " হায়না হায়রগা লোৎখ্রে। লাইরেম্বী তরেৎ অদুনা নিপামচা অদু থিবা ফংদ্রে। লাইরেম্বীনা " তাইবং-মী ঐখোয়না নঙবু থিবা ফংদ্রে, অদুনা নঙ ফোংলো নঙনা ঙমজরো " হায়রে। মখোয়গী ৱাদু তাবদা নিপামচা অদু ষণগী ওই থংবা নাকোংদগী চোংথোক্লক্লগা

য়েৎ থংবা মচিদা অমুক হায়জরবদা হান্নগী ফিবম অমুক ওইহলে অদুদগী শোরারেনগী মচানুপী লাইবেম্বী তরেৎকী অতোনবী অদু নিপামচা অদুনা লৌরে। ষণগী শক্তিনে, লাইরেমতোম্বীগী শক্তিনে, শক্তি অনীনা নিপামচা অদু জঙ্গল অদুদা ময়ুম শাদুনা নিংথৌগুন্না পাল্লে।

নোংমদি লৈবাক অদুদা পানবা নিংথৌনা মনাই-মশন ময়ামদা শা তানবা জঙ্গল চৎলু হায়দুনা শা তানবা থারকই। ময়াম অদুনা শা তানবা লাকপদা জঙ্গল অদুগী মনুংদা চংলক্লে। মখোয়না জঙ্গল অদুদা থিবদা মখোয়গী নিংথৌ কোনুং অদুদগী হেন্না ফজবা কোনুং অমা থেংনরে। ষণ অমনা ফমেন্দা কুন্দুনা লৈ, নিপামচা অমনা হিদাকফু অমা মমাঙদা থারগা হিদাক থক্লম্মী। অদুগা অরাং-থংবা মাঙ্গোলগী নাকথদা নুপী অমা ফম্লম্মী। নুপী অদুগী মশক অদু অসুক্কী মতিক ফজে, হায়বদা হায়নিংঙাই লৈতনা ফজে। মদু উরুবদা শা তানবা লাক্লিবা ময়াম পুন্নমক অঙাওবগুমখ্রে। হিদাক্কী মনন্না মনম নুংশিরিবা হায়দুনা নিংথৌ মনাইশিং অদুনা ঐখোয়গী ইনিংথৌ ফাওবা অসিগুম্বা মনম নুংশিবা হিদাক থক্তে। অদুগীসু মথক্তা ফজখ্রবী নুপী অমনসু সেবা তৌবা। করি কান্নগনি ঐখোয়গী ইনিংথৌনা নুপী য়াম্লেমুক লৌবুবুদুনা কৈদৌনি? অসিদা লৈরিবী নুপী অসিগুম্বী অমতসু য়াওদে। নিপা অসিগী নুপী অসিগুম্বী অমতং লৌরগা লোইরে। ঙসিদি শা-না শা ফংদবনে, শা তাল্লগুমসি ইনিংথৌদা তম্লুসি, হায়দুনা মখোয় পুন্নমক কোনুংদা হল্লক্লে।

মনাইশিং অদুনা কোনুং য়ৌরগা নিংথৌদা ননাই ঐখোয়না খুরমজরি হায়রগা খুরম্লে। নিংথৌনা হায়রকই; " শা তানবা চৎখ্রগা শা-দি ফাদনা হল্লক্লবদি করি তৌরে ?" মনাইশিং অদুনা খুরম্লগা " জঙ্গল অমদা শা তানবা চৎপদা ইনিংথৌ ঐখোয়গী কোনুং অসিদগী হেন্না ফজবা কোনুং অমা থেংনরে। কোনুং অদুদা নিপামচা অমসু থেংনরে, মানা লৌরিবা নুপী অদুগী মশক অদু অসুক্কী মতিক ফজে, হায়বদা হায়নিংঙাই লৈতনা ফজে। শা তাল্লক্তনা ইনিংথৌদা পাউ অসি হাল্লা তমজগে হায়না ঐখোয় হল্লকপনি।" মনাইশিংগী পাউ অদু তাবদা নিংথৌনা " অদুদি ঐ য়েংবা চৎপা তারে " খুদক অদুদা মনাইশিংগা লোয়ননা শগোল তোংলগা জঙ্গলদুদা চত্তুনা য়েংলে। নুপী অদু উবদা নিংথৌদু তুচুংবা পোকখি। করম তৌরগা নুপী অসি লৌশিগে থল্লক্লে। খুদক অদুদা নিংথৌনা নিপামচা অদু কোনুংদা চৎসি হায়দুনা পুদুনা লাক্লে। কোনুং য়ৌরবদা নিংথৌনা হায়রকই; " হে নিপামচা, লৈবাক অমদা নিংথৌ অনী মৈগী কুণ্ড অমা তৌগনি, অদুদা নঙ চোংথগদবনি।" নিংথৌগী অকনবা য়াথংদু

তারগা নিপামচা অদু মথৱাই নুংঙাইতনা ময়ুমদা হল্লক্লে।

নিপামচা অদু ময়ুম য়ৌরগা ময়াম্বা ষণ অমদি মাগী নুপী উরগা কপ্লে। মাগী নুপীনা হংঙি, " মহারাজনা করি হায়রকপগে ?" নিপামচা অদুনা " কান্নদে ইবেম্মা হয়েং নোংঙাল্লগা ঐ শিরনি। নিংথৌগী কোনুং অৱাং থংবা চিথেক্তা মৈগী কুণ্ড অমা তৌগনি. অদুদা ঐ চোংথগদবনি। নিংথৌগী অকনবা য়াথংনি ঐ হিংবা হৌনদ্রে।" মসি হায়রগা নিপামচা অদু মথৱাই য়াম্না ৱারে। ৱাদু তাবদা শোরারেনগী মচানুপীনা হায়রকই; " মদুগীদমক্তা করিমত্তা ৱাবিরুনু তুমিন্না অদুম লৈথোকপিরো, মদুদি ঐগী ইথৌনি. ঐনা ফনবা শিঞ্জগে।" অহিং অদুদা শোরারেনগী মচানুপীনা মপা শোরারেন্দা শবি তরেৎ নিজখি। মপা শোরারেন্না শবি তরেৎ মচা নুপীগী মফমদা থারক্লে। শবি তরেৎনা লাক্লগা " ননাই ঐখোয়বু ইবেম্মনা কৌবিবা করি মরম লৈবগে তাকপিরো "হায়রে। লাইরেমতোম্বীনা " ঐগী ফুঙ্গা লাইরুদগী লৈবাক'সিগী নিংথৌ কোনুংগী অৱাং থংবা চিথেক্তা মৈ-গী কুণ্ড অমা লৈরমগনি, মদু ফাওবা লৈনুংদা মী অমা চৎপা য়ানবা লম্বী খুদক অসিদা শেমলো " হায়রবদা শবি তরেৎ অদুনা থবক শুবা হৌখ্রে। নোংঙাল্লমদাই মতমদা লম্বী অদু শেম্বা লোইরে হায়দুনা শবি তরেৎ অদু হল্লক্লে। শবিনা লাইরেমতোম্বীদা হায়রে. " ননাই ঐখোয়দা ইবেম্মনা তাকপিবা থৌদাং অদু লোইজরে, মথংদা করি অমুক লৈরি তাকপিগদবা " হায়না হায়রে। শবিগী ৱাদু তাবদা লাইরেমতোম্বীনা হরাউদুনা শবিশিংগী মবুক পেন্নবা অহাও অথুম অচা-অথক পীজখি। শবিশিংসু মবুক পেল্লদুনা হরাউ-হরাউ শোরারেন্দা অমুক হনখি।

নোংঙাল্লবদা নিপামচা অদু ইরুজ-মাইথজরগা মফি-মরোল শেৎলগা কোনুংদা কাবক্লে। অদুগা নিংথৌগী সনা চরণদা খুরম্লে। নিংথৌনা " নিপামচা নঙ লাক্লবা ? ফরে-ফরে অদুদি " হায়না য়াম্না হরাউ-হরাউনা তরাম-তরাম কৌশিল্লে। নিংথৌনা খল্লি মাদি ঙসি শিরদবনি মাগী নুপী অদু নিংথৌ ঐনা লৌবা শোয়দ্রে হায়বগী হরাউরি। মৈ হৌগৎলসি ইনাইশা হায়দুনা মৈ থাগৎখ্রে। ঘী তিন মরি চিথেক মরিদা নিপা মরিনা হৈজিনখ্রে। মৈথোল থোক্লা ড্রুং-ড্রুং চাক্লে। নিপাদুনা তিল্লিবা মীয়ামবু খুরম্লে, অদুদগী মৈ কৌবা লাইদা মমিত্তগী মপি তানা খুরম্লগা মৈগী কুণ্ড অদু তরেৎলক কোয়রগা "মৈ কৌবা লাই ননাই ঐ চোংথজরগে " হায়দুনা মৈনুংদা চোংশিনখ্রে। মৈ কৌবা লাইনা নিপা অদুগী তুরিক অমা ফাওবা চাকখিদে; শবিনা তৌরম্বা লম্বী অদুদা অদুম চৎখিদুনা ময়ুম য়ৌখ্রে।

অসোমদনা নিংথৌনা মনাইশিংদা নুপী অদু লৌরুনবা য়াথং পীরক্লে। মনাইশিং অদুনা প্রপ-প্রপ চৎখিদুনা নুপী অদুগী ময়ুম য়ৌবা মতমদদি নিপা অদু শিরমদ্রে। মনাইশিংনা নিপা অদু উবদা ইঙক ঙকখ্রে, " করিনো তৌরিবা অসিবু " হায়রগা অমুক চেল্লক্তুনা নিংথৌদা তল্লরে। " ইনিংথৌ নিপা অদু শিরমদ্রে, হান্নদগী মশক্তুম থোইনা হেন্না ফজরল্লে " হায়না তল্লে। খুদক অদুদা নিংথৌনা মনাই অমা থাদুনা নিপা অদু অমুক কৌখৎখ্রে। নিংথৌনা নিপাদুদা " নঙ কমদৌনা হিংলকই " হায়না হংলকপদা নিপা অদুনা হায়রকই; " ইনিংথৌনা কৌবিরকপা ফরে, ননাই ঐসু পাউ তমজবা লাকচগে তৌরল্লিবনি। অশি লৈবাক্তা চৎলুবদগী ৱামনখিবনা ঙহাক পোথাজরম্বনি, ননাই ঐবু ঙাকপিয়ু। ননাই ঐনা অশি লৈবাক্তা য়ৌরবদা অশি লৈবাক্কী নিংথৌনা নঙগী মতম ৱাৎলি হায়দুনা অমুক লাকপনি। ননাই ঐনা অসুম লাকপদা ইনিংথৌবু পোকপা পাবুং মহারাজ অমদি ইমা-শিজা মহারাণীসু উন্নরকই। ঙসি অসিমক ইনিংথৌবু লাক্তবা য়াদে হায়রকই; ইনিংথৌ ঙাইদুনা ওম্লোক্লা ৱানা লৈহৌখ্রে। অসুন্না নিপা অদুনা হায়রবদা নিংথৌনা " অদুদি কমদৌনা চৎকনি " হায়না হংলকই। নিপা অদুনা ইনিংথৌনা মৈগী কুণ্ড অনৌবা অমা তৌবিরগা মদুদা চোংথবিরগা লেংবিরো " হায়রবদা, নিংথৌনা মনাইশিংদা মৈগী কুণ্ড অনৌবা অমা খুদক অদুদা থুনা য়াংনা তৌখ্রে। শীং হাপ্পগা মৈ চুখৎখ্রে, ঘী তিন মরি চিথেক মরিদা নিপা মরিনা হৈজিনখ্রে। মৈখোল থোক্লা ঙুং-ঙুং চাক্লে। মতম অদুদা নিপাদুনা ইনিংথৌ মৈগী কুণ্ড অসিদা চোংথবিবা য়ারনি হায়রে। নিংথৌ অদু মৈনুংদা চোংথখ্রে। মীগী মতু-মচা কল্লকউবা নিংথৌ অদু মৈনা চাক্তুনা শিখ্রে। লান্দবা নিপামচা অদুনা লৈবাক অদুগী নিংথৌ ওইদুনা নুংঙাইনা পানখি।❑

# ফান অপাইবী

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমদা নিংথৌমচা অমগা, মন্ত্রীমচা অমগা, সেনাপতিমচা অমগা মখোয় অহুম'সি মরূপ শান্নরম্মী। মখোয় অহুম'সি মতম পুন্নমক্তা অমনা অমবু থাদোক্লদে, চারে চামিন্নৈ, থক্রে-থকমিন্নদুনা নুংঙাইনা লেমিন্নৈ। নোংমদি মখোয় অহুম লম কোয়বা চৎসি হায়দুনা ৱা তান্নরে। মখোয় অহুম কনা খঙহনদনা লোন্না ময়ুম শঙ্গাইদগী খোঙ-শান্দুনা লাক্লে। অসুন্না অসুম লেপ্তনা লাকপনা মখোয় অহুম লৈবাক কয়া লান্দুনা লাক্লে। মখোয়না লাকপদা চাউরবা লৈবাক অমা থেংনরে, মখোয় অহুমসু চৎপদা ৱারদুনা উপাল অমগী মখোঙদা ঙহাক পোথাখিসি হায়দুনা ফমদুনা পোথারম্মী। নিংথৌমচা অদু ঈশিং খৌরাংবনা চরম খরক-খরক কংলবদা মরূপ মন্ত্রীমচাদা য়েংলগা হায়রকই; " মরূপ ঈশিং খৌরাংবনা চরম খরক-খরক কংলে, ঐগী থৱাই অসি থাগদৌরে। ঈশিং খজিক্তং থিদুনা পুবিরকউ " হায়না হায়রবদা, মন্ত্রীমচানা মরূপ নিংথৌমচা অদুগী ঈশিং থিবা লাক্লে। লৈবাক অদুদা লাকপদা য়ুমশিংদুদা চংলগা য়েংবদা অঙকপনি মী অমত্তা লৈবা উরমদে। মীদি লাইরদুনা শা উচেক ফাওবা মশক উরমদে। অদুগা লৈরম্লিবা চাউর-চাউরবা য়ুম অমদি নিংথৌ কোনুংনচিংবা অতেক অকায় ঙক্তা, সুমাংদা হৌরিবা উরি-ৱারিশিংনা কোয়শিল্লিবা অদ উরগা লৈবাক অসি তাইবং মী অমত্তা লৈত্রে হায়বদু খঙবা ঙমখি। মহাক্তা অসুম-অসুম কোয়না লাপ্পা মফম অমদা থুংলে। মফম অদুদি মখল মথেল কয়াগী হৈরাং-লৈরাং কয়ানা অকোয়বদা হৌরিবা মফম অদুগী ময়াইদুদা পুখ্রি অচৌবা অমা লৈবদু থেংনরে। মন্ত্রীমচা অদু হরাউরে, পুখ্রি অদুগী মপান্দা চংলক্লে, অদুবু ঈশিং পুনবা পাত্রদি য়াওদবনিনা করন্না ঈশিং পুগনি হায়বগী অৱাবা অমা ওইরে মন্ত্রীমচা অদু, মানা অৱাং লোমদা য়েংথোকখিবদা ফজন্নবা য়ুম মচা অহুম থক উরে। য়ুম

অমদগী ঈশিং পুননবা পাত্র লৌবা চংলক্রে। মানা সুমাংদা লেপ্লগা " য়ুম অসিবু কনা-কনা লৈবগে ? ঈশিং পুনবা পাত্র অমত্তং ঐঙোন্দা পীবিয়ু " হায়রে। ঙহাক লৈরগা য়ুম অদুদগী মশক মতৌ হায়নিংঙাই লৈতনা ফজরবী মিৎফম হোংনিংদবী লৈশাবী অমা থোরক্লুনা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই; " তাদা অতোপা লৈবাক অমদগী লাকপা মাল্লি, ঐখোয়গী লৈবাক অসিদি য়ুমদা লাকপা মী, অতিথিবু সেবা তৌদনা খক থাদোক্তে, অদুনা ঙহাক্তা সেবা ফঙজহৌগে, অদুগা তাদগী ঈশিং পাত্র হায়বদু পুবিখিবা য়াগনি।" লৈশাবী অদুগী পুক্নিং হুরবী মায়থোং মাগী নুংশিরবী খোঞ্জেলদগী থোরকপা ৱাহৈনা মন্ত্রীমচা অদুগী থম্মোই শুমহৎখি। লৈশাবী অদুগা ফমমিন্নদুনা নুংশি ৱারী কয়া শাদুনা লৈথোক্রে। মরূপ নিংথৌমচা অদু ঈশিং থৌরাংহৌরি হায়বা কাউথোকখ্রে। লৈশাবী অদুনা মথেল-মকোই কয়া থোংদুনা মখোয় অনী চামিন্নরবগী তুংদা মন্ত্রীমচা অদু নুংঙাইনা তুমদুনা লৈথোক্রে।

নিংথৌমচানা মরূপ মন্ত্রীমচা হল্লকত্রবদা, মরূপ সেনাপতিমচাদা মরূপ মন্ত্রীমচাগী খোঙ্গুল লিবুচো অদুগা ঈশিংসু পুরকউ, হায়দুনা থারক্রে। সেনাপতিমচানসু খোঙ্গুল লিবুগে হায়দুনা মহাকসু লেপ্তুনা লাকপনা পুখ্রি অদুগী মনাক্তা থুংলরে। সেনাপতিমচানা পুখ্রি অদু উবদা ঈশিং পুরনি হায়না হরাউরে, অদুবু অৱাবদি ঈশিং পুননবা পাত্রদি য়াওদবনিনা করম্না ঈশিং পুগনি হায়দুনা অৱাং লোমদা য়েংথোকখিবদা য়ুম মচা অহুম অদু উরে। য়ুম অমদগী ঈশিং পুন্নবা পাত্র লৌবা চংলক্রে। য়ুম অদুদগী ফজখ্রবী লৈশাবী অমা থোরক্লুনা অহানবগী লৈশাবী অদুনা হায়বগুন্না সেনাপতিমচাদা হায়রে। ফজরবী লৈশাবী অমনা সেবা তৌজগে হায়রবদা সেনাপতিমচা অদু হরাউ-হরাউ য়ারে। মরূপ নিংথৌমচাগী ঈশিং থিবা লাকপনি হায়বদু কাওথোকখিদুনা চাক চারগা নুংঙাইনা তুমদুনা লৈথোকখি।

অসোমদনা নিংথৌমচা রাজকুমারনা মরূপ অনী অদু মতম থেংলবা ফাওবদা হল্লকত্রবদা মথম্মোই শোক্লা নুংঙাইখিদে। মাসু য়াম্না ৱানা হৌগৎতুনা ঈশিং থিবা অমদি মরূপ অনীগী খোঙ্গুল লিবা লাক্রে। মহাকসু লেপ্তুনা লমশাং লাকপদা চাক লাম্বনা মখোঙ থাংদুনা চৎপা ৱারে অদুবু ৱারবসু ৱানা লাকপনা মরূপ অনীনা লৈরিবা মফম অদুদা থুংলম্মী। মহাক্লা য়ুম মচা অনীগী হেক মনাক্তা লৈরিবা ফজখ্রবা ফুড়া-দোলানগী য়ুম অদুদা চংলম্মী। সুমাংদুদা ঙহাক লেপ্তুনা য়েংবদা মী অমত্তা লৈবগী মখোল তাদবা অদুদা মাসু ৱা অমত্তা ঙাংদনা ইমুংদা চুমদ্রিং প্রপ-প্রপ চংশিল্লি। য়ুমগী কা খুদিংগী চংদুনা য়েংবদা মমৈ-থংদা

ফজনা লৈতেংলবা কা অমদা ফজখ্রবী লৈশাবী অমা সনাগী ফমুং মথক্তা সনাগী মোনচেপ মোন্দুম থারগা তুমদুনা লৈরম্বা অদু উবদা অঙকপা অমা ওইরে। ঙহাক ঙক্সা য়েংলবা মতুংদা লৈশাবী অদু হৌদোক্লুনা ঈশিং থক্কে অমদি চাক খজিক্তুং পীজনবা হায়জরম্মী। মশক মতৌ ফজরবা চুঙ-ফিরাল চুম্লবা পাখং অদু অহানবা উবমক্তদা লৈশাবীগী থম্মোইদা অপাম নুংশি পোকখি। হরাউ-হরাউ তৌদুনা মথেন-মকোই থোংদুনা চামিন্নরে। ৱারী কয়া শান্নরবা মতুংদা লৈশাবী অদুনা নিপা অসি নিংথৌমচানি হায়বা খঙখি। মহাকসু মাগী পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক্কী ৱারী কয়া নিংথৌমচা অদুদা লিরকই; " লৈবাক অসিগী প্রজাশিং অমদি মপাবুং নিংথৌনচিংবা হিংচাবী অনীনা লোইনা চাথোকখিদুনা মহাকপুদি নুংশি হায়দুনা থল্লিবনি, ঐহাক অসিসু করি নুমিৎতা মখোয় অনীনা চাগদবা খঙদে, হায়না থম্মোই শোক্সা মমিত্তগী মপি তানা তল্লে।" য়াম্না থম্মোই শোকপা ৱারী কয়া অদু তারগা নিংথৌমচানা হিংচাবীগী মথক্তা লমন খুমনিংলম্মী অদুনা হিংচাবী অনীগী লৈফম হংলম্মী। রাজকুমারীনা " নাকন্দা লৈরিবা য়ুম মচা অনী'সি মখোয়গীনি। মখোয় অসি অয়ুক নুংথিলদা ফজরবী নুপীগী শক্তম লৌই, নুমিদাংদনা হিংচাবী ওইরগা অথাম্পদা চাক্তবা চৎলি। মরাইবক থিরবা নিপা অনীখক লাকপদগী মখোয় অনীগী মপুরোইবা ওইদুনা লৈবা উই।" ৱাফম অদু তাবদা নিংথৌমচানা মাগী মরূপ অনীদু শোয়দনা ওইরম্লগনি হায়না খনখি। অসুম্না রাজকুমারীগা নিংথৌমচাগা লৈমিন্নরক্প'সি থাবুম অমা ফরক্কদৌরে । মখোয় অনী অমনা অমবু পান্নদুনা লৌন-লৈনরে।

নিংথৌমচানা মরূপ অনী অদু নোংমতং উন্নরবদি হায়না থৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরে নোংমদি লাইগী নোংদমদগী নিংথৌমচাগা মরূপ অনীগা উন্নরে। মখোয় অহুম মাগী-মাগী ৱারী লিনদুনা অৱা নুংঙাই ফোংদোক্লরে। নিংথৌমচানা তাঞ্জা চারে খন্দুনা " মরূপ নখোয়না লৌরিবা নুপী অদু হিংচাবীনি থাজদ্রগা ঙসি অহিংসিমতংদি তুমদনা মিৎ-না শিংনা লৈরু অদুগা য়েংঙু। অয়ুক নুংথিলদা লৈশবীগী শক্তম লৌরগা লৈরিবনি, অহিং ওইরগা হিংচাবী ওল্লগা অথাম্পদা চাক্তবা চৎপনি য়েংঙু। মরূপ নিংথৌমচাগী ৱাদুদা মরূপ অনীদু থাজদুনা মখোয়-মখোয়না লৈনরিবা ময়ুম-ময়ুমদা হন্নখি। মরূপ অনীদু নুমিদাং ওইদুনা অহিং ফনা থেংলবা ফাওবদা ৱাখলদা চিংনবা অমদি নুংঙাইতবনা তুম্বা য়াখিদে। মরূপ নিংথৌমচানা হায়রকপা ৱাদু অশেংবা ওইরিদ্রা খঙনিংবদগী অহিং অদু তুমদনা মিৎ-না শিংনা লৈনখি।

অহিং নোংয়াই য়ৌরক্লবদা নুপী অনীদু হিংচাবী ওল্লক্লে, মশম-মনা

ইফা-ফা মনা য়াংকোকমুক পাক্লক্লে, ময়ানা শীঙজং, মমিতু চফুমুক লাউরগা কোয়চৎ চৎপা হৌরক্লে। মরূপ অনীদু কিবনা মশাদু চেং খৈবগুম নিক্লক্লে। ঙহাক লৈরগা হিংচাবী অনীদু পাইদুনা চৎখ্রে। মরূপ অনীদু নোং ঙাল্লি-ঙাল্লি তৌরকপদা হিংচাবী অনীনা ময়ুমদা হল্লক্তিঙৈদা মরূপ নিংথৌমচাগী মনাক্তা চেল্লক্লে। মখোয় হিংচাবী অনীদু হল্লকত্রিঙৈদা য়াংনা মফম অসি থাদোক্লনা চেলহৌরসি হায়রে। নিংথৌমচানা রাজকুমারী অসিদি ঐগা মাগা লুহোংলবনি পুখ্রসি, অদুগীসু মথক্তা মাগী শগোল অপাইবী লৈবনি, হায়রবদা মরূপ অনীদু হরাউনা য়ারে। রাজকুমারীনা মাগী শগোল অপাইবী অদু কৌরে। শগোল অপাইবীগী মথক্তা মখোয় মরি তোংখৎলগা রাজকুমারীনা শগোল অপাইবী অদু থৌরগা পাইরক্লে।

অসোমদনা হিংচাবী অনীনা মমিৎ চোংঙি হায়দুনা য়াংনা পাইদুনা লাক্লগা য়েংবদা নিপা অনীদু লৈরমদ্রবদা হিংচাবী অনীদুনা " আ! লাকচৈদা " হায়রগা মখোঙ থিল্লগা মখা লাউনা কাথোক্লনা ঙংদুনা নুংশিৎকী মমাঙ থানা পাইরগা তান্নরক্লে। অদুগা হিংচাবী অনীনা " লৈরম্মু নখোয় মরি খঙগনি " হায়না লাওরকপা তাবদা রাজকুমারীসু শগোল অদু কন্না থৌরে, মন্ত্রীমচানা তুং লোমদা হন্না য়েংবদা হিংচাবীনা তান্নবা ফংলরোই খঙলবদা অসুন্না লাওখি। " ও! হিংচাবী অনী নখোয়না ঐখোয় মরিবু চাবগী মহুত্তা মখোয় অনী অমনা-অমবু চান্নহৌরো " হায়না ঙহাক অৱাই অখুম তৌরবা মতুংদা মন্ত্রীমচানা রাজকুমারীবু হিংচাবী ওইরবোই নিংদুনা নাকন্দা য়াল্লিবা থাংশাং অদু শৎলগা থাং-হাই অমুক্তা রাজকুমারীগী মঙক্কা লোয়ননা শগোল অপাইবীগী মঙক কক্লবদা মখোয় পুন্নমক লৈমায় থক্তা তাখি।

নিংথৌমচানা শাওখিবনা মমিত্তা ঈ কাদুনা মরূপ অনীদু হাৎলগে হায়দুনা থাংশাং শৎলকপদা মরূপ অনী অদু কিমনখিদুনা মফম মরাং মায়গৈ-শলাই খঙদনা মথৱাই খুবাক্তা হাপ্লগা হিংনবা চেনখ্রে।

নিংথৌমচা অদু তৌফম খঙদ্রবদা রাজকুমারীগী মঙক্কা মশাগা তোঙান্না তারিবদু য়েংলগা তেংথা-নাওইদুনা কপ্লে। মতম অদুদা হেলোই মচিন-মনাউ তরেৎনা কোয়বা লাকপদা, মহাক্তা কপ্পগী খোঞ্জেল তাবদা হেলোই তরেৎনা " হে নিপা! নহাক করিগী কপ্লিবনো ?" নিংথৌমচানা " ঐগী তালোই অমদি শগোল অপাইবী মরূপ মন্ত্রীমচানা মঙক কক্লগা হাৎলম্মে, অদুনা কপ্লিবনি।" মীনুংশি খঙবী হেলোই তরেৎনা " নঙনা কপ্লিবদু তোক্লো, শিরিবা অনীগী মরক্তা ঐখোয়না অমা হিংহনবা ঙমগনি। নহাক্তা কনাবু হিংহনবা পাম্নগে ?"

নিংথৌমচানা মথুৎ অনী লোন্নদুনা " চানবিদুনা ঐগী তালোই হিংহনবিয়ু।" হেলোই তরেৎনা রাজকুমারীবু হিংহল্লে। নিংথৌমচানা মাগী তালোইবু অমুক হন্না হিংলবদা হরাউবগী ঙমখৈ লৈখিদে। মখোয় অনীনা হেলোই তরেৎকী মখোঙ পায়দুনা খুরমখি। হেলোই তরেৎনা পেল্লদুনা লাপ্লবা মরৈবাক লমদম য়ৌননবা " ফান অপাইবী " অমা পীরম্লগা মফম অদুদগী মাঙখ্রে। মী-পোং তাদ্রবা লম অদুদগী ফান অপাইবীগী মতেংনা মখোয় অনী মরৈবাক্তা য়ৌখি। মপাবুং নিংথৌনা মজা ইবুংঙো অমদি মমৌ ইবেম্মাবু বাজাই-বেঙ্গুন খোঙলদুনা তরাম্না ওকখি। মন্ত্রীমচা অমদি সেনাপতিমচানা নিংথৌমচাগী মখোঙ পায়রগা খুরম্লে, অদুগা মন্ত্রীমচানা হায়জরে; " ঐগী ইরাল ঙাকপিয়ু। " নিংথৌমচানা মন্ত্রীমচাগী ঙাকপিফম থোকত্রবা মরাল অদু ঙাকপিদুনা মখোয় অহুম হান্নগী মতৌগুম লুনা চান্না তিন্নদুনা নুংশিননা লৈমিন্নখি। মতম খরা লৈরগা নিংথৌমচা-না লৈবাক অদুগী নিংথৌ ওইরগা লৈবাক মরা তপ্না নুংঙাই য়াফনা পানখি।❑

# অঙকপা ফান

থায়না মমাঙঙেদা লৈবাক অমদা নিংথৌ লৈরম্মী। মানা হৈতবা বিদ্যা য়াউদে, মখুৎ-মশা হায়নিংঙাই লৈতনা হৈবা বিশ্বকর্ম্ম গুম্বনি। নিংথৌ অসিগী মহারাণী অদু মচানিপা অমা পোক্লগা মনুং মতম চাদনা ঙস্তা শিখ্রে। পাত্র, মন্ত্রী তান্নরগা মহারাণী অতোম্বী অমা অমুক থিদুনা লৈমিন্নরে।

মহারাণী অহন্না পোক্লম্বা নিংথৌগী মচানিপা অসি মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না চাউবা শারেপ ফারক্লুনা পাখং ফারক্লে। অঙকপা অমনা মপা-মচা মশক চপ মান্নৈ, ব্রাং-চাউবা ফিভম করি অমতা খেন্নবা লৈতে। মপাবুং নিংথৌনা মখুৎ হৈবগুন্না মচানিপাসু অঙকপা ফংনা হৈরে। উ শুবগী থবক্তা মপা-মচা করি অমতা খেন্নদ্রে। উনা শাবা পোৎলমদা অঙকপা শক্তি হাপ্পা ঙম্বা লাই-গুম্বনি। মপাবুং নিংথৌনা মচানিপা অদু মাগা বিদ্যা খেন্নবা লৈতনা হৈবা অদুদা মথক্লাই নুংঙাইদুনা হায়নিংঙাই লৈতনা লুনা-চান্না মচাবু তৌরে। মপা-মচাগী নুংশিনবা লুনা-চান্না তৌবা মতৌ অদু উবদা মহারাণী অতোম্বী অদু কল্লক-কঞ্জাউদুনা মথম্মোই অদু খোয়শাউন্দুনা লৈফম-চাফম, খাঙফম খঙদ্রে। পুকচেল ফত্তবীগী হৌনবী মহারাণী অতোম্বীনা খনবা হৌরকই; '' মতম অমদা ইনিংথৌনা লৈখিদ্রবা মতুংদা ঐনা পোক্লপা ইচানা মপাবুংগী মহুৎ শিনবা ঙমলোই, ইচেনা পোক্লম্বা মাগী অচানবা মচা'সি লৈরবদি। করম তৌরগা নিপামচা অসি হাত্তোকসিগে হায়না নুমিৎ-খুদিংগী খন্দুনা লৈরম্মী।

নোংমদি নিংথৌ কোনুংগী মাইবা-মাইবীশিংগা লোন্না ব্রা তান্নরবা মতুংদা মহারাণী অতোম্বী অদু য়াম্না কন্না নাশিন্নরে। কোনুংগী মাইবা-মাইবীনা '' ইনিংথৌ মহারাণীনা নারিবসি ফহনগে হায়রবদি ইনিংথৌগী অমত্তা ঙায়রবা মহারাণী অহন্না পোক্লম্বা মচা-ইবুংঙো অসি মঙক কক্তুনা হাৎলগা মাগী ঈ অদুনা ঈরুজথোক্লবদি অনাবা শোয়দনা ফগনি হায়না লাইগী লাইফাও

ফাওরে " হায়না হায়রকই। কোনুংদা মহারাণী অতোম্বীগা লোন্না লৈবা-লৈবী কয়ানসু ব্রাফম অসি হায়রম্মী। নিংথৌদি ব্রাফম অদু তাবদা মথন্নাই শোক্লা নুংঙাইখিদবনা তুমগনি চাগনি হায়বা ফাউবা কাউখ্রে। মহারাণী অতোম্বীনা " ইনিংথৌ লাইগী লাইফাওবু হৌজিক ফাউবা পাংথোকপিদ্রিবা করিগীনো ? ননাই-নুবীবু শিজখ্রো হায়রবসু ঐদি কায়দে , অদুবু লাইগী লাইফাওবুদি মিরাই-হন্নিংদে। " হায়না হায়রবদা . মহারাণীগী ব্রাফম অদু তারগা নিংথৌনা খল্লি; " ঐগী ইচানিপাদি মতুংদসু কয়া অমা ফংলকখিবা য়াই; ঐগী মহারাণী অতোম্বী অসিনা শিথ্নগদি অমুক লাক্লরোই, লাইগী লাইফাওবু ঐনা মিরাইবা চুমদে, ঐগী ইচাগী মরাইবক্তা অসুম থোকউ হায়না তমখিবনি " হায়বা ব্রাখল খল্লুবদগী মচানিপা নুংশিবা অদু হাত্তোক্লগা মাগী ঈনা মহারাণীবু ঈরুজথোক্লবদি অনাবা শোয়দনা ফগনি হায়বা লৈরগদি মচাবু উমংদা পুরগা হাৎলুনবা য়াথং পীরক্লে।

নিংথৌগী য়াথং ফঙলবদা মীহাৎপা অনীনা মচা-ইবুংঙো অদু হাৎননবা উমং তান্না অসুম-অসুম লাকপদা শুক্লবা অচৌবা উমং অমগী ময়াইদা নিংথৌমচানা ঙহাক্তা পোথাখিসি হায়দুনা পোথাবদা নিদ্রা কৌবী লাইরেম্বীনা অঙাং অদু শুমখিদুনা তুমখ্রে। মতাং অসিদা মীহাৎপা অনীনা নিংথৌমচা অদুগী নুংশিরবা শকফম ইনখৎলকপগী ফজরবা ফিভম চুং-ফিরাল চুল্লবা মতৌ অদু উবদা মীহাৎপা অনীদু ময়ুম-ময়ুমদা লৈহৌরিবা মচাগী ব্রাখল নীংশিংলক্তুনা থম্মোইদা মীনুংশিগী ঈচেল অমা চেল্লক্লে। অদুনা মখোয় অনীনা " অঙাং অসি করন্না হাৎকনি. থাদোকপিরম্লসি " খন্নরগা শুক্লবা উমং অদুগী ময়াইদা " মচা-ইবুংঙো নথন্নাই হিংনবা চেনখ্রো " হায়না হায়রগা মখোয়গা লোয়নরকপা হুই অদু মঙক কক্তুনা হাত্তোক্লগা উতোং অনীদা ঈ অদু পীক-পীক থন্না হাঞ্জিল্লে। মীহাৎপা অনীদুনা ঈ উতোং অনী অদু পুরদুনা কোনুংদা লাক্লগা মহারাণী অতোম্বীদা পীরে। অঙাংগী ঈ শারগা উতোং অনী পীক-পীক থন্না পুরকপা হুইগী ঈ অদুনা ঈরুজবদগী. নাশিন্নরম্বী মহারাণী অতোম্বী অদু অনাবা ফরে. হায়দুনা মাইবা-মাইবীনা নিংথৌগী মফমদা হায়ররে। নিংথৌ অদু চীনবান থোঙদদি মোমোন নোকশিন্নৈ অদুবু অমত্তা পোকচবা নুংশিরবা মচা কায়নবগী থম্মোই নুংদদি খাম্বী মৈনা মৈরি ফনা চাকপগুম চাকখি।

অসোমদনা মীহাৎপা অনীনা মথন্নাই হিংজনবা থাদোকপিরম্বা নিংথৌ মচানিপানা উমং লাম্থোক্লগা অতোপ্পা লৈবাক অমদা অসুম-অসুম লাকপদা নিংথৌ মচানা তুরেল অমা থেংনরে। তুরেল অদুগী তোর্ব্বান্দা ঈশিং শোক্তুনা লৈরম্বী মশক-মতৌ চঙখোল্লবী য়েংবদা পুক্লিং হুরবী নুপীমচা অমগা মাগী

মতারোই কয়া লোইন্দুনা লৈরম্বদু কোক হেক থেংনবুরে। অহানবা উব-মক্তদা মিৎকা-মিৎকা চান্নখি, থম্মোই-থম্মোইদা নুংশিবগী ঈচেল চেন্নখি। ৱারী শান্নবদগী মরী-মখোঙ পুন্নমক খঙনরদুনা লৌন-লৈনসি হায়না ৱাশক্লরে। নুপীমচা অসি অতৈ কনাসু নত্তে, লৈবাক অসিগী নিংথৌগী মচা-ইবেম্মনি। মপাবুং নিংথৌদা ৱারী পুম্বা লিদুনা তম্লবা মতুংদা মখোয় অনীবু লুহোংবিনবা হায়জরবদা মপাবুং নিংথৌনা য়াবিরদুনা লৈবাক পুংজাউ থিন্দুনা পাউজেল্লগা চাউনা লুহোংলগা নিপামচা অদু নিংঙোল মৱা ওইনা নিংথৌনা নুংঙাইনা থম্লে।

নিংথৌমচা অদু খুৎ-হৈবনিনা থবক-ইনখাং করি অমত্তা শূদনা লৈবদু নুংঙাইত্রদুনা ,নোংমা খুঞ্জাশিংনা চীংদা শীং চনবা চৎপদা মাসু য়াওরম্মী। মাগা শীং চনবা চৎমিন্নবা মী পুন্নমক্তি মপোপ-মতাং ফবা চুমদ্রিং চুম্বা ফজ-ফজবা উ খন্দুনা য়ান্নে। নিংথৌমচা অদুদি করিসু থৌ-শাদনা ফমদুনা লৈথোকই। ময়ুম-ময়ুমদা হল্লসি হায়নরকপা মতম অদুদা চীংদোন য়ৌনা কারগা হৌরিবা উ ময়াম অদুগী মরক্তা লেপ্লগা; " হো উ " হায়দুনা কৌরকপদা মওং-মতাব ফজদবা খোয়দ্রিং-খোয়দ্রাংবা উ অমনা " হাউ " হায়না হেক খুম্লকপদা। নিংথৌমচা অদুনা হরাউনা " ঐগী উদি অসিদা লৈরেদনা " হায়দুনা মনাক্তা চঙশিল্লগা উ অদুদা খুরম্লগা মখোঙ থেংনা য়াল্লগা ময়ুমদা পুরক্লে। লম্বী মমান্নবশিংনা খন্নে; " করিনো নিপা'সিনা তৌরক্লিবা অসিবু! ফজবা উদি য়ানগেদি হায়দ্রদুনা খোয়দ্রিং-খোয়দ্রাং তৌবা উ অমা খল্লগা য়াল্লক্লিবসিবু।" হায়না মখোয়না নোকখি।

নিংথৌমচানা উ অদুনা অঙকপা ফংনা ফজরবা উপু মচা অমা থৱাই য়াউনা শারে। উপু অদু লৈবাক অদগী হিদিঙ্গা লল্লোনবা নিপা অমদা লল্লোনপোৎ ওইনা মীরৈবাক লান্না পুবিনবা হায়জরে। হিদিঙ্গা লল্লোনবনা নিংথৌমচাগী লৈফমনচিংবা হংলগা উপু অদু লল্লোনবা চৎপদা য়োল্লক্লবা লৌহৌরে। নোংমা-নিনি লৈরগা হিদিঙ্গা লল্লোনবা অদু নোংচুপ পাংনা হি হোম্বদুনা অতোম্পা লৈবাক অমদা লাক্লে। হিদিঙ্গা লল্লোনবনা মাগী য়াওরকপা পোৎ-চৈ পুন্নমক লৈবাক অদুগী নিংথৌদা য়েংহল্লে। নিংথৌ অদুনা পোৎ-চৈশিং অদু মথং-মথং য়েংলকপদা অঙকপা ফংনা ফজবা উনা শাবা উপু মচা অদু থেংনবুরে। অঙকপা উপু মখুম হাংদোকফম খঙদবা অদু পায়দুনা মুন্না য়েংবদা নিংথৌগী থম্মোইদা খনখি, " এ! মসিদি মী অতৈগী খুৎফম নত্তে; ঐগী ইচা নিপাগীনিনা " মপা-মচা খুৎফম খঙনবনিনা তশেংনা মচানিপাগীনি হায়বা নিংথৌনা খঙখি। মচা হিংলি হায়বা খঙলদা নিংথৌ অদু হায়নিংঙাই লৈতনা

হরাউরে। হিদিঙ্গা লল্লোনবদা " করি লৈবাক্তুগী করম্বা মীওইদগী পুরকপা উপুনো? " হায়বনচিংবা ৱারী-ৱাখোঙ পুন্নমক লৌহৌরে। নিংথৌনা পুরক্লিবা উপু অদুগুম্বা অমা হিদিঙ্গা লল্লোনবদা পীরগা " উপু মচা অসি শারকপা খুৎ-হৈবদুদা পীরগা হায়রু মাগী উপু অদুগী মমল য়াউরিবনি হায়দুনা শিন্নরে। হিদিঙ্গা লল্লোনবদু ইঙক-ঙকই নিংথৌ অসিগা অদা লৈহৌরিবা নিপামচা অদুগা চপ মান্নেদা খল্ল-খল্লগা মরৈবাক্তা হল্লক্লগা নিংথৌনা পীরকপা উপু অদু নিংথৌ মচাদুদা পীররে। মী অতৈনা হাংদোকপা ঙমদবা উপু অদু হাংদোক্লগা য়েংবদা মনুংদা সনা মতুম অমা য়াওরম্বদু থেংনবদা নিংথৌ মচানা খঙখি মপাবুংনা হৌজিকসু মাবু সনা মতুমগুম খন্দুনা লৈরি হায়বসি, অদুগা অমনা সনা মতুম অসিনা লৈত-লাইর কোক্লনবা থারকপনি হায়বা খঙলে। নুমিৎ অদুদা মপা নিংথৌনা উনা অঙকপা ফান অপাইবী অমা তং-শারগা ফান অপাইবী অদু তোংল্দুনা মচানা লৈরিবা লৈবাক অদুগী কোনুং মথক্তা হন্না-হন্না লৈদুনা পাইরম্মী। মতৌ অদু উবদা লৈবাক অদুগী নিংথৌ অমদি মী পুন্নমক অঙকপা ফংনা য়েংনরে। ফান অপাইবী তোংলিবা নিংথৌনা মথক্তুগী লাউথরকখি, " হে লৈবাক অসিগী নিংথৌ তাও! নঙগা ঐগা খুৎ-হৈবা তান্নসি। ঙসিদগী নুমিৎ হুমনি শুবগী অয়ুক্তা ঐনা নঙগী থাঙ্গপাৎ অসিদা উনা শাবা ঙা অমা মথক্তুগী থাদরক্লগা ঈরোইদুনা শান্নহগনি, মদুগী ঙা অদু উনা শাবা শনম্বা অমনা ফাদুনা চাহল্লু। করিগুম্বা মদু ঙমদ্রবদি নঙগী লৈবাক অসি ঐনা খুদুম চল্লবনি। চহি খুদিংগী ঐঙোন্দা লোইপোৎ হাগদবনি।" অসুন্না লাউরল্লগা নিংথৌ অদু মরৈবাক্তা হনখি। হায়রল্লিবা ৱাফম অদু তারগা লৈবাক অদুগী নিংথৌ, পাত্রমন্ত্রী অমদি ফমনাইবা অঙম-অথৌ প্রজা মীয়াম পুন্নমক্লা হায়নরকই। " অদুক লুবা ৱাফম অদুবু কনানা পাঙথোকপা ঙমগনি " হায়না ৱানরে। নিংথৌনা মন্ত্রী অমদি সেনাপতিদা য়েংলগা হায়রকই; " ঙসি য়ুমথংনবা লৈবাক্কী নিংথৌনা শীংনরক্লিবা অসি মায়োক্লবা ঙম্নবা লৌশিং পুথোকপা তাই। খুদোং থিবা অসিদগী ঐখোয়গী লৈবাকসি কলহৌদবা তারবদি য়েক্লবনা খুদুম চনখ্রনি, অদুনা লৈবাকসি কলহৌনবা নখোয় অনীনা হোৎনগদবনি। করিগুম্বা ঙমদবা থোক্লবদি নখোয় অনী অঙাং ওনগনি। অদুগা নিংথৌ ঐসু হিংলুবগী করি কনাগনি থৱাই থাগনি। " লৈবাক অদুগী মন্ত্রী অমদি সেনাপতি, প্রজাশিং করি থোক্লগবা লৈবাক অসিবু হায়দুনা মহে-মহে মথৱাই ৱানরে। নিংথৌমচা অদুনা " ইকু নিংথৌ অমদি তিনবিরিবা ফমনাইবশিং করি অমতা ৱাবিরুনু, ইপা নিংথৌনা ঐবু ফানবা লাক্লরিবনি। মদুদি ঐগী ইথৌনি, ঐনা ময়ামগী থৱাই কঞ্জগনি।"

হায়রবদা ময়াম পুন্নমক ময়ুম-ময়ুমদা হন্নখি।

মপা নিংথৌনা হায়রম্বা নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা থাঙ্গপাৎ মপালদা লৈবাক প্রজা মীয়াম চোনা তিল্লে। ঙহাক লৈরগা মপা নিংথৌনা অঙকপা ফান অপাইবী তোংলদুনা থাঙ্গপাৎকী মথক্তা লৈনা-লৈনা পাইরগা উনা শাবা ঙা অমা ঈশিংদাথাদরক্লে। ঙা অদুনা ঈশিংদা চোংনা ফন্না ফ্রৎ-ফ্রৎ তৌদুনা শান্নরে। য়েংলিবা ময়াম অদু ঙকপদা খম থেংখ্রে। নিংথৌমচানা কৌবা খুম্বা উনা শাবা শনম্বা অমা ঈশিংদা লংথরক্লে। শনম্বনা ঈরোইদুনা চৎখ্রগা উনা শাবা ঙা অদু তাপ ফাখ্রে। তৌরিবা মতৌ অদুগী কুম্মৈ অদু উবদা য়েংলিবা মীয়াম পুন্নমক পুমপেন পেন্নখ্রে। অঙকপনি-অঙকপনি হায়দুনা ময়াম পুন্নমক্কা লাঙনরিঙৈদা ফান অপাইবী তোংদুনা পাইরিবা মপা নিংথৌনা নেমথরক্কুনা মচাবু ফাগে তৌবদা মচানা মপাবুংদা খুরম্মী। মপা-মচা অনী কোন্দুনা কপমিন্নৈ অদুগা মচাবু পুদুনা ফান অপাইবীদা তোংলগা পাইখি। কোনুং য়ৌরগা মপাবুং নিংথৌগা ৱারী-ৱাতাই শারবা মতুংদা মহারাণী অতোম্বী অদু মরু কোক্লগা শুনু য়াইঙং তৈরগা লৈবাক অদুগী ৱাংমদা তাম্হোকখি।

নিংথৌমচা অদু ফান অপাইবী তোংলগা মাগী নুপীগী মনাক্তা লাক্লগা নুপী অদু পুরগা অমুক হন্না মরৈবাক্তা লাকখি। মহৈ হৈবদি মহৈ হৈবনা খঙঙি। মহৈগী মপান্দগী মাঙখ্রবা মচাবু অমুক হন্না ফংজখি। মপা নিংথৌনা অহল ওইরবদা মচানিপাবু লৈবাক অদুগী নিংথৌ অমদি মমৌ নুপীনা মহারাণী হাপ্লগা নুংঙাইনা পানখি।❑

# ফক অপাইবী

থায়না মমাঙঙৈদা লৈবাক অমা লৈরম্মী। লৈবাকদুদা নিংথৌমচানি-পা অমগা মন্ত্রীমচানিপা অমগা সেনাপতিমচানিপা অমগা মখোয় অহুম অসি মতাউ শান্নৈ। মখোয় অহুম অসি কয়ামুক লূনা ত্নিবগে হায়বদা চৎলে চৎমিন্নৈ, চারে চামিন্নৈ, শান্নরে শান্নমিন্নৈ, নোংমতা উন্নহৌদ্রবদি লৈবা ঙমনদে, অসুম তৌনা ত্নিন্নরকপনা মখোয় পাখং ফারে।

নোংমদি মখোয় অহুম ৱা তান্নরে, ঐখোয় অহুম'সি পাখংদি ফারে, অদুবু বিদ্যা অমা-ফাউবা হৈত্রি অমদি তমদ্রি। অমনা হায়রকই, অদুদি পাবুং, ইমাদা হায়রগা ঐখোয় বিদ্যা তম্বা চৎলসি হায়দুনা খুদক অদুদা ময়ুম-ময়ুমদা চৎলগা মাগী-মাগী মমা-মপাদা হায়রে। মমা-মপানা হরাউ-হরাউনা য়ারে।

নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা মখোয় অহুম লম্বীদা চান-থক্লবা পোৎয়োম-য়োল্লগা মমা-মপা খুরম্লগা বিদ্যা তম্বা লাক্রে। অসুন্না-অসুম লাকপনা থুঙ্গং কয়া লান্দুনা লাক্রে। নুমিৎ মশিং খঙদনা লাকপনা, নোংমদি মখোয় অহুম অসি চৎপদা ৱানরে, মখোয়না লাকপদা লম্বী মপান্দা চাউখ্রবা পুখ্রি অমা থেংনরে, পুখ্রি অদু উবদা মখোয় অহুম অদু ঈশিং খৌরাংলে। অমনা '' ইতাউ পুখ্রি অসিগী ঈশিংসি ফজদ্রা ? ঈশিং থক্লগা ঙহাক্তং পোথাখিসি '' হায়রে। ফরে অদুদি হায়রদুনা মখোয় অহুম ঈশিং থক্লগা পোথারিঙৈদা মশক মতৌ ফজরবী নুপীমচা অমা সনাবুল নাকন্দা য়েপ্লগা ঈশিং শোকপা লাকপা মখোয় অহুম মক্লা চপ মান্ননা উরে, চপ মান্ননা পাম্লে, চপ মান্ননা মখোয় অহুমনা মতম অমত্তদা হায়রে; '' হে ইবেম্মা শকহেল্লবী নঙবু ঐনা পাম্মী।'' নুপীমচা অদু ইঙক ঙক্লা মখোয় অহুমদা য়েংদুনা লৈখি, অমদি মথম্মোইদা খল্লকই। মখোয় অহুম অসি চপ মান্ননা ঐবু পাম্মী হায়। অদুগা চুং-ফিরান্না চুল্লিবা মশক মতৌনা ফজরিবা অচম্বা মচা মশুদি মানদে, থন্দুনা নুপীমচানা হংলকই; '' তাদা অহুমনা ঐবু

পাম্মী হায়বিবা ঐগীদি লাইবক ফবনি। তাদা অহুমবু কনা-কনানো ? ঐনা খঙজবা য়ারোইদ্রা, অদুগা করিগীদমক কদাইদা চৎকে লাকপনো ?'' নুপীমচা অদুগী ৱাহং অদুদা, নিংথৌমচানিপানা ' লৈবাক অমগী ঐ নিংথৌমচানি, মন্ত্রী মচানিপানা ঐ মন্ত্রীমচানি, সেনাপতিমচানিপানা ঐ সেনাপতিমচানি ঐখোয় অহুম য়াম্না লূনা তিন্নবা নোংমতা থাদোক্লদবা মরূপনি, বিদ্যা তম্বা লাকপনি।' নুপীমচা অদুনা হায়রকই; '' তাদা অহুমনা বিদ্যা তম্বা লাকপনিনা বিদ্যা তম্বদগী হল্লক্লগা ঐনা তাদা অহুমগী মরক্তগী ঐগী ইপুরোইবা ওইবা য়াবা অমা খঙ্গগে, ঙসিদি ৱারৌবা য়াদে।'' হায়রল্লগা নুপীমচা অদু ঈশিং শোক্লগা ময়ুমদা চংখি। মখোয় অহুমসু মফম অদু থাদোক্লগা প্রপ-প্রপ লাক্রে। খরা চৎলগা লমলোং অহুম লোংবা লম্বী অমা থেংনরে। মখোয় অহুম ৱা তান্নরে '' ঐখোয় অহুম অসি পুন্না মফম অমদা বিদ্যা তম্বা চৎলবদি বিদ্যা অমদগী হেনবা অতোপ্পা অমা হৈররোই, অদুনা লমলোং অহুম লোংবা মফম অসিদগী কায়নরসি, কায়নদ্রিঙৈদা মানা-মানা চৎকদবা লম্বীগী মপান্দা তুলশি পাম্বী অমমম থারমসি। থা তরুক লৈরগা পূর্ণিমা নুমিত্তা মফম অসিদা ঐখোয় অহুম অমুক উন্নসি। করিগুম্বা কনাগুম্বা অমা লাকত্রবা অদু ওইরবদি তুলশি পাম্বীদা খঙনসি। করিগুম্বা তুলশি পাম্বীনা কংলম্লবা অৱাবা তারে, অমদি তুলশি পাম্বীনা শিরম্বা তারবদি, শিরে হায়না খঙসি।'' লেপ্পরে। অসুম্না হায়নরবা মতুংদা তুলশি পাম্বী থিনদুনা মানা-মানা চৎকদবা লম্বী অদুদা থানরে। অদুদগী মখোয় অহুম নোংমতা থাদোক্লদবা ঙসিদি কায়নবা তারে হায়দুনা কোনরগা কপমিন্নরে, অদুদগী কায়নদুনা লাক্লরে।

নিংথৌমচা অদুনা চৎলিবা লম্বীদুদা অহল অমা থেংনরে। গুরু খনগে হায়রবদা অহল অদুনা হরাউ-হরাউ য়াবিদুনা বিদ্যা তমখ্রে। মন্ত্রীমচা অদুসু মানা চৎলিবা লম্বীদুদা হনুবী অমা ফংনরে। গুরু খনগে হায়রবদা হনুবী অদুনা হরাউনা য়াবিদুনা বিদ্যা তমখ্রে। অদুগা সেনাপতিমচা অদুদি মানা চৎলিবা লম্বী অদুদা লেপ্তনা অসুম চৎ-অসুম চৎ চৎপ-মখৈ চৎলগা মমৈথংদা লৈবাক অমা থেংনরে। লৈবাক অদু হিংচাবা, হিংচাবীগী লৈবাক ওইরম্লে। অয়ুক নুংথিন্না মী ওইবা নুমিদাং ওইরগা হিংচাবা,হিংচাবী ওইবা। লৈবাক অদুদা অঙকপনি তাইবং মী হনুবী অমগা মশুনুপী লৈশাবী অমগা লৈবা য়ুম অমদা খরা লৈজখিগে হায়দুনা লৈরে। লৈশাবী অদুনা হেক উবদা সেনাপতিমচা অদু পাম্লম্মী। অদুনা য়াম্না লূনা তৌদুনা কনা খঙহন্দনা থম্লে। অদুগা লৈশাবী অদু হিংচাবা,হিংচাবীগী লৈবাক্তা লৈরবনিনা পাইবা ঙম্বগী বিদ্যা হৈবনা সেনাপতিমচা অদুদা বিদ্যা তম্বীরে। অদুগা ফক অপাইবী অমসু পীরে, ফক অদু খুঙ্গং অমা

হাপ্লগা পাইবা ঙম্বা ফক অপাইবীনি।

থা মরি, মঙা লৈরবা মতুংদা হিংচাবা পাখং থরনা খঙলক্লুনা সেনাপতিমচা অদু চাথোকখ্রে। অদুগা শরু অদু লৈবাক্তা ফুল্লে।

নিংথৌমচা, মন্ত্রীমচা হায়নখিবা মতুং-ইন্না পূর্ণিমা নুমিত্তা লমলোং অহুম লোংবা অদুদা থুংলরে। অদুবু সেনাপতিমচাদি লাকত্রে। মহাক্লা থারম্বা তুলশি পাম্বী অদুসু শিরল্লে। মদু উবদা সেনাপতিমচা শিরে হায়না খঙখি।

নিংথৌমচানা মন্ত্রীমচাদা " ইতাউ নহাক্কী করি বিদ্যা হৈরকই।" মন্ত্রী মচানা " ইতাউ ঐদি মালেম অসিদা থোকইবা থৌদোক-ৱাথোক পুন্নমক ঐনা মিৎ উইশিল্লগা লোইনা উবা ঙম্মী।" মন্ত্রীমচানা নিংথৌমচাদা অমুক " ইতাউ নহাক্কী করি বিদ্যা হৈরকই।" নিংথৌমচানা " ইতাউ ঐদি অশিবা জীবগী শরু অদুবু ফঙলবদি অমুক হন্না থৱাই হাপ্লগা হিংগৎহনবা ঙম্মী।"

মন্ত্রীমচানা মতাউ সেনাপতিমচা অদু করি করম তৌরিবগে হায়বদু য়েংবদা মাগী শরু অদু লৈবাক মনুংদা ফুমদুনা লৈরিবদু উরে। নিংথৌমচানা হায়রে, অদুদি ঐখোয় অনী চৎলসি হায়দুনা মফম অদুদা লাক্লুনা লৈবাক্তু হন্দোক্লগা শরু অদুদা মন্ত্র শোল্লগা হিংগৎহল্লে। মখোয় অহুম কোন্দুনা কপমীন্নরে, 'অদুগা সেনাপতিমচানা হায়রে; " ইতাউ মফম'সিদা কুইনা লৈবা য়াদে, মরমদি হিংচাবা, হিংচাবীগী লৈবাকনি।" মখোয় অহুম খুদক অদুদা মফম অদুদগী প্রপ-প্রপ লাকই। চৎন-চৎনা মন্ত্রীমচানা " ইতাউ সেনাপতিমচা নঙদি করি অমতা হৈরকত্রবা ?" সেনাপতিমচানা হায়রকই; " ঐদি লাইবক ফবদগী পাইবা ঙম্বগী বিদ্যা হৈরকই, অদুগা ঐগী থুক্তা ফক অমসু য়াউরি, ফক অসি অচম্বা ফক নত্তে, ফক অপাইবীনি।" মখোয় অহুম বিদ্যা অমমম হৈনরবা অদুদাদি হরাউরে,নুংঙাইরে। নিংথৌমচানিপানা হায়রকই; " ইতাউ মন্ত্রীমচা ঐখোয় অহুমনা লম্বীদা উন্নরকপা নুপীমচা অদু করি করম তৌরি য়েংঙু " হায়রবদা মন্ত্র ীমচানা মমিৎ উয়শিন্দুনা য়েংবদা নুপীমচা অদু শুমাংদা শিদুনা ফি অঙৌবা অমনা কুপ্লগা লৈবদু উরে। মন্ত্রীমচানা " ইতাউ মাংলেদনা নুপীমচা অদু শিরে, মৈ থাগদবা ঙহাক্তা ঙায়খ্রে।" নিংথৌমচানা " মৈ থাখ্রবদি কনবা ঙল্লরোই, অদুনা ইতাউ সেনাপতিমচা থিনথবা তৌদনা পাইরসি ইতাউগী ফক অপাইবী অদুদা।" সেনাপতিমচাসু থিনথবা তৌদনা ফক অপাইবী অদু সৎ তিংথোকলগা মখোয় অহুম পাইরক্লে। শিরিবী নুপীমচা অদুগী শুমাং ময়াইদা থুংলরে। মমা-মপা অমদি তিল্লিবা অহল-লমন মীয়ামশিংদা শিরিবী নুপীমচা অদু হিংহনগে হায়রগা নিংথৌমচা অদুনা নুপীমচা অদু হিংহল্লে। মমা-মপা

অমদি তিল্লিবা অহল-লমন মীয়াম পুন্নমক্লা হরাউরে। নুপীমচা অদু শিরুবদগী হিংগৎলক্লগা হৌগৎলপদা উরে, বিদ্যা তমগনি চৎখিবা মখোয় অহুমদু। তিল্লিবা মীয়াম অদুগী মরক্তগী অহল অমনা " ইবেম্মা নঙবু মখোয় অহুম আসিনা হিংহনবনি, অদুনা ইবেম্মা নঙ খুরুম্মু " হায়রবদা নুপীমচা অদুনা মখোয় অহুমদা খুরুম্লগা হায়রকই; " তাদা অহুমবু বিদ্যা তম্বা চৎলুববু করি-করি বিদ্যা তম্লক্লগে ?" হংলকপা ৱাহং অদুগী পাউখুমদা নিংথৌমচানা " মালেম'সিদা লৈরিবা জিবা খুদিংমক শরুবু ফংলবদি হিংহনবা ঙম্মী, অদুনা ঐনা নঙবু হিংহল্লিব'সিনি।" মন্ত্রীমচানা হায়রকই; " মালেম'সিদা থোক্লিবা-থৌদোক ৱাথোক খুদিংমক ঐনা মিৎ উয়শিল্লগা য়েংবদা লোইনা উবা ঙম্মী, অদুনা নঙ শিরে হায়বদু ঐনা উবদগী নঙ হিংবনি।" সেনাপতিমচানা হায়রকই " ঐদি মালেম'সি খুদক অসিদা থুংনবা পাইবা ঙম্মী, অদুগা ঐগী ফক অপাইবী অমা লৈ, ফক অদুগী মথক্তা তোংলগা ঐখোয় অহুম পাইরকপনি, অদুনা নঙ হিংলকপনি।"

তিল্লিবা মীয়াম্না মখোয় অহুমগী ৱা তারগা মমা-মপাদা হায়রকই; " মখোয় অহুমগী মরক্তা নিপা অমদা নচানুপী অসি পীখরো " হায়রে।

( হৌজিক ৱাহং অমা লাক্লে, অদুদি মখোয় অহুমগী মরক্তগী কনানা নুপীমচা অসি লৌরগনি। মরমদি মখোয় অহুম অচম্বা নত্তে, অমা য়াউদবদা নুপীমচা অসি হিংলোই দৌরি। অদুবু অমনদি লৌবা তারি। অনী অমনা করিগীদমক লৌরোইদৌরিবনো ? )

নুপীমচা অদুনা মখোয় অহুম অসিদগী কবম্বদা ঐগী ইপুরোইবা ওইসিগে থনখি। মখোয় অহুমসু কনানা লৌগদগে থন্নখি।

নুপীমচা অদুনা " নিংথৌমচা অসিনা ঐবু হিংহনবিরবনিনা, মানা ঐবু মপোক অমা পোকপিরে, অদুনা ঐগী ইপা শক্লে। মন্ত্রীমচা অসিনা ঐ শিরে হায়বা উবিবনিনা,ঐগী অফ-ফত্তা কুপ্পা খঙবিবা মমা অমা ওইবগী থৌদাং লৌবিরে, অদুনা ঐগী ইমা শক্লে। মখোয় অনী অসি ঐগী ইপুরোইবা ওইবা য়াদ্রে। অদুগা সেনাপতিমচা অসিদি য়াম্না ৱানা মখোয় অনীবু পুদুনা লাকপনিনা ,মপুরোইবা অমনা মাগী নুপী অঙাং নারবদা অমাইবা-অমাইবী কৌবগী থৌদাং লৌবিরবনিনা, ঐগী ইপুরোইবদি মহাক ওইনা থল্লগে " হায়না লেপখি।

অসোমদসু মখোয় অহুমনা থন্নখি। নিংথৌমচানা হায়রকই; " ঐদি নুপীমচা অসি লৌবা য়াদ্রে, ঐনা মাবু মপোক অমা পোকপিরবনিনা, ঐগী ইচা ওইরে। মন্ত্রীমচানসু হায়রকই; ঐনাসু মাবু লৌবা য়াদ্রে, মরমদি ঐনা মমা অমা ওইবগী মচাগী অফ-ফত্তা য়েংশিনবা হায়বদু থোক্লে। ইতাউ সেনাপতিমচা

অসিদি ঐখোয় অনীনসু শিরুবদগী মপোক অমা পোকপিদুনা হিংহন্দুনা পুরক্লবা ইতাউনি, মঙোন্দা নুপীম্চা অসি পীরসি " হায়না লেপ্পখি।

খুদক অদুদা লৈবাক মমাঙদা চাউনা সেনাপতিমচাগা নুপীমচাগা লুহোংলগা মরৈবাক্তা পুদুনা লাক্লে।❑

# ঙানু অপাইবী

থায়না মমাঙঙৈদা লৈবাক অমদা মতিক-মগুন লৈরবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মাগী মচানিপা অহুম খক পোকই। নোংমদি মহারাণী অদুনা নিংথৌদা হায়রম্মী, " মহারাজ ঈশ্বরনা পীবিদুনা ইচানিপা অহুমদি ফঙলে, অদুবু ইচানুপী অমতং পোক্লবদি ওহ্নোক্লা নুংঙাইগদবা অদুনা ইচানুপী পোক্লবা ঈশ্বরদা থৌনিসি " হায়দুনা হায়রবদা নিংথৌনা মহারাণীগী মনীং থুংনবা, মুনি-ঋষি, ব্রাহ্মণ, কয়ানা যাগযজ্ঞ পূজানচিংবা তৌরগা লৈবাক অদুগী মীয়াম পুন্নমক চাক পীজরগা দান দক্ষিনা কয়া তৌদুনা, ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজরে।

চহী অনী, অহুম লৈর-ফাউবদা মচানুপী পোকখিদ্রে। য়াম্না নীংঙমদনা নিংথৌ মতৈ-মনাউদু লৈরে। মখোয় অনী করম তৌসিগে হায়দুনা তান্নবদা মহারাণীনা য়াম্না ব্রাখল তৌরগা হায়রকই; " মহারাজ হৌজিক্কী ঈশ্বরনসু ইচানুপী অদু পীবিদ্রবনিনা, অসুন্না তৌরসিরা লৈবাক'সিদা লৈরিবী নুপীমচাশিংগী মরক্তগী অমা হেক্তা ইচা শক্লা য়োক্লসি, হয়েং চাউরগা ইমৌ ওইসি। মরমদি অঙাং হায়বসি লৈবাক-কুম্বনি পেৎলিঙৈদা মেত্তুনা শেমহৌসি, হৌজিক্তগী ব্যবহার নীতি থৌগনলোন পুন্নমক অদু তাকপি তম্বীদুনা হৈনবা শিংনবা য়োক্লসি " হায়না হায়রবদা নিংথৌ অদু মহারাণীগী ব্রাফম অদুদা য়ানীংলে।

নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা মানা লৈরিবা লৈবাক অদুগী য়ুমথোঙ খুদিংদা নুপীমচা মশক মতৌ ফজবী য়েং-য়েংদুনা লাকপদা নিংথৌ অমদি মহারাণী অনীগী অপাম্বা অমা ফাউবা ফঙদ্রে। অদুবু য়েংবা চৎপদি লেপত্রি, অসুন্না অসুম য়েংদুনা লাকপদা থুঙ্গং অমদা য়াম্না লাইরবা মতৈ-মনাউ মচানুপী মরিখক পোকই। নিংথৌ অমদি মহারাণী অনীনা মমৌ ওইনবা নুপীমচা থিবা লাকই হায়বা ব্রাফম অদু মখোয়সু তারদুনা ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজরম্মী। ঈশ্বরগী থৌজালদগী নিংথৌ অমদি মহারাণী অনীদু য়াম্না লাইরবা মতৈ-মনাউগী ময়ুমদা চঙলক্লবদা লৈজবা খরানা সেবা তৌরে, অদুদগী মচানুপী অহল অদু

মফি-মরোল লৈজবা অদুনা ফজনা লৈতেংদুনা পুথোক্লে, অদুগা খুরম্লে। মহারাণীনা মসিদি চাউমনখ্রে পামদ্রে, হায়না হায়রবদা মথং অনীশুবী নুপীমচা অদু ফিজেৎ লৈতেংদুনা পুথোক্লে. মদুসু নিংথৌনা পামদ্রে হায়রে. অহুমশুবী অদুসু পুথোক্লে মদুসু পামদ্রে হায়রবদা লাইরবা মতৈ-মনাউ অদু নীংবা কাইরবসু কাইনা অরোইবা ওইনা পিক্লিবী নুপীমচা মরিশুবী অদু ফিজেৎ লৈতেংদনা ইচম-চম্না পুথোক্লগা নিংথৌ অমদি মহারাণীদা খুরম্লে। মরিশুবী নুপীমচা অদু উবদা নিংথৌ অমদি মহারাণীনা ইঙক-ঙক্লা য়েংদুনা লৈখি। মহাক্কী মশক মতৌ ফজবী চিংলেম্বা ইংতম্পগী মওং অদুদা নুংশিবা অমা পোক্লক্লুনা মহারাণীনা মসি ওইনা পাম্লে পুখ্রগে হায়না হায়রবদা লাইরবা মতৈ-মনাউ অদু ইঙক ঙকখি, অদুগা হংগৎচরকই; " ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাইনা ঙকপা অমা লৈরে, পিক্লিনী অঙাং অসিবু ইমৌ ওইনি হায়দুনা পুবিগদৌরিবা অসিবু " লাইরবা মপা অদুগী ৱা অদু তাবদা নিংথৌনা " চিংনরিবা ৱাফম চুম্মী, অঙাং ওইরিঙৈদগী নিংথৌ-কোন্দা য়োক্লবদি নিংথৌ কোনুংগী হৌনা লোনচৎ খঙনবনি " হায়দুনা অকুম্পা ৱারী পুন্নমক লিদুনা তাহনখি। অদুদগী পিক্লিবী নুপীমচাদু নিংথৌ-কোনুংদা পুদুনা লাকখি।

নিংথৌগী মচানিপা অহুম অদুগা নুপীমচাগা লুনা চান্না তিন্নদুনা লৈমিন্নরে। অসুন্না তৌনা তিন্নরকপনা মখোয় মরি অসি মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না পাখং লৈশাবী হায়বদু ওইক্লবদা অপাম নুংশি খঙলক্লে। নিংথৌগী মচানিপা অহুমদুনা পাম্লে. নিপামচা অহুমনা মমা ইবেম্মা মহারাণীদা নুপীমচা অসি পাম্লে. লৃহোংলগে হায়রবদা মহারাণীনা নিংথৌদা মচাশিংগী ৱাফমদু হায়রে। নিংথৌনা ঙহাক ৱাখল তৌরগা মচাশিংদা হায়রম্মী। " নখোয় অহুম বিদ্যা তম্বা চৎলু. বিদ্যা তম্লকপা অহেনবা অদুদা নুপীমচা অসি পীগনি।" মপাবুং নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না মখোয় অহুম বিদ্যা তম্বা চৎলসি হায়না খন্নরে।

নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা মখোয় অহুম লম্বীদা চান-থক্লবা পোৎয়োম-য়োম্লগা মপাবুং-মমাসিজদা খুরম্লে. নিংথৌ অমদি মহারাণীনা মচাশিংগী মঙ্গোল ওইনবা বর পীরগা মখুত্তা শেল খরা-খরা হাপ্লে, অদুদগীদি মখোয় অদু বিদ্যা তম্বা লাক্লে। অসুন্না-অসুম লাকপনা খুঙ্গং কয়া লান্দুনা লাক্লে। নুমিৎ মশিং খঙদনা লাকপনা, নোংমদি মখোয় অহুম অসি লমলোং অহুম লোংবা লম্বী অমা থেংনরে। মখোয় অহুম ৱা তান্নরে, " ঐখোয় অহুম অসি পুন্না মফম অমদা বিদ্যা তম্বা চৎলবদি অমদগী হেনবা অতোপ্পা অমা হৈরোই অদুনা লমলোং অহুম লোংবা মফম অসিদগী কায়নসি অদুগা থা অমা

লৈরগা পূর্ণিমা নুমিত্তা মফম অসিদা ঐখোয় অহুম অমুক উন্নসি " হায়না হায়নরে। মখোয় অহুম নোংমতা থাদোক্লদবা ঙসিদি কায়নবা তারে, হায়দুনা কোনদুনা কপমিন্নরে, অদুদগী কায়নদুনা লাক্লরে।

নিংথৌমচা অহল অদুনা চৎলিবা লম্বীদুদা কৈথেল অমা থেংনরে, কৈথেল অদুগী চিদাইদা মীয়াম্না ইকোই-কোইনা তিনবা মফম অদুদা মহাক্না চঙশিলদুনা য়েংবদা অহল ওইরবা নিপা অমনা পুখম অমদা ঈশিং পিক-থন্না হাপ্লগা মানা-মানা উনীংবা মীগী থৌদোক-ৱাথোক পুন্নমক উবা ফঙবা পুখম অদু য়োল্লম্বা থেংনরে। নিংথৌমচা অহল অদুনা লৈজরগে হায়দুনা লৈরগা পুদুনা লাক্লে।

অনীশুবা নিংথৌমচা অদুসু মানা চৎলিবা লম্বীদুগী চিদাইদা মীয়াম্না ইকোই- কোইনা তিনবা মফম অদুদা মহাক্না চঙশিলদুনা য়েংবদা অহল ওইরবা নিপা অমনা ঙানু অমা য়োনবা থেংনরে। নিংথৌমচা অদুনা অহল অদুদা হংলে, " অহলনা য়োল্লিবা ঙানু অসি করি কান্নগনি।" অহল অদুনা খুল্লকই, " নিপামচা ঐগী ঙানু অসি অচম্বা ঙানু নত্তে, ঙানু অপাইবী হায়বা অদুনি, ইবুংঙোনা য়ৌনীংবা মফমদা পাইদুনা য়ৌবা ঙম্বা ঙানুনি।" অহল অদুগী ৱাফমদু তাবদা নিংথৌমচা অদুনা অহল অদুগী " ঙানু অপাইবী " অদু লৈজরগে হায়দুনা লৈরগা পুদুনা লাক্লে।

অহুমশুবা নিংথৌমচা অদুসু মানা চৎলিবা লম্বীদুগী চিদাইদা মীয়াম্না ইকোই- কোইনা তিনবা মফম অদুদা মহাক্না চঙশিলদুনা য়েংবদা অহল ওইরবা নিপা অমনা হৈ অহুম খক য়োনবা থেংনরে। নিংথৌমচা অদুনা অহল অদুদা হংলে, " অহলনা য়োল্লিবা হৈ অসি করি কান্নগনি ?" অহল অদুনা খুল্লকই, " নিপামচা ঐগী হৈ অসি অচম্বা হৈ নত্তে, কনাগুম্বা-কনাগুম্বী শিদৌঙে নারবা মাইবা মাইবীনা অনাবদু খুৎ থারবা মী অদুদা পীজবদা অনাবদু শোয়দনা ফরনি, শিররোই।" হায়না হায়রবদা নিংথৌমচা অদুনা অহল অদুগী " হৈ " অদু লৈজরগে হায়দুনা লৈরগা পুদুনা লাক্লে। মখোয় অহুমনা হায়নখিবা নুমিৎ অদুদা লমলোং অহুমদা থুংলে। মখোয় অহুম উন্নরে, নিংথৌমচা অহল অদুনা মনাউ অনীদা হংলে, " ইনাউশা নখোয়দি করি-করি হৈরক্লে। ইয়াম্বগীদি অহল অমনা পুখম অমা য়োল্লম্বদগী লৈরক্লে। পুখম অদু অচম্বা পুখম নত্তে, ঈশিং পিক-থন্না হাপ্লগা মানা-মানা উনীংবা মীগী থৌদোক-ৱাথোক পুন্নমক উবা ফঙবা পুখমনি।" মনাউ অনীশুবা অদুনা হায়রকই; " য়াম্বুং ঐগীসু ঙানু অসি লৈরকই, ঙানু অসি অচম্বা ঙানু নত্তে, ঙানু অপাইবীনি য়ৌনীংবা মফমদা য়ৌবা ঙম্বা ঙানুনি।" মনাউ অতোপ্পা অদুনসু হায়রকই; " য়াম্বুং ঐনা হৈ অহুম খক

লৈরকই, হে অসি অচম্বা হে নত্তে, কনাগুম্বা-কনাগুম্বী শিদৌঙে নারবা মাইবা-মাইবীনা অনাবদু খুৎ থারবা মী অদুদা পীজবদা অনাবদু শোয়দনা ফরনি, শিররোই।'' হায়না মনাউ অতোম্বা অদুনা হায়রবদা নিংথৌমচা অহলনা মাগী পুথম অদুদা ঈশিং পিক থন্না হাপ্লগা য়েংবদা মপাবুং নিংথৌ অমদি মমা মহারাণী অমসুং নুপীমচা অদু নাদুনা ফমদা তাদুনা মাইবা-মাইবীনা অনাবদু খুৎ থারগা শিবগী মতম ঙাইদুনা লৈবা অদু উবদা নিংথৌমচা অহলনা মনাউশিংদা ''মাংলেদনা অসিদি ইমা,পাবুং, নুপীমচা নারে '' হায়দুনা হায়রবদা খুদক অদুদা মখোয় অহুম ঙানু অপাইবী অদুদা তোংলগা পাইদুনা ময়ুম শঙ্গাইদা থুংলে, অদুগা মনাউ নিপা অতোম্বা অদুনা মানা পুরকপা হে অহুম অদু অমমম পীজরবদা মপাবুং নিংথৌ অমদি মমা মহারাণী অমসুং নুপীমচা অদু নাদুনা ফমদা তাদুনা লৈবদু নাবা ফরে। মপাবুং নিংথৌনা মচা অহুমদা '' নখোয়দি করি-করি হৈরক্লে '' মচানিপা অহল অদুনা '' পাবুং অহল অমনা পুখম অমা য়োল্লম্বদগী লৈরক্লে। পুখম অদু অচম্বা পুখম নত্তে, ঈশিং পিক-থন্না হাপ্লগা মানা-মানা উনীংবা মীগী থৌদোক-ৱাথোক পুন্নমক উবা ফঙবা পুখমনি।'' পুখম অদুগী মপান্না পাবুং অমদি ইমাশিজা অমসুং নুপীমচা নারে, খঙবদগী খুদক অসিদা লাক্লিবা অসিনি। পুখম অদু অসিদা লৈরে হায়দুনা পাবুংদা পীরে।'' অনীশুবা মচা অদুনা হায়রকই; '' পাবুং ঐগীসু ঙানু অমা লৈরকই, ঙানু অদু অচম্বা ঙানু নত্তে, ঙানু অপাইবীনি য়ৌনীংবা মফমদা য়ৌবা ঙম্বা ঙানুনি।'' য়াম্বুংগী পুখমদগী পাবুং অমদি ইমাশিজা অমসুং নুপীমচা নারে, খঙবদগী খুদক অদুদা ঙানু অপাইবীদা তোংদুনা পাইরগা লাক্লিবা অসিনি। ঙানু অপাইবী অদু অসিদা লৈরে হায়দুনা পাবুংদা পীরে।'' মচা অতোম্বা অদুনা হায়রকই; '' পাবুং ঐনা হে অহুম খক লৈরকই, হে অদু অচম্বা হে নত্তে, কনাগুম্বা-কনাগুম্বী শিদৌঙে নারবা মাইবা-মাইবীনা অনাবদু খুৎ থারবা মী অদুদা পীজবদা অনাবদু শোয়দনা ফগনি, শিররোই। হায়বদগী নচানা লৈরকপনি, হে অদু চাবদগী পাবুং অমদি ইমাশিজা অমসুং নুপীমচা নাবা ফরক্লিবা অসিনি, নচাগীদি করিসু খুদম উৎনীংঙাই লৈজদে।'' মপাবুং নিংথৌনা ইচা অহুমগী মপান্দগী ঐখোয় অহুম নাবা ফরে, হায়দুনা মচা অহুমবু কোনখি।

( হৌজিক ৱাহং অমা লাক্লে, অদুদি মখোয় অহুমগী মরক্তগী কনানা নুপীমচা অসি লৌরগনি )

মচা অহুম অসিগী মরক্তগী কনাদা নুপীমচা অসি পীসিগে হায়না পাবুংনা ৱাখল তৌবমখৈ তৌরগা হায়রকই; '' মমা মহারাণী নঙসু তাউ, ইচা অহল

অসিসু মাগী থৌদাংসু চাউরি অদুবু মানা ঐখোয়বু নারে হায়না উরবসু অনাবা ফহনবা ঙমদে। অনীশুবা ইচা অসিসু মানা ঙানু অপাইবীদা থুনা য়াংনা পুদুনা লাক্লবসু অনাবা ফহনবা ঙমদে। ইচানিপা অতোম্বা অসিদি মানা পুরকপা মমল য়াম্লবা হৈ অহুম অদুনা ঐখোয়বু অনাবদগী ফহল্লবনিনা মঙোন্দা নুপীমচা অনি পীরগে। অদুনা নখোয় অনী ৱারৌগনু হায়দুনা থেমখি।

মতম খরা লৈরগা নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা মচানিপা অনীদুনী মমৌ-নুপী মশক মতৌ ফজবী থিরগা মচানিপা অহুম অদু পুন্না নোংমতনা লৈবাক মমাঙদা অঙকপা ফংনা চাউনা লূহোংলে। মচা অহুমগী মমৌ অহুমনা মতিকচাবা সেবা তৌদুনা নুংঙাই য়াইফনা পানখি। ❑

# কবোক্কী নোং

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমদা মপুরোইবা নৌনা লৈখিদ্রবী য়াম্না হৈ শিংলবী লুখ্রাবী অমা লৈরম্মী। মরাইবক থিরবী লুখ্রাবী অদু কৈথেন্দা কবোক য়োনজরগা জীবিকা ওইদুনা মচানিপা পঙখ্রবা অমগা মথোয় অনী লৈরম্মী। হায়রিবা মচানিপা অসিনা পঙবসি, অমুক মাগা চাংদম-নীংঙাই লৈতব-মখৈ পঙঙি। মমানা হৈ শিংনবা হায়দুনা তাকপসি, করিদা অমুক হায়গনি, খোঙথাং খুদিংগী তাকপনি, অদুবু তাকপগা কাউবগা, কাউবনা হাল্লি, নুংদা ঈশিং চাইবগুম্বনি। মমা লুখ্রাবীনা মচা অপঙগী খনবদা মতম পুম্বদা তুম্বা-চাবা মফম খঙখিদে, অৱাবগী পোৎলুম অমা ওইখি।

নোংমদি অপঙ অসিনা মমাদা তাক্লমদনা অসুম চৎখিবনা নুমিদাং ফনা থেংলবা ফাউবদা ময়ুমদা হজিনগে খন্দনা পংচৎতা চৎলম্মী। অহিং ওইদুনা থেংলবনি হায়বা অপঙদু খঙদে। লম্বীদা হুরানবা কাংবু থেংনদুনা মহাকপু ফারগা নিংথৌ কোনুংদা হুরানবা চৎলুসি হায়দুনা পুরে। অহিং নোংয়াই য়ৌরক্লুনা মীপুম খুদিংমক নুংঙাইনা তুমথখ্রবা মতম অদুদা নিংথৌ কোনুংদা হুরানবশিংদুনা শগুন তৌখ্রে, মী অমা চংবা য়ারবা অদুদা অপঙদা পোৎ হোন্দোরকউ হায়দুনা কোনুং মনুংদা থাজিনখ্রে। অপঙনা অকি-অখঙ লৈতনা নিংথৌ কোনুং মনুংদগী সনা-লুপা, মণি-মুক্তা কয়া পুথোরক্লুনা হুরানবা কাংবুদা শিন্নরম্মী। হুরানবশিংনা হৌজিক্তি য়ারে, নিংথৌগী মনাইশিং তাখ্রগনি খন্দুনা সনা-লুপা, মণি-মুক্তা ময়ামশিং অদু বোরা অচৌবা অমদা হাপচিল্লগা মফম অদুদগী য়াংনা চৎনবগী ইঙ্গিৎ তৌনরকই। মতম অদুদা অপঙনা নিংথৌগী ফুরিৎ অদু ফঙনদুনা লিৎশিল্লে অদুগা হুরানবশিংগী মমাঙদা লেপ্লরে। হুরানবশিংনা অপঙদা নিংথৌগী ফুরিৎ অদু লৌথোকউ হায়দুনা লৌথোক্লগা মফম অদুদগী থুনা য়াংনা চৎলসি হায়দুনা লাক্রে। কোনুংদগী ফনা লাপ্না

চৎলগা মখোয় সনা-লুপা, মণি-মুক্তাশিং অদু বোরাদগী লৌথোক্লগা চপ মান্ননা য়েন্নরম্মী, অদুবু অপঙগী শরুক্তি নিংথৌগী ফুরিৎ অদু মাগীনি হায়দুনা পীবিরে। অদুদা অপঙদু অদুমক য়াই, মহাক্না খল্লি মমল য়াল্লবা ফুরিৎ অদু ফঙলে খন্দুনা হায়নীংঙাই লৈতনা হরাউরম্মী। অপঙনা মমা উরবদি ওম্বোক্না হরাউনি হায়দুনা ময়ুম য়ৌনবা প্রপ-প্রপ লাকই। অসোমদনা মমা লুখ্রাবী অদুনা অহিং চুপ্পা মচা হল্লক্তবগী কপ্পুনা লেল্লে। নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরকপা অদুদা লুখ্রাবীনা মচা লাকপরা য়েংগে হায়দুনা থোরকপদা মচা অপঙনা নিংথৌগী ফুরিৎ লিৎতুনা চংলকপা উবদা কোক্তগী তোন-ফাউবা মশাদু শ্বাই লাউখ্রে। অপঙবু মমানা মখুৎ পায়দুনা ইমুংদা চিংদুনা পুশিনখ্রগা নঙনা লিৎলক্লিবা ফুরিৎ অসি কদাইদগীনো ? করম্না ফঙলক্তুনা পুরকপনো ? মরম পুম্বা হংখি। মচা অপঙনা হুরানবশিংগা লম্বীদা থেংনবদগী মাবু পুদুনা নিংথৌ কোনুংদা হুরানবা চংলুবগী ৱারীশিং অদু মমাদা মথং শিৎনা লিরকই, অদুগা ইমা সনা-লুপাশিং অদুদি মখোয়না লৌহৌরে। নীংথিরবা নিংথৌগী ফুরিৎ অসি ঐগী শরুকনি হায়দুনা পীরকপনি হায়না তল্লবদা মমানা ফুরিৎ অদু লৌথোকউ, হায়দুনা লৌথোকহল্লগা মমানা লৌশিল্লে। মচা অপঙ অদু অহিং চুপ্পা তুল্লক্তবনা তুমনীংদুনা তুমখ্রে। মচানা তুল্লিঙৈ, ফুরিৎ অদুগা কোন্ননা য়াউরিবা সনা অমদি মুক্তাগী লিকপরেংশিং অদু লৌথোক্লগা মফম অমদা কনাসু খঙদনবা চেৎনা লোৎশিনখি, অদুগা ফুরিৎ অদুনা অপঙনা তুল্লিঙৈদা খঙহন্দনা মৈ থাদোকখি। লুখ্রাবী অদুনা ৱাখল তৌরকই, নিংথৌ মনাইশিংনা ফুরিৎ অদু থিবা লাকপদা মচা অপঙগা থেঙনরবদি শোয়দনা হায়দোকখিগনি, অদুদি করি তৌশিগে হায়দুনা ঙহাক খনবদা পাইরক্কী লৌশিং অমা লাক্তুনা কৈথেন্দা পোৎফম ফমদুনা য়োনগদবা কবোক লুথোং অদু সুমাঙদা পুথোক্লগা কবোকশিংদু লোইনা চাইথোক্লে। অদুদগীদি মমানা মচা অপঙদা কবোক্কী নোংচুরে চাহৌরো হায়না হৌদোক্লে। মমানা কৌরিবদু তাদুনা অপঙনা হৌগৎলগা য়েংবদা সুমাঙদা তারিবা কবোকশিং অদু থুন্দুনা মবুক থন্না চারম্মী। অপঙনা " ঐনা তুল্লিঙৈদা অওইবমক কবোক্কী নোং চুখিবা য়াৎনি " হায়না মপুক্লিংদা খনখি।

নিংথৌগী মমল য়াল্লবা ফুরিৎ অদু মাংবা য়াদবনিনা, য়ুমথোং থুদিংদা থিরুনবা নিংথৌনা মনাইশিংদা য়াথং পীরকই। নিংথৌগী মনাইশিংনা য়ুমথোং-য়ুমথোং থুদিংদা থিদুনা লাকপদা লুখ্রাবীগী ময়ুম য়ৌরকখি। মতম অদুদা লুখ্রাবীদু লৈকাইদা ফৌ লৌবা চৎখিবনা ময়ুমদা লৈরমদে। নিংথৌগী মনাইশিংনা অপঙদা " নিংথৌগী মমল য়াল্লবা ফুরিৎ অদু মাংখ্রে, থিবা লাক্লিবনি অদুনা

নখোয়গী য়ুমদা চংদুনা য়েংবা তারি, নিংথৌগী অকন্নবা য়াথংনি হায়রে। অপঙনা " এ! ফুরিৎ অদুদি ঐনা হুরাল্লকুনা ইমাদা পীশিনখ্রবনি।" অপঙগী ৱা তাবদা নিংথৌগী মনাইশিংনা ইমুংদা চংখিদুনা কোইথি থিবদা ফংদ্রে। অদুদগী মখোয়না অপঙদা " করি নুম্বিৎতা হুরাল্লপনো ?" হায়না হংবদা অপঙনা " কবোকনা নোং চুবা নুম্বিৎতনি।" নিংথৌগী মনাইশিংনা অপঙবু অঙাওবনি হায়না খনখি, অদুগা মখোয়না " হে ! অঙাওবা করম্বা হাক্তকতা করি নুমিৎ কবোক্রবু নোং ওইনা চুনবগে, অঙাওব'সিদি " হায়না থিনা হায়রম্লগা হনখি। নিংথৌগী মনাইশিংনা চৎখ্রগা অপঙনা " ঐনা অচুম্বা হায়রবসু থাজদে ওম্বোক্রা পঙখ্রেদা " হায়রগা শিদা-শিদা নোক্লিঙৈদা মমা লুখ্রাবীদু যৌ শঙবাই অমা পুরগা হল্লকলম্মী। মমানা মচাগী মতৌ অদুদা নুংশা থিরদুনা হংলকই, " ইমাগী ইবুংঙো করি তৌরবগে নঙনা নোক্লিবদু ? " অপঙনা নিংথৌগী মনাইশিং লাক্লমবগী ৱারীশিংদু তম্লে। মমা অদু মচানা পঙলিবদু উবদা মপুক্লিংদা নুংঙাইতবদি ফাউখি, অদুবু চিনবান থোংদদি নোকখি।

অসুন্না শিংলবী মমাগী লৌশিংদগী অপঙ অদু নিংথৌগী চৈরাক ফংখিদে। মমানা কনা তাহনদনা অপঙদা " মতুং মনাও অদুগুম্বা হুরানবা থবক্তু তৌদনবা মচাবু ভাব তানবা তাকপিখি। নিংথৌগী সনাগী অমদি মুক্তাগী লিক পরেং শিংদুগী মপানদগী মমা-মচা নুংঙাইনা পানখি।❑

# ৱাক অনীগী ৱারী

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা কোনুংগী কৈথেল অমদা ৱাক অঙৌবা অমা লৈরম্মী। মহাক অসি মচা য়াম্না পোকপনা মচাশিং থাক্লুবা হোৎনবদা নোংম-নোংমগী অসুম-অসুম নংবা হেনগলক্লে। ৱারবসু ৱানা মচাশিং অদু চাউনবা য়োক্লে, মাগী-মাগী মচিঞ্জাক থিদুনা চাবা ঙল্লে। নোংমদি ৱাক অঙৌবা অসিনা ৱাখল অসুম তৌরকই, ৱাখল তৌবমখৈ তৌরগা মমৈথংদা মহাক্লা খল্লকই; "কান্নদে, হৌজিক্তী ইচাসু চাউরবনিনা ঐ মফম অসিদা অসুম লৈদুনদ্দি হিংবদা য়াম্না ৱাররনি, অদুনদি ঐ অসি আ! মখারোমদা চৎলগা খুঙ্গংগী চাওরবা উমং অমদা চাক্তদুনা লৈবুরগে। মদু ওইরবদি ঐ চাবা থকপা য়াম্না মরাং কায়না ফংদুনা নুংঙাইনা লৈবা ঙমগনি।" মসি খল্লদুনা নুমিৎ অফবা য়েংলগা মখা মায়গৈদা অসুম পাইরক্তুনা লাকপনা অচৌবা খোংনাং পাম্বী অমা থেংনরে মদুদা ঙহাক্তা পোথাদুনা লৈরিঙৈ, মতম অদুমক্তদা মখারোমদগী ৱাক অমুবা লুপা পৈশা য়াম্না পায়বা ইনাক-খুনবা অমসু আ! নিংথৌ কোনুং মনাক্তা য়ুম শাদুনা নুংঙাইনা লৈবুরগে খন্দুনা অৱাং পাংনা অসুম পাইরকপদা ৱারদুনা অচৌবা খোংনাং পাম্বী অদুদা ঙহাক্তা পোথাখিগে হায়দুনা তোংবদা ৱাক অঙৌবা অদুগা উন্নদুনা মখোয় অনী ৱারী-ৱাতাই শামিন্নদুনা হংনবদা ৱাক অঙৌবা অদুনা "ঐসে নিংথৌ কোনুংগী কৈথেল অদু হেক হৌরকপদগী লৈরক্পনি। হৌজিক্তী চাবা-থকপা ফংদ্রে, য়াম্না ৱারে, অদুনা মখারোমদা উমংগী উহৈ চাদুনা লৈবুরগে হায়দুনা লাকলিবনি " হায়না হায়রে। অদুগা ৱাক অমুবা অদুসু " ঐসে লুপা পৈশা য়াম্না পায়রে. ইনাক খুল্লে অদুনা নিংথৌ কোনুং কৈথেল মপান্দা য়ুম শাদুনা নুংঙাইনা লৈবুরগে হায়দুনা লাকপনি " হায়না হায়রবদা ৱাক অঙৌবা অদুনা হায়রকই; " কান্নদেদা নিংথৌ কোনুংগী কৈথেল অদু ঐনা চাবা ফংদনা লাক্লুবনি, অদুদা লৈগদবগী শরুক আ! মখা খুঙ্গংগী চিংজাউদা নুংঙাইনা

উহে চাদুনা লৈরূসি মদুনা হেন্না ফগনি।" অসুন্না মখোয় অনীনা ৱারী শানরিঙেদা মতন্না কনাসু ঙায়বিদবনিনা থেংজিল্লক্লবদা মপুক লান্নলক্লে মখোয় অনীমক। তাঞ্জা অদুদা কাক অঙৌবা অদুনা হনুবী অমগী ময়ুমগী মাঙ্গোলদা চাক থাঙদোক্লুনা থম্বা হেক উরে। হনুবী অদুদি পুখ্রিদা ইরুজরি মদু উবদা কাক অঙৌবা অদুনা হায়রকই; " মরূপ কাক অমুবা আ-দগী হনুবীসিগী চাক মপান্দা থাঙদোক্লুনা লৈরিবসি চাক খরা লাকলুচো, চৎলো, অদুগা ঐখোয় অনী খরা-খরা য়েন্নদুনা চামিন্নসি " হায়না হায়রবদা কাক অমুবা অদু চৎখ্রে। কাক পাইরকপা উবদা হনুবী অদুনা মশু-মচাশিংদা হায়রকই; " হায় ইশুশা কাক লাকই, চৈ পায়দুনা ঙাকউ।" হনুবী অদুগী চাক্লু মশুশিংনা চৈ পায়দুনা ঙাক্লুনা লৈবদগী কাক অমুবা অদু চাক লাকপা ঙমদদুনা লাক্লে। মদু উবদা কাক অঙৌবা অদুনা হংঙি। " মরূপ চাক্তি কদায়?" কাক অমুবা অদুনা হায়রকই; " মরূপ চাক্তি চৈ পায়দুনা মশু-মচাশিংনা শঙদুনা লৈবদগী ঐ চাক লাকপা ঙমদ্রে।" হায়বা ৱাদু তাবদা কাক অঙৌবা অদুনা হায়রকই; " মরূপ ঐ চৎলগা লাকলুগে য়েংঙু, চৈ অমখক পায়বা অদুবু করিগী কিরিবনো ? ঐ লাকলুগে নঙ লৈরম্মু।" কাক অঙৌবা অদু হনুবীগী চাক লাকপা চৎখ্রে। মশুশিংনা চৈ পায়দুনা শঙলিবদু উরে; মদু উবদা কাক অঙৌবা অদুনা ঐনা চাক লাকপা ঙমদ্রবদি ইকায়বনা শিবা তারে, হনুবী অদুনা লাই খুরম্নবা তুলশিবোংদা চন্দোন থিন্দুনা লৈরিঙেদা হনুবীগী নাম শোল্লগা লিক চৎনবা মালা পরেং অদু মচিন্না লাক্লগা চেল্লগা শোরোক ময়াইদা হেক থাদে। মদুদা হনুবী অদুনা মশুশিংদা " হায়-হায় হায়মা হায়মা ইশুশা কাকনা ঐগী মালা পরেং চেনদুনা পুখরে আ! লমজাওদা থাদখ্রে, চেল্লু খুল্লকউ " হায়দুনা মশু চৈ পায়বা অদুনা হৌগত্তুনা প্রপ-প্রপ চেনখ্রিঙেদা কাক অঙৌবা অদুনা পাইশিল্লক্লুনা হনুবীগী চাক অদু খরা লাক্লুনা চেন্দুনা পুরক্লগা কাক অমুবা অদুগা খরা-খরা চামিন্নরে। মদু উবদা কাক অমুবা অদুনা হংলকই; " মরূপ করম তৌদুনা চৈ মরক্তগী চাক লাকপা ঙম্লকপনো ? কাক অঙৌবা অদুনা খুম্মী, " অঙাংনা চৈ অমখক পায়বদুদি করিসু লৈতবা ৱানি, করিগী ঐনা কিগদৌরিবনো ? ঐখোয়দি নিংথৌ কোনুংগী কৈথেল পোৎলক্তা চৈ লিশিং-লিশিং পায়বগী মরক্তগী পোৎ লাক্লুনা চাবা ঙম্লকপনি, অদু ফাউবদা চরা হেন্দুনা আ! খুঙ্গং চিংজাউদা উহে চাদুনা লৈরূরগে হায়দুনা মখারোমদা লাক্লিবা অসিনি অদুনা মরূপ নঙসু ঐগা লোয়ননা চৎমিন্নরসি, নঙনা লুপা পৈশা পায়বনিনা মহাজন ওইদুনা লুপা পৈশা য়াম্না থাদদুনা চিংজাউ মফম য়াম্না কোক্লগা উহে য়াম্না লোক্লবা হোৎনরূসি।" মখোয়

অনী ঙহাক খন্নরগা মথা পাংনা ক্বাক অনী অদু খুঙ্গং তান্না পাইদুনা লাক্লে। অদুদগী ক্বাক অঙৌবগা ক্বাক অমুবগা মখোয় অনী চংদুনা চিং লম য়াম্না কোল্লগা চিংদগী উহৈ য়াম্না লোক্তুনা মখোয় অনী অদু নুংঙাইনা পাল্লে। ক্বাক অমুবা অদু অশিংবা ক্বাক অঙৌবা অদুগা তিন্নরুবদগী হেন্দোক-থোইদোক্লা নুংঙাই য়াইফখি।

উগী মপান্দগী য়োৎ তাউখি।
কৈগী মপান নাপিনা তাঙ
নাপিগী মপান কৈনা তাঙ।

মরূপ-মপাং তিন্নবা তারবদি ঐঙোন্দগী হেনবা তিননৌ অফবা মরূপ তিনরবদি অফবা পৌতাক ফংঙি। অদুনা পঙলবদি করিসু কান্নদে, শিংবা তম্মু।❑

# শজি অমসুং ক্বাক

থায়না মমাঙঙৈদা উমং অমদা শজি মতৈ-মনাউ অনী নুংঙাইনা পান্দুনা লৈরম্মী। অদুবু মরাইবক থিবদগী শজি লাবা অদু ঙন্তা শিখিদুনা শজি অমোম অদু মতোমতা ঙাইহৌরে।

নোংমদি শজি অমোম অসিনা মপুরোইবা লৈখিদবগী মথৱাই নুংঙাইতনা উমং অদুদা লৈরিঙৈদা ক্বাক অমোম অমা লাক্লুনা শজিনা মথৱাই নুংঙাইতনা লৈবদু উরম্মী। ক্বাকনা হংলকই " করি তৌরে, ঐনা উবদা নথৱাই নুংঙাইতনা উইদা " শজিনা হায়রকই " করি হায়গনি, ঐগী ইরাইবক, ঐমুক লাইবক থিবসে মালেম'সিদা লৈরল্লরোইদ্রা নিংঙি, ঐগী ইপুরোইবা অদু ঙন্তা লৈখিদ্রে।" ক্বাকনসু " ঐগীসু ঙন্তা ইপুরোইবা লৈখিদ্রে " হায়রে, ঙহাক ৱারী-ৱাতাই শামিন্নরবা মতুংদা মখোয় অনী ৱাবা মান্নরে ইতা শান্নরসি হায়দুনা মতা শান্নরে। মখোয় অনী মতম খরা উমংদুদা অসুম লৈমিন্নরক্লবদা নোংমদি ক্বাকনা হায়রকই; " ইতা! ঐ অতোপ-অতোপ্পা মফম কয়াদা উহৈ অনৌ-অপেন থিদুনা চারুরগে; ইতা নঙসু অনৌ-অপেন থিদুনা চাহৌরো, নঙনা করিগুম্বা অৱাবা তারক্লবা মতমদা নতা ঐবু হেক কৌরকউ, ঐ শোয়দনা লাক্কনি।" হায়রল্লগা ক্বাক্তু মফম অদুদগী পাইদুনা লাক্লে।

নোংমদি শজি অমোম অদুনা লৈরিবা উমং অদুমক্তদা লমহুই অমোম অমসু লৈরম্মী। মানা শজি অমোমসি উবদা চানীংমনখ্রদুনা মতিন য়োক্লুনা থাঙলম্মী, অদুদগী শজি অদুদা ইতা শান্নসি হায়দুনা মতা শান্নরে। অদুবু লমহুই অদুগী মপুক্লিংদা করম্বা উপায় তৌরগা শজি অসি চাসিগে হায়না খল্লুনা লৈরে। লমহুই অদুনা শজিদা য়েংলগা হায়রকই; " ইতা! ইতাখোয়না পাম্বদি, য়াম্না খোয়দানা চাগনবদি হৈগ্রনি; ঐ হৈগ্রু হৌফম থিরুগে।" হায়রল্লগা লমহুই অদু চৎখ্রে। খরা চৎলগা নিপা অমনা শা ফানবা লাং থাক্লম্বা অদু উরবদা লমহুইনা

থল্লকই, " লাং অসিদা শজি'সি মখোঙদা হেক থুবদা চেনবা ঙম্লরোই, মানা চেনবা ঙমদনা লৈরিঙেদা ঐনা মনীংগোংদগী শেৎ-শেত্তুনা হেক চাবা, ইস! ওঘোক্লা হাওম্লনিদা। অদুদি ইতা শজি লৌরুদবা য়াদ্রে " হায়দুনা নুংঙাইবা ৱাখল অমদা শজিগী মনাক্তা লাক্রে। অদুগা শজিদা য়েংলগা লমহুইনা হায়রকই; " ইতা শজি অসিদগী অৱাং পাংনা খরা চৎলগা ঈশিং খোং অমা থেংনগনি অদুগী মপান্দা হৈগ্রু পাম্বী য়াম্না হৌহৌই, অদুগা পানসু য়াম্না পালহৌই, চারুসিদো " হায়রগা মখোয় অনী লাকমিন্নরে। খরা চৎলগা শজি অদু লাংদা থুরে। লাং অদু হাইগৎ-লাং ওইরমদুনা লমহুইনা ফংদবা মফমদা শজি অদু মখোঙ নাম্মা থরাক-থরাক য়ান্দুনা লৈরে।

লমহুই অদু য়াম্না চানীংলবদি লেক্কুনা তোকই হায়বদুনি। অদুবু লমহুইনা অসুম্না ৱাখল থল্লকই, " হোরেন লাংমপুনা লৌথদুনা লৈবাক্তা থম্লিঙেদা ঐনা শেৎ-শেত্তুনা হেক্তা চারগে।" অদুনা লমহুই অদু মনাক নকপা মোংশোঙ অমদা লোত্তুনা লাং মপু লাকপা ঙাইদুনা লৈখ্রে।

লাংদা থুরবী মখোঙ নাম্মা য়ান্দুনা লৈরবী মরাইবক থিরবী শজি অমোম অদুনা মাবু কনবীনবা মতা ক্বাকপু কপ্লগা কৌরকই; " ইতা ক্বাক, নতা লাইবক থিবীদি অৱাবা ফিবমদা তাদুনা লৈরেদো, ইতা নঙনা ঐবু অমুক্তা কনবীরোনে।" শজিনা কপ্লগা কৌবদু মতা ক্বাকনা তারদুনা পাইরক্রে। মতা ক্বাকনা লাংদা থুবদু উবদা " ইতা করি অমত্তা ৱাবুরনু নতা ঐ লৈরি। ঐনা হায়বতা য়াবিয়ু, হোরেন লাং মপু অদুনা লাকপা মতমদা ইতা শিজন্নরো. ঐনা ঐগী ইচীন অতুম্বা অসিনা ইতা নঙগী ফৈরুদা হনগেকো, মদুগী অনাবা অদুতংদি ইতানা খাঙবিবা তারে। মরমদি লাং মপু অদুনা হেক উবদা এ! অসিদি শিবা কুইরেদনা ক্বাকনা হল্লিবা অসিনদি হায়দুনা লাংদগী লৌথরগা থৌশাদনা লৈবাক্তা লংথোক্কনি, মতম অদুদা ঐনা তাঙ্গা য়েংলগা ক্বাক-ক্বাক হায়না খোংঙক্কে। মদুদা নঙনা ফুক হৌগৎলগা ঙমজবী থাদুনা চেনগদবনি।" অসুম্না ৱা তান্নরবা মতুংদা মখোয় অনী অদু লাংগী মপু লাকপা ঙাইদুনা লৈরে।

ঙহাক লৈরগা লাং মপু অদু লাক্রে। লাং মপু অদুনা লাকপা মতাং চানা ক্বাকনা শজি অদুগী ফৈরুদা অতুম্বা মচীন্দুনা হন্দুনা লৈরে। লাং মপু অদুনা মদু উবদা খনখি, " শজি অসিদি কুইনা লাংদা থুরদুনা শিদুনা পুম্লবোরে ক্বাকনা হল্লিবসিনদি, পুম্লবনিনা চাবসু য়াররোই হায়দুনা কয়া তন্না লাংদগী লৌথোক্রে, অদুগা লৈবাক্তা থাদরগা থম্লে। মতম অদুদা শজি অদুসু শিত-শিবা শাজিন্নরে। অসুম্না শজি অদু লৈবাক্তা থম্লগা মপুদুনা লাং অদু অমুক থাক্কবা হোৎনরিঙেদা

উথক্তগী ৱাক অদুনা তাঙ্গা চারে হায়দুনা ৱাক-ৱাক কন্না খোংলকপদা শক্তি অদু ফুক হৌগৎলগা থৱাই খুবাক্তা হাপ্তুনা অশোঙবা মোংশোঙ নাপী মরক্তা চেনশিনখ্রে। লাং মপু অদুনা শক্তিনা চেনশ্রবদা মথুত্তা উতুপ অমা পায়রগা তান্নখি, অদুবু শক্তি অদুদি মোংশোঙ নাপী মরক্কুদা অদুম চেনখ্রে; লাং মপু অদুনা থিবা ফংখিদ্রে। লাং মপুনা " ইস! ওয়্রোক্লা লাকচৈদা " হায়দুনা শাউনা-শাউনা হল্লকপদা ঙসাই মথৈ লুমদুনা লৈরিবা লমহুই অদু কোক হেক থেংনরে; শক্তি চেনখিবগী শাউদুনা লৈবনিনা অউবা শা অমা হেক্তা হাৎলগে খন্দুনা মথুত্তা পায়রিবা উতুপ অদুনা লমহুই তন্না লংবদা লমহুইগী মকোক্তা পান্দুনা লমহুই অদু শিরে।

লাং মপু অদুনা " ঙসিদি লাইনা তল্লবনি " হায়দুনা হরাউ-হরাউ লমহুই অশিবদু ময়ুম তান্না পুখি। লাঞ্জ্রবী শক্তি অমোম অদু য়েক্লবা লৈতনা ৱাক অদুগা লোয়ননা উমং অদুদা নুংঙাইনা পানখি। ❑

# য়াইপুবা কাক পিত্তম্বোর (১)

থায়না মমাঙগৈদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমদা মৱা মপুরোইবা লৈতবী লাইরম্বী লুখ্রাবী মমা-মচা অনী লৈরম্মী। মখোয় অনী অসি হিংনবা হোৎনবদা য়াম্না ৱারম্মী। কৈরোই-লৈকাইদা মীগী ময়ুমদা ফিশু-ফিচাম, ফৌশু-চেংশুদুনা নোংমগী জীবিকা ওইনবা চরা হেন্দনবা থবক শুরম্মী। ফংলকপা লুপা-পৈশা অদুনা চেং হৱাই য়েঙ্খাং নাপী লৈরগা চারম্মী। অদুগা কনাগুম্বা মীনুংশি খঙবা মীওইশিংনা চেং খরা, ফৌ খরা পীরকপসু য়াউরকই, অসুন্না মমা-মচাগী পুন্সি লেল্লম্মী। নোংমদি মমা-মচা অদু কৈরোই-লৈকাইদা থবক শুবা ফংলক্তরে, উপায় লৈতদুনা ময়ুমদা লাক্লগা মীনা পীরকপা ফৌ খরা অদু পুদুনা লৈকাইগী য়ুমথংনবা অমগী ফৌশুখোঙদা ফৌ শুরিঙৈ মতমদা কাক পিত্তম্বোর কৌবা অঙৌবা কাক্কী নিংথৌ ওইবা মনাদা সনাগী নাইন, মঙক্তা সনা পরেং, মশা নানবা কাক অদুনা পাইরক্লগা ফৌ খরা মচীন অদুনা তাপ লাক্লনা পাইখ্রগা উ পাম্বী অমগী উশা অমদা তোংদুনা লৈরম্মী। মমা-মচানা কাক অদু উবদা ইঙক-ঙক্তা য়েংদুনা লৈখি। পুন্সিদা অমুক ফাউবা উদ্রিবা ফজরবা কাক অদুদা মুন্না য়েংলগা অহল ওইরবী মমা অদুনা হায়রকই; " ঐনা অসুক ৱারবা মতম, অমদি লৈতা-লৈতনা তৌজরিবা অসিদা নঙসু ঐখোয় গুন্না মপুক লাল্লবা কাক ওইরবোইরেকো।" কাক পিত্তম্বোর অদুনা তোংলিবা উশা অদুদগী পাইথরক্লগা মমা-মচাদা য়েংলগা হায়রকই; " হে তাইবং মী , ঐনা লাকখিবা ফৌ অদুগী মমল ঐ শিংগে, আ! মমাঙদা লৈরিবা উমং অসিদা হযেং লাকউ নমা-নচা নখোয় অনীমক।" অসুন্না হায়রল্লগা কাক পিত্তম্বোর অদু পাইখিরম্মী। মমা-মচা অনীদু ঙকপগী মথক্তা অমুক হেন্না ঙকখ্রে। মরমদি কাকনা তাইবং মীগী মরোল থোক্লম্বা অদুদা মমা-মচানা খনখি, " ৱা ঙাংবা ঙম্বনিনা অচম্বা কাকতি ওইরল্লরোই।"

মথংগী নুমিৎকী নোংঙাল্লি-ঙাল্লি তৌরকপা মতম অদুদা হৌগৎলগা ঈরুজথোক্লুনা লাই-তিন থুরম্লগা মমা-মচা অনীদু কাক পিত্তম্বোরনা হায়রম্বা মফম অদু তম্না প্রপ-প্রপ লাকই, অসুম-অসুম লাকপনা হায়রম্বা উমং অদু ময়াই য়ৌরগা মাইগী মরিদা লৈদুনা য়েংবদা কনাসু করিসু উদ্রবদা মমা-মচানা মথবাই ৱানা ঙাংনৈ," ঐথোয় অনীনা কদাইদনো, কদোমদনো, চৎকদৌরিবসিবু শোংলবা উমং অসিদা কাক অদুনা হায়রম্বা অদু শোইদনা লৈরমগনি, ইমা-ইচানা খঙদদুনা তৌবনি, নত্রগা হল্লসিরনে।" হায়নরিঙৈ তাঙ্গা অদুমক্তদা কাক পিত্তম্বোর অদু পাইরক্লে অদুগা মমা-মচাবু তরাম-তরান্না ওক্লগা কাক পিত্তম্বোরগী ময়ুমদা পুদুনা লাক্লে। য়ুম অদু উবদা ইঙক ঙকখ্রে, সনাতনা শাবা মরক-মরক্তা মণি-মুক্তা হাম্পা পুংলং লংবা ফজবদা অমুক হায়নিংঙাই লৈতনা ফজরবা য়ুমনি। কাক পিত্তম্বোরনা য়ুমদুগী মনুংদা পুশিন্দুনা য়েংহল্লি, সনানা পীক থল্লবা কা, লুপানা পীক থল্লবা কা, মণিনা পীক থল্লবা কা, মুক্তানা পীক থল্লবা কা, কা-শিং অদু উবদা ঙকখি, অদুবু কল্লকপা, মিহৌবা, অপাম্বা লৈখিদে মমা-মচা অদু। মদুদগী কাক পিত্তম্বোরনা ফৌ লাক্লুনা চাখিবগী লমন ওইনা চাক-য়েঙ্গাং মথেল কয়াগা লোয়নননা সনাগী পুখম, সনাগী তেঙ্গোৎ, সনাগী খুজাইদা ঈশিং, পীজা-পীথক তৌরবদা মমা-মচা অদু মবুক পিক থল্লে। অদুগী মতুংদা অচা-অথক্তা লোয়নননা মমল য়াল্লবা পোৎ কয়ানা পিক থন্না হাম্পা উপু অমা থাঙদোক্লুনা থম্লে, অদুগা হায়রকই; " নমা-নচানা চারিবা পুখম,তেঙ্গোৎ, খুজাই অদু দক্ষিনা ওইনা পীরবনি, অদুগা উপু অসিমসু পীরবনি, নয়ুম য়ৌরগা উপু অসি হাংদোকউ।" হায়রগা মমা-মচাবু থিনদোক্লক্লে। মমা-মচা অদু হরাউ-হরাউ লাক্লগা ময়ুম য়ৌরে, অদুগা উপুদু হাংদোক্লুনা য়েংবদদি সনা-লুপা, মণি-মুক্তানা পিক থল্লবা উপু অমা ওইরম্লে। মমা-মচা অদু ইঙক-ঙকলে, হরাউবগী ঙমথৈ লৈখিদ্রে। সনা-লুপা, মণি-মুক্তানা পিক থন্না লৈরবনিনা অন্না-অনা লৈতা-লাইরবা পুন্নমক কোক্লদুনা মমা-মচা অনীদু নুংঙাইবা হায়বদু ওইরে। মমা-মচাগী নুংঙাইবগী ৱারী'সি লৈবাক অদুদা তাদবা খঙদবা অমত্তা য়াউখিদ্রে। নাকোং অমদগী নাকোং অমদা, লৈবাক অমদগী লৈবাক অমদা শিন থুংনা তানরে। মমা-মচানা লৈরিবা লৈবাক অদুগী ৱাংমদা লৈবাক অমদা য়ান্না লাইরথ্রবী, লাইরবদা হায়নিংঙাই লৈত্রবী, পৎ তৎলবী মমা-মচা অনী অমসু লৈরম্মী। মমা-মচা অনীদু নুমিৎ থুদিংগী ফৌ-শূবা মীগী ময়ুমদা চৎলম্মী, ফৌ-শুনা-শুনা মমা-মচা অদুনা খনখিরম্মী, কাক পিত্তম্বোর অদু অমুক্তং লাক্লগা ফৌ থরা অসি লাক্লুনা চাথবদি ঐথোয়সু নুংঙাইনিদা থন্ন-থন্না ফৌ অদু শুই।

নোংমদি অয়ুক অঙনবদা লাইরবী মমা-মচা অদুনা ফৌ খরা পুদুনা ফৌ-শুরিঙৈদা কাক পিত্তঘোর অদু লাক্লে, অদুগা পাইশিল্লক্লগা ফৌ খরা মচীন অদুনা তাপ লাক্তুনা পাইখ্রগা উ পাম্বী অমগী উশা অমদা তোংদুনা লৈরম্মী। মমা-মচা অদুনা শাউনা চৈরকই; হে কাক চিম্মিবী খোংবদা তানিংদবী ইমা-ইচানা লৈতলৈতনা ফৌ খরা শুজরিবসি নঙনা লাক্লগা পুবদি করিগীনো?" কাক পিত্তঘোর অদুনা তোংলিবা উশা অদুদগী মমা-মচাদা ওনশিল্লগা হায়রকই; " ঐ অসি কাক্কী নিংথৌনি, কাক পিত্তঘোর হায়বা অদুনি। হে তাইবং মী ঐনা লাকখিবা ফৌ অদুগী মমল ঐ শিংগে, আ! মমাঙদা লৈরিবা উমং অসিদা হয়েং লাকউ নমা-নচা নখোয় অনীমক।" হায়রল্লগা কাক পিত্তঘোর অদু খুদক অদুদা পাইখিরম্মী। মমা-মচাদু কাক পিত্তঘোরনি হায়না খঙলবদা হায়নিংঙাই লৈতনা হরাউরে।

নোংঙানবা নংখিদে মল্লি-মল্লিদা হৌগত্তুনা উমং তান্না লাক্লে। কাক পিত্তঘোরনা তরাম-তরাম্না ওকলগা পুশিল্লক্লে। অদুগা মমাঙগী মমা-মচা অনীদা তৌবা অদুগুম্না, কাক পিত্তঘোরনা ফৌ লাক্তুনা চাখিবগী লমন ওইনা চাক-য়েঙ্গাং মথেল কয়াগা লোয়ননা সনাগী পুখম, সনাগী তেঙ্গোৎ, সনাগী খুজাইদা ঈশিং পীজা-পীথক তৌরগা মমা-মচা অদু মবুক পিক থলহল্লে। অদুগী মতুংদা অচা-অথক্কা লোয়ননা মমল য়াম্লবা পোৎ কয়ানা পিক থন্না হাম্পা উপু অমা থাঙদোক্তুনা থল্লে, অদুগা হায়রকই: " নমা-নচানা চারিবা পুখম,তেঙ্গোৎ, খুজাই অদু দক্ষিনা ওইনা পীরবনি, অদুগা উপু অসিমসু পীরবনি, নমা-নচা লম্বীদা অচা-অথক অদু চাও অদুগা নয়ুম য়ৌরগা উপু অসি হাংদোকউ " হায়রগা মমা-মচাবু থিনদোক্লক্লে। মমা-মচা অদু হরাউ-হরাউ লাক্লে। খরা চৎলগা ৱাদুনা অচা-অথক অদু চারে, উপু অদুদি মমা-মচানা হাংদোক্তুনা য়েংনিংবনা লোইরে, অদুবু কাক পিত্তঘোরনা নয়ুম য়ৌরগা উপু অসি হাংদোকউ হায়বনিনা মফমদুদদি হাংদোক্তুনা লাক্লে, খরা চৎলগা মমা-মচা অনীনা উপু অসিগী মনুংদা করি য়াউরিবগে হাংদোক্তুনা য়েংনিংবনা ময়ুম য়ৌদ্রিঙৈদা উপু অদু হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা উপু অদুগী মনুংদা য়াউরিবা সনা-লুপা মণি-মুক্তা অদু লোইনা লিন ওন্দুনা মমা-মচা অনীদুদা চিক্লে, ঙহাক লাও-খোঙদুনা তৌরল্লগা মমা-মচাদু শিখ্রে। অশিবা হকচাং অনীদু লৈমাইদা তাদুনা লৈখি। মীগী নুংঙাই য়াইফববু কলক মীহৌৱুবা করাম চাউবী মমা-মচা অনীদু শিখি। কল্লকপা মীহৌবা য়াওদবা মমা-মচা অনী অদুদি কাক পিত্তঘোরগী থৌজালদগী নুংঙাই য়াইফনা পানখি।



# য়াইপুবা ৰাক পিত্তম্বোর (২)

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমদা হায়নিংঙাই লৈতনা লাইরখ্রবা মতৈ মনাউ অনী লৈরম্মী। মতৈ মনাউ অদুনা মচা নিপা অমা পোকই, মচা অদু চাউনবা য়োকপদা য়াম্না ৱারম্মী। অঙাংগী মমা অদুনা কৈরোই-লৈকাইদা মীগী ময়ুমদা ফিশু-ফিচাম, ফৌশু-চেংশুদুনা নোংমগী চারা হেন্দনবা থবক শুরম্মী। অঙাংগী মপা অদুনা চীঙদা চত্তুনা শীঙ চল্লগা কৈথেন্দা য়োল্লগা ফংলকপা লুপা-পৈশা অদুনা চেং হৱাই য়েঙ্খাং নাপী লৈরগা চারম্মী। অসুন্না হোৎনরকপনা মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না মচানিপা অদু চাউবা শারেপ ফারে, পাখং হায়বদু ওইরে। মতম অদুদা নোংমা মপা অদু চীঙদা শীঙ চনবদা চীঙদগী ওন্থদুনা মখোঙ মখুৎ তেক্তুনা ফমদা তাদুনা লৈরে। মমা-মচা চঙদুনা সেবা তৌরি, মমা-মচা অদু ৱাবনা মপুম থিৎলে, লৈত-লাইরবগীবু হোৎনগদ্রা, মপা নাবগী সেবাবু তৌগদ্রা, অৱাবগী মথক্তা অৱাবা হায়বদো ওইরে।

মচানিপা অদু মমান্নবগা লোয়নদুনা চীঙদা শীঙ চনবা চৎলগা শীঙ অদু কৈথেন্দা পুরদুনা য়োল্লগা ফংলকপা লুপা-পৈশা অদুনা চেং হৱাই য়েঙ্খাং নাপী লৈরকই। অসুন্না নোংমগী মমান্নবা কয়াগা লোয়নদুনা শীঙ চনবদা চীঙ অদু উ অমা ফাউবা হৌদ্রে। মথং নুমিত্তি খরা লাম্পা উ-ৱা য়াম্না হৌবা চীঙয়াউ অমদা মখোয় মমান্নবা কয়াগা লোয়ননা চৎলি। মাদি চৎপদা ৱারদুনা উখোঙ অমদা ঙহাক পোথাখিগে হায়দুনা পোথাবদা তুমথোকখ্রে। মমান্নবশিংদি শীঙ-পোৎ ফানা য়াল্লগা মাগী-মাগী ময়ুম তন্না চৎনখ্রে। মানা মিৎকপ থোরকপদা কনাসু লৈরমদ্রে চীঙ অদুদা " এ! ঐগী মরূপ-মপাং অমতা লৈরমদ্রে, নুমিৎসু ফনা য়াম্না থেংখ্রেদনা অসিদি " খন্দুনা মমাঙদা হৌরিবা ফজবা উ অমা য়াল্লগা লৈমাইদা থাদরে, অদুদগী মানা উ য়ানবগী ৱাদুনা মশাদগী শিম্বরক্লিবা হুমাং অদু তৈথোক্লিঙৈদা অঙাকপা অমনা ৰাক অমা পাইরক্লগা ৰাক অদুগী মখোঙদা

মহাদেবনা পায়বা ডমরু মচা অমা য়াল্লি অদু পায়রগা ক্কাকনা কোরোক-কোরোক নিকপদা নিপামচা অদুনা য়ানবা উ লৈবাক্তা তাদুনা লৈরিবা অদু হান্নগুম অমুক হৌগত্তুনা লৈখ্রে। মদু উবদা নিপামচা অদু অঙকপা অমা ওইখি। অদুদগী নিপামচা অদু অমুক হৌগৎলগা চঙশিন্দুনা উ অদু অমুক য়াল্লগা লৈমাইদা থাদরে। ঙহাক লৈরগা ক্কাক অদুনা অমুক ডমরু অদু নিকপদা উ অদু অমুক হৌগত্তুনা লৈখ্রে। মদু উবদা নিপামচা অদুনা কদাইদগীনো মখোল অমসু তাই হায়দুনা মথং-মখা মায়ৈগে মরিদা কোয়লৈ লৈদুনা য়েংবদা ক্কাক অঙৌবা মনাদা সনাগী নাইন, মঙক্তা সনা পরেং মশা নানবা ক্কাক অমা উরম্মী। মহাক্না য়েংলুবদা ক্কাক অদু মফম অদুদগী পাইখিরম্মী, অদুবু নিপামচা অদুনা উমং অদুদা ক্কাক অদুগী মতুং ইন্নদুনা তান্নরম্মী, তানব-মখৈ তানরগা ৱারদুনা ঙহাক পোথাবদা ক্কাক অদুসু পাইবা লেপ্পী। নিপামচা অদুনা হৌগৎলকপদা ক্কাক অদু অমুক তপ্না পাইখি। অমুকসু ক্কাক অদুগী মতুং ইন্নদুনা তান্নরকই, অসুন্না তান্নরকপনা নিপামচা অদু ৱাবনা লৈমাইদা ৱাম্বদুনা তারে। অদু উবদা ক্কাক অদুনা নুংশিদুনা নিপামচা অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লরুগা মাগী মশা অনীনা হুমাই হুম্বীদুনা নিপামচা অদু ৱাম্বরুবদগী জ্ঞান লাক্লে। নিপামচা অদুনা ফুক হৌগৎলগা ক্কাক অদু ফারে, অদুগা হায়রকই; " হে ক্কাক ! হৌজিক্তী ঐনা ফারেদো নঙ খঙগনি ঙসিদি। ঐনা ঐগী পুন্সিদা নঙগুম্বা ক্কাক অমুক ফাউবা উদ্রি, ঐনা য়ান্না ৱানা উ য়াল্লগা নঙনা করিগী অমুক হিংগৎহল্লি। ঐদি য়ান্না লাইরবা মচানি. ঐনা য়াল্লিবা উ অসি য়ুমদা পুরগা খায়রগা শীঙ অদু কৈথেন্দা পুরগা য়োল্লগা ফংলকপা লুপা পৈশা অদুনা য়েঙ্খাং নাপী লৈরগা ইমা-ইপা ঐখোয় অহুম জীবিকা ওইদুনা হিংদুনা লৈবনি। ঙসিদি উ অসি য়ান্দুনা পুদবনিনা ঐখোয়দি চারা হেনবা তারে। অদুনা নঙ ওইনা চাবা তারে " হায়বগা নাকন্দগী লংতিক লংবা থাংপাক অমা শৎলগা খুত্তা চেৎনা পায়রগা ক্কাক অদুগী মঙক্তা থল্লগা " ইপাগীনা মকোক, ইমাগীনা মমৈ, ঐগীনা ময়াই " চাবা তারে। নিপামচাদুগী ৱাদুদা ক্কাক অদু কিবনা মশা থক-থক নিক্লে, অদুগা হায়রকই; " ঐবু থাংদুনা ককপিগনু, ঐবু চাবিগনু, মশা নিক্লা-নিক্লা ঐ অসি ক্কাক্কী নিংথৌ য়াইপুবা ক্কাক পিত্তম্বোর হায়বা অদুনি, নঙোন্দা খুদোপ য়াইওইবা অমা পীগে, মদু নঙনা লংবদা থোকউ হায়বদা থোকপা, সনা-লুপা মণি-মুক্তা থোকউ হায়বদা থোকপা খুদোপ অসি লৌজরো " হায়না খুদোপ অদু পীরবদা নিপামচা অদুনা ক্কাক পিত্তম্বোর অদু থাদোকখ্রে। নিপামচা অদু ময়ুম তন্না প্রপ-প্রপ লাক্লে। মমা-মপানা মচা উবদা " ঙসিদি ওম্বোক্লা থেংনসু লাকখ্রেদা, অদুগা

নঙনা কৈথেন্দগী করিসু লৈরকপা উদে, ইপা ইচা ঐখোয় অহুমদি করি চাগনি।" মমা-মপাগী ৱাদু তাবদা মচানিপানা হায়রকই; " ইমা অমদি পাবুং ঙসিদগী নুংঙাইরগনি ঐখোয়গী ইমুং নচানা খুদোপ য়াইওইবা অমা পুরক্লে, ক্বাক পিত্তম্বোরদগী " মমা-মপানা " করন্না খুদোপ য়াইওইবা অদু পুরকপনো?" হংলবদা ৱারী পুন্নমক মচানা লিরগা তাহল্লে। মদুগী মতুংদা মচানিপা অদু তুরেন্দা ইরুজবা চৎখি।

মচানিপা অদুনা শেংনা ইরুজরগা লা লাতোন অমদা খুদোপ য়াইওইবা অদু হাপ্লগা ধুপ-পর্তিং থাদুনা লাইদা খুরম্লগা খুদোপ য়াইওইবা অদুদা " চাক পুথম অহুম য়েঙ্গাং মথেন্না কোইবা থোকউ " হায়না হুনবদা অদুমক থোক্লে। মদু উবদা মমা-মচা মখোয় অহুম হরাউবনা লোইরে। চাক অদু চাবা লোইরগা মখোয় তুম্বগী মতম ওইরদুনা তুম্লে।

নোংঙাল্লি-ঙাল্লি তৌরকপা মতম অদুদা হৌগৎলগা ঈরুজথোক্লনা লাই-তিন খুরম্লগা খুদোপ য়াইওইবা অদুদা " ঐখোয়গী য়ুম ফজবা অমা খুদক অসিদা শাউ " হায়না লংবদা য়ুম ফজবা অমা নিংথৌগী কোনুংগা চপ মান্ননা শারে। ক্বাক পিত্তম্বোরনা পীরকপা খুদোপ য়াইওইবা অদুগী মপান্দগী মমা-মচা মখোয় অহুম অনীশুবা নিংথৌগুম মনাই-মশনগা লোয়ননা নুংঙাই য়াইফনা পানখি।❑

# লমহুই হনুবগী তাং

থায়না মমাঙওঁদা লমহুই হনুবা মতৈ-মনাউ অনী উমং অমদা লৈরম্মী। মাগী নুপী লমহুই অমোম অদু মকুম-মথা য়ামদুনা মশা অদু লুপ্লম্মী। লমহুই হনুবা অদুদি অহল ওইরকপগী নোংমা-নোংমগী মশাদু ময়েং তারম্মী। মহাক মতোমতগী মচিঞ্জাক থিবা চৎপ-ফাউবা তল্লম্মী। অদুনা অয়ুক নুংথিন্না উখোং-ৱাখোংদা কুন্দুনা মতম লেল্লগা নুমিদাং ওইরগা কৈনা, শওন্না, নোংশানা চাখিবগী অরেম-অপা মচেৎ-মকায় হুন্দোকপদু নোংমগী চারগা লেল্লে।

নোংমদি মাগী নুপীনা " নিপা! নঙ অসি থরসু হেন্না তনম্নখে। ঙসিদি ঐ ঙা য়াম্না চানীংঙি, ঐনা চৎলগা অহাও-অহাওবা থিদুনা চাগদবসু ইশা অসি লুম্মবনিনা চৎপা ঙমদ্রে,ঙা থরা ফাৰগা পুরকউ।" হায়রবদা লমহুই লাবদুনা " হোয় পুরক্কে " হায়রম্লগা ঙা ফাবা লাক্রে। লমহুইনা অসুম লাকপদা পাৎ অমা থেংনরে। পাত্তুদা লাইরেল চাউরবা অমা ঈশিংদা তাউখৎলগা চাক্তাদুনা লৈবদু লমহুই অদুনা হন্না-তুনা য়েংদনা ফুম তাওরিবনি হায়দুনা লাইরেন্দুগী মনঙন্দা ফৎ চোংথদুনা ফম্লগা ঙা চারিবা অদু তাপ-তাপ ফারগা লৈরাইদা অমুক ফন চোংখৎলকই। মতৌ অদুদা লাইরেল অদু তৌফম খঙদনা তিংঙক- তিংঙক য়েংলগা " ইয়া! উশিংৎমন্দেদা " হায়দুনা শাওদুনা লৈহৌরে। লমহুই লাবদি মাগী নুপী অদুদা মানা ফারকপা ঙা অদু পুরগা পীরে।

মথংগী নুমিত্তা লমহুইনা ঙা ফাব পাৎ অদুদা অমুক লাক্লে। লাইরেন্দুনা ঙরাংগী লমহুই অদু লাকচৈদা থল্লগা, " ঙসিদি ষণ অশিবা শারগা ঈশিংদা তাউদুনা লৈরগে।" লমহুই অদুনা লাক্লগা মুন্না য়েংবদা " তাউরিবদু ষণ অশিবা নত্তে লাইরেন্নি " হায়না খঙলবদা লমহুই অদু মফমদু থাদোক্লগা প্রপ-প্রপ মাগী নুপীগী মনাক্তা চেলক্লগা ৱারী পুন্নমক তল্লে। মাগী নুপীনা " ফরে-ফরে ঙসিগীদি অদুগা ঐ ইকুম-ইথানগা শুরকপনে, হৌজিকসু পুক অসি তোয়না

তোয়না য়েকশিল্লক্রে, নঙবু ইকোন য়ুম অমতং শাউ " হায়না হায়রবদা লমহুই হনুবা অদুনা " পেম্মা! নঙনবু হায়রবদি হৌজিকমক চাউরবা য়ুমজাউ অমা হেক শাদোক্লগা লোইরে। অদুদি ঐ ঙসিদগী য়ুম শাবা চৎলে " হায়রল্লগা চৎখি। খরা চৎলগা মাগী অতনবদু হৌরক্তুনা উখোং অমদা নুংঙাইনা কুন্দুনা তুমদুনা লৈখোক্লগা নুমিদাং-ৱাইরম হন্নগী মতৌগুম কৈ, শওম, নোংশাগী অরেম-খাক মচেৎ-মকায় খরা অদু চারগা হল্লক্রে। অসুন্না নুমিৎ কয়ানি লেল্লক্রবা মতুংদা মাগী নুপী লমহুই অমোম অদুদি মকুম-মথা শুজিল্লক্তুনা খাঙবদা ৱারদুনা হায়রকই; " নিপা! ঙসিদি নঙনা শাবা য়ুমজাউ অদুদা চৎলসি ঐ খাঙবা ঙমশিল্লক্তরে, অঙাং অসি শোয়দনা উ-নবা তারে।" লমহুই হনুবনা " ফরে-ফরে লাকও ! চৎলসি " হায়দুনা মখোয় অনী তুংথ-মাঙথা লাকমিন্নরে। খরা চৎলগা কৈগী মকোল অচৌবা অমা থেংনরে লমহুই হনুবদুনা হায়রকই; " পেম্মা ! ঐখোয়গী য়ুম হায়বদু অসিনি, মসিদা চঙলো অদুগা নুংঙাইনা লৈবুরো। " লমহুই অমোম অদুনা " ইস ওম্থোক্লা নুংঙাইরনিদা " হায়দুনা কৈগী মকোল অদুগী মনুংদা চঙখ্রে। অদুগা লমহুই অমোম অদু মচা পোক্রে।

মতম অদুদা লমহুই হনুবা অদুনা মপান্দা লৈরগা ৱাখল খল্লকই। ঐগী নুপীনা লৈরিবসিদি কৈগী মকোন্নি, মানা হোরেন লাক্লগা শোয়দনা ঐখোয়বু হাত্তুনা চাররনি, অদুনদি ঐনা করি লৌশিং তৌসিগে, হায়না মওল-মওল খল্লে, খনব-মখৈ খল্লগা মমৈথংদা লৌশিং অমা লাক্লদুনা লমহুই অমোমদুদা হায়রকই; " তারিব্রা পেম্মা ! ঐখোয়না লৈরিবসি কৈ, নোংশা য়াম্না কনবা মফমনি। ঐ মপানদা অসুম লৈগে মখোয় লাকপরা য়েংগে। করিগুম্বা লাক্লবদি ইচাশিং অদু য়াম্না হৌনা কপহল্লকউ, অদুগা ঐনা উথক্তগী " হায় নুপী! অঙাংশিং অদু করি তৌরবগে কপল্লিবদু হায়না হংলক্কে। মদুদা নঙনা খঙজদ্রে নঙগী নচাশিং অসি পুবা থাংবা ঙমজদ্রে, হৌজিকপু কৈ চাগে হায়না নিংঙাই তৌরিবনি অসুন্না হেক খুল্লকউ। অদুদা ঐনা ঙরাং ফাবা কৈ অদুদি কৈদৌরবগে হায়রক্কে অদুদসু নঙনা অমুক তগৎ-তগৎ তেকপা চাগে চজিক্তি চানীংদে হায়দুনা নিংঙাই তৌরিবনি, হায়না খুল্লকউ।" অসুম হায়না পাউমেন্নরগা উথক্তা লমহুই হনুবদু কাথৎখ্রে।

কৈ অদু মচিঞ্জাক থিবুবদগী মকোন্দা পোথারগা চাগে হায়দুনা অচৌবা শজি অমা চিংলগা লাকপা অদু লমহুইনা উথক্তগী লাপনা উরে। লমহুই লাবা অদুনা " হায় নুপী তারিব্রা! কৈজাউ অমা লাক্লে চেকশিল্লু, ঐনা হায়খিবা অদু কাউগনু।" লমহুই অমোম অদুনা থোক্তুনা য়েংবদা কৈ লাকপদু উরে। খরা

নকশিল্লক্লবদা লমহুই অমোম অদুনা মচাশিং অদুখরা নেৎ খুজিন্না খরা খোৎ ঔদুনা পঙকপ্তা কপহল্লে। মচাশিংনা কপ্লকপা অদুদা লমহুই হনুবা অদুনা উথক্তগী য়াম্না হৌনা লাউরকই; " হায় নুপী! করি তৌরবগে অঙাংশিংনা ঙসি মথৱাই নুংঙাইতনা কপ্লিবদু ?" লমহুই হনুবগী ৱা অদু তাবদা অমোম্দুনা " খঙদ্রে নচাশিং অসিগী নিংঙাই-জাউশিং অসি খাঙবা ঙমজদ্রে,

হামেংগী শদুম পী মফত্তে

শজিগী শদুম পী মফত্তে

ষণগী শদুম পী মফত্তে

নোংশাগী শদুম পী মফত্তে

হৌজিকপূ কৈগী শদুম পীউ চাগে হায়নে " হায়না হায়রক্লবদা লমহুই হনুবা অদুনা লাউরকই; " ঐনা ঙরাং ফারকপা কৈ অদু পীজৌদনা " লমহুই অমোম অদুনা " ও! ঙরাংগী চজিক্তি চানীংদে, ঙসি ফাবা তগৎ-তগৎ তেকপা অদু চাগে হায়নে। " লমহুই হনুবা অদুনা " ফরে অদুদি লাংগনু আদা কৈ অমা লাকপা উরে, মসি ফাবুখিগে।" হায়নবা অদু কৈ অদুনা তাবদা " এ! ঐগী উমং অসিদা কনাগুম্বা অচৌবা ঐবু চাবা ঙম্বা হাৎপা ঙম্বা লৈরে.খল্লদুনা কৈ অদুনা চিংলকপা শজি অদু হুন্দোক্লম্লগা মমৈ থাগত্তুনা চেনখ্রে। লমহুই হনুবা অদুগী তাত্তা কৈ অদু চেনখি। কৈনা চেনখ্রবদা লমহুই হনুবা অদুনা উদগী কুম্লক্তুনা শজি অদু চিংশিল্লগা মতৈ-মওউ অমদি মচাশিংগা লোয়ননা চাদুনা কৈ মকোন্দা নুংঙাইনা লৈখি।❑

# লমহুই লৌশিং

থায়না মমাঙঙৈদা উমং অমদা য়াম্না লৌশিং শিংখ্রবা লমহুই অমা লৈরম্মী। উমংগী ময়াই অদুদা চাউরবা পুখ্রী অমসু লৈরম্মী। পুখ্রীদুদা লাইরেল অমোম অমনা মচা তরেৎকা লোয়নদুনা লৈরম্মী।

নোংমদি লমহুই অদুনা কোয়রকপদা লাইরেল মমাদু মচাশিংগা মচিঞ্জাক থিবা চৎপদা হেক থেংনরে। লাইরেল মচাশিংদু উবদা লমহুই অদুনা চানীংবনা মতিল কুৎ-কুৎ হেক য়োৎলি। অসুন্না নুমিৎ খুদিংগী হেক-হেক য়েংলকপসি মতম শাংলক্রে। অদুনা মতৌ করম তৌদুনা লাইরেল মচাশিং অসি চাসিগে হায়বা ৱাখল তৌরক্রে। অশিংবা লমহুইনিনা য়াম্না থুনা পাইরক্কী লৌশিং অমা লাক্লদুনা লাইরেল মমা মচাশিংনা লাক্কদবা লম্বী অদুদা লমহুইনা ফম্লদুনা লাইরিক হৈবা শারদুনা চৈতেক অমা পায়রগা লৈবাক অদুদা করি করিনো খোৎলদুনা লৈরে, লাইরেলদু মচাশিংগা লোয়নদুনা লাকপা উবদা লমহুই অদুনা মচিনদা " লত, লহ, পও " হায়না হায়রগা হেক চোংলে। মদু উবদা লাইরেল মপীনা হংলকই " ও! লমহুই নঙনা তৌরিবদু করিনো ?" হায়না হংলকপদা লমহুইনা খুম্লকই, " ঐবু লমহুই হায়না তাপ হেক্তা হায়বদি ব্যবহার য়াউদবদি য়ারোই। ঐসি শা কৈ, শওম, নোংশা, শামুনা ফাউবদা লাইরিক হৈবনি হায়দুনা পণ্ডিত হায়না কৌদুনা ইকায়খুম্নরিবনি, অদুনা তাদা পণ্ডিত হায়না কৌগদবনি।" অদু তাবদা লাইরেন্না খঙনিংদুনা হংঙি, " তাদা পণ্ডিতনা হৌজিক চোংবদা লত, লহ, পও " হায়না চোংবদু করি হায়রিবনো ? অমুক্তা খঙবা য়ারোইদ্রা ?" হায়লক্লবদা লমহুইনা অদুদি অসিনিদা " লত, হায়বদি লাইরিক তম্মু হায়বনি, লহ, হায়বদি লাইরিক হৈরবদি হায়বনি, পও, হায়বদি পণ্ডিত ওই, হায়বনি।" মদু তাবদা লাইরেল মপীনা মচাশিংদু লাইরিক তমহন্নিংলে পণ্ডিত ওইহন্নিংলে। লাইরেন্না লমহুইদা হায়রকই, " তাদা পণ্ডিত ঐগী ইচা তরেৎ অসি লাইরিক

হৈননবা খরা তম্বীয়ু " হায়রবদা লমহুই অদু ঈবুঙ্গনীংবগা থোঙ তেকপগা মান্নরে, মপুক্কিংদা হরাউবনা লোইরে। অদুবু অশিংবনিনা তাৎ তৌশিন্নরগা হায়রকই, " খঙদেদা তৌদৌরিবসি, থবক্লা থবক চিনবনে, কুঠি য়েংবা, যাগযজ্ঞ, ষষ্ঠী পূজানচিংবা কয়া লৈবসিদা মতমবু শংদে।" লাইরেন্না হায়জরকই, " শংলবসু শংদ্রবসু নচানি খন্দুনা তাকপীদবা তম্বীদবা য়াদ্রবনি, ঐদি লাইরিক হৈবা ওস্তোক্লা পামজখ্রপোৎনি। তাদা পণ্ডিত য়ুমদা অদুম লৈবিয়ু, ঐ অঙাংশিং অসি থাজরক্কে, অয়ুক খুদিংগী খরা তম্বীদবা য়াদ্রবনি। " হায়না হায়রবদা লমহুইদু হরাউবগী ওমখৈ লৈখিদ্রে, খরা তল্লব " হোয়-হোয় তম্বীদবা য়াদে হায়রবনিনা তম্বীরগে, হায়রল্লগা লমহুই অদু ময়ুমদা লাক্লে। লমহুই লাবা অদুনা লমহুই অমোমদা হায়রকই; " হায় নুপী! ঐনা মতম কুইরবনি ঙায়দুনা লৈরক্লিবা লাইরেল মচা তরেৎ খক চাগে হায়দুনা লুপ্লকপনি, ঙসিদি মদু চাবা ফঙবা তারে, অদুদি ঐ লৌশিং তাক্লগে। লাইরেল মচাশিং অদু লাক্লগা ঐনা থোঙজিন্দা লৈরগা নঙবু খুরম্বা চঙহল্লক্কে, মদুদা নঙনা নুং অমা পায়রগা মকোক্তু নুংনা হেক-হেক শুদুনা হাৎলগা মনিংলোমদা লোত্তুনা থল্লবা মতুংদা নঙনা লোইরে হায়বদা মথং অমা অমুক থাজল্লক্কে " হায়দুনা মাগী নুপীদা লৌশিং তাকখ্রে।

মথং নুমিৎ নোংঙাল্লকপদা লাইরেন্না মচাশিংদু শেংনা ঈবুঙ্গবিদুনা তবু-তবুনা শেম শাদুনা মচা তরেৎ অদু মহৈ তম্নবগীদমক লমহুইগী ময়ুমদা পুদুনা লাক্লে। মচা তরেৎ অদু লমহুইগী মফমদা খুরল্লগা শিন্নরে। মতম অদুদা লমহুইনা হায়রকই; " লাইরেল নঙগী নচাশিং অসি নুমিৎ তরেৎনি শুদ্রিবা ফাউবদি ঐগীদা লৈবা তারে। করিগুম্বা ঐনা লাইরিক তম্বীবদা মখোয়না হৈতবা থোক্লবদি হৈনবা মতম খরসু চোম্থদুনা লৈবা তারবদি ঐনা হায়রক্কনি, ঐনা হায়রক্তি ফাউবা নহাক লৌবা লাকপা য়াদে। অদুনা ঐনা ঙসিদগীদি নীংথিনা পীজ-পীথক তৌদুনা ইচাগুম্না থম্লগদবনি।" হায়বা ৱা অদু তাবদা লাইরেন্না থাজদুনা মচা তরেৎ অদু শিন্নরল্লগা ময়ুমদা হনখ্রে। লমহুইনা নীঙবা থুংলে খন্দুনা লাইরেল মচাশিংদা হায়রকই; " ইচাশা হৌজিক্তী লাইরিক তম্বা হৌরসি, অদুনা ইমুংদা নমা লৈরমগনি, বিদ্যা তম্বা হৌবা নুমিৎতি অহল, লমন্দা হান্না খুরমগদবনি অদুগা ইবুংঙো নখোয়না ইমুংদা চঙলগা নমাদা খুরম্মু, নমানা নুংশিনা নঙগী নীংবা পুন্নমক থুংজবা ওইরো হায়না নকোক্তুদা মখুৎনা হেক নাল্লিমখৈ হৌগৎপা য়াদেকো " অদু লোইরগা লাইরিক তম্বা হৌরসি, হায়রগা অহানবদা লাইরেল মচা অহল অদু থাজিল্লক্লে। লাইরেল মচাদুনা প্রপ-প্রপ ইমুংদা চঙখিদুনা লমহুই অমোম উবদা " ইমা " হায়দুনা খুরল্লে। মতমদুদা

লমহুই অমোমনা নুং অমা পায়রগা মানা ফল্লিবা নুংপাক অদুদা মকোক্ক নোঙ্খদুনা লৈরিঙৈদা মকোক্কুদা শুদুনা হাৎতোক্লে, অদুগা মনিংদা থমজিনখ্রে। নুংনা থাবগী ঈ তাহৌবদু মরৈনা লেকথোক্কুনা মফম অদু শিৎ নাল্লে, অদুদগী মচিন-ময়া মখুৎ মশা শেংনা হামদোক চামথোক্লবা মতুংদা " লোইরে " হায়দুনা হায়রবদা মথংদা অমগা অমুক থাজিল্লক্লে মদুসু হাৎতোক্লে। অসুম তৌনা মথং-মথং হাৎতুনা লোইরবদা লমহুইনা লাইরেল মচাশিং অদু নোংমগী খরা-খরা চাদুনা মতম খরা নুংঙাইনা লৈরে।

অসোমদদি লাইরেল মমা অদু লমহুইনা " ঐনা হায়রক্লি ফাউবা নহাক লৌবা লাকপা য়াদে।" হায়বদুদা লমহুইনা করি নুমিৎ লৌবা লাকউ হায়রক্কবা হায়দুনা খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরিঙৈদা মচাদি লোইনা চাথোকখ্রে। মতাং অসিদা লমহুই মতৈ-মনাউ অদু মফম'সিদা লৈবা য়াদ্রে হায়দুনা অবাম্পা উমং অমদা লাইরেন্না থেংনদনবা, লাইরেন্না থেংনখ্রগদি শোয়বা তাবে খন্দুনা মফমদুদগী চৎখ্রগা অতোম্পা উমং অমদা নুংঙাইনা লৈখ্রে।

অসুন্না থা অমা শুরক্লে, লাইরেন্না " তাদা পণ্ডিত লমহুইনা ঙসি ফাউবদা লাকউ হায়রক্কবদি করি তৌবা য়াউরবনো " হায়দুনা য়েংবা লাকপদদি মচাশিং অদু অমতা লৈরমদ্রে, অদুগা লমহুই মতৈ-মনাউসু লৈরমদ্রে। লাইরেন্না কোইয়েং যেংবা কোইথি থিবদা মফম অদুদা মচাশিংগী শরু-শরাং খরা তাদুনা লৈরম্বদু থেংনরে। মদু উবদা লাইবেল ভাব তারক্কুনা " লমহুইগী তাৎতা ঐনা থাজরুবদগী ইচা তরেৎমক মথৱাই মাঙলে " হায়না নীংঙমদনা কপ্পুনা লৈবে।

নোংমা অয়ুক লাইরেন্না মথৱাই নুংঙাইতনা লমহুই হাৎকনি হাযদুনা লমহুইগী মকোন থির-থিরদুনা লাকপনা উমং অমদগী অমদা লান্দুনা লাক্লে। অসুন্না ৱানা থিরকপনা মমৈথংদদি লমহুই পণ্ডিত মতৈ-মনাউগী মকোন অদু হেক থেংনরে। অশিংবা লমহুইনিনা হান্না খঙলদুনা মকোন্দগী থোক্কুনা মচিঞ্জাক থিবা চৎখি। নুমিৎ তারমদাইদা লমহুইদু মকোন্দা লাক্লে, অদুবু অশিংবনিনা লমহুইনা চিংনরদুনা ময়ুম লোমদা ওনশিল্লগা, " হো য়ুম, হো য়ুম " হায়দুনা কৌরকপদা অহানবদা খুম্লমদে, লাইরেনদু অকোনবদদি খুম্বনা চুমদৌমাল্লে হায়দুনা " হো লৈয়ে, চঙবিরকউ " হায়না খুম্মুরে। লমহুইদু লাইরেল লৈরে হায়বা খঙলদুনা মমৈ-মনা থাগৎলগা তিংখত্তুনা চেল্লক্লে।। লমহুইনা নাম্বোক্কুনা চেনখ্রবদা লাইরেন্না " অচ্চা। লাকচৈদা " হায়রগা তকসি শোন্দুনা লৈহৌরে। লাইরেনদুনা তাঞ্জা চাবা অমদা লমহুইদু হাৎলগে খন্দুনা লৈখ্রে।

নোংমদি লমহুইদু তুরেল ৱাংমদা মচিঞ্জাক থিবা চৎকদবগী তুরেল

মপান্দা কুমথরকপদু লাইরেনদুনা হেক উবুরে। লাইরেন্না মদু উবদা " নুংঙাইরেদা ঙসিদি তাঙ্গা চারে, লমহুইদি অপুম অশা পান্বনিনা; ঐ ষণ অশিবা শারগা মানা লৈরিবা অসিন্নাইদা ঐ তাউথরগে "হায়দুনা তুরেলগী ঈচেলদুদা অসুম তাউথরক্লুনা লমহুইনা লৈরিবা মপা অদু য়ৌরক্লে। তাউথরক্লিবা ষণ অশিবদু উবদা হেক চানিংঙি, অদুবু অশিংবা লমহুইনিনা মাগী চিংনবা কোক্লবা হায়রকই; " হো ষণ অশিবা, অশোমদা লাকউ " হায়না লমহুইনা কৌবদু তাবদা অপঙবা লাইরেন্নিনা লমহুইগী মনাক্তা তপ্না-তপ্না চঙশিল্লক্লে। মদু উবদা লমহুইনা থিনা চৈরকই, " ও! অপঙবা লাইরেল নঙনা ঐবু হাৎকে তৌজ-শারিদু ঐদি নোক্লুম নোকনিংঙি, অপঙবা নঙনসু অশিংবা ঐবু চাগে তৌজশারিদো নপুন্সিদা ঐবু চাবা ঙম্লোই " হায়রম্লগা মমৈ থাগৎলগা তিংখক্লুনা চেল্লক্লে। নুমিৎ অদুদগী লমহুই অদু মমিৎ-মনা শিংনা লৈরে। নোংমা উমং অদুদা লমহুইনা মচিঞ্জাক থিবা থোরকপা, লাইরেল মচিঞ্জাক থিবা থোরকপদা মথোয় অনী কোক হেক থেংনরে। লমহুইনা "এ! ঙসিদি লাইরেন্না চাদুনা শিবা তারে হায়দুনা মানা লাকপা লম্বী অদুদা হু-লৈদুনা হনদুনা মনিং তেকথোক্লুনা চেল্লক্লে। মদু উবদা লাইরেন্না মোংশোঙ কয়া শমদুনা জিরি-জিরি তান্নরকপদা ফঙলদুনা লমহুইগী মমৈ অদুদা তাপ চিকপদা লমহুই অদু চেনবদা হায়রং-ভুরং তৌদুনা লৈরে। লমহুইনা শিবা তারে খল্লদুনা পাইরক্কী লৌশিং অমা পুথোক্লুনা " ইমৈ নত্তে তৌরানি " হেক হায়বা। লাইরেন্না মদুদা থাজরদুনা মানা চিক্লম্বা লমহুইগী মমৈ অদু খঙথা হেক থাদোকপদা লমহুইদু খঙচেন চেনখ্রে। খরা চেল্লগা লমহুইনা লাইরেন্দা ওনশিল্লগা " তৌরা নত্তে ইমৈনি " হায়দুনা লাউরম্লগা কন্না চেনখ্রে। লাইরেন্দু শাউদুনা অমুক হন্না তান্নরকপদা ফঙদ্রে। কান্নররোই খন্দুনা লাইরেন্দু মথংদা অমুক হন্না লমন খুমগে খন্দরে।

লৌশিং ফত্তবা হৈবা কাঙবুদি মতম পুন্নমক্তা ফত্তবা লৌশিংতা তৌদুনা লৈ। লমহুইগী ফত্তবা লৌশিংদা লাইরেন্দু মচা তরেৎ অদুসু মাঙজখি। অপঙবা হায়বসি মতম পুন্নমক্তা ৱাদুনা মপুম থিক্লুনা তোকই।❑

# লমহুইগী বিচার

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ অমগী মচানিপা অমখক লৈরম্মী। নিংথৌগী মচানিপা অসি মালেম লৈবাক'সি থুংনা কোইনীংলম্মী। নোংমদি মপা নিংথৌ অমদি মমা মহারাণীদা হায়রকই; " পাবুং অমদি ইমা মহারাণী নচানা খুরল্লগা হায়জরি, অদুদি মালেম লৈবাক'সি থুংনা অমুত্তং কোইজরুগে. মসি নচানা মতম কুইনদগী খঞ্জলক্লবা অমদি ল্যাইনীং ওইনা নীংজলক্লবা আশানি।" মচাগী ৱাহৈ তাবদা নিংথৌ অমদি মহারাণীনা মচাগী নীংবা থুংনবা চৎচরো হায়না য়াথং পীরক্লে। নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা নিংথৌমচাদু লম্বীদা চানবা পোৎ-চৈ চেংয়েন অদুগা সনা-লুপা খরা য়োল্লগা মপা নিংথৌ অমদি মমা মহারাণী খুরল্লগা ময়ুম শঙ্গাইদগী থোক্লুনা লাক্লে। মানা অসুম-অসুম লাকপনা লৈবাক কয়া ৱাংমা লান্না লাক্লে।

নোংমদি নিংথৌমচা অদুনা লাকপদা চাউরবা পাক্লবা তুরেল অমা থেংনরে। তুরেল অদুগী মপান্দা লেপ্লগা কোইলৈ-লৈদুনা য়েংবদা হি-নচিংবা করি অমতা লৈবা উরমদে। নিংথৌমচা অদুনা তুরেল'সি করন্না লাপ্লোক্কনি হায়দুনা চিন্তা তৌদুনা লৈরিঙৈ. তুরেল অদুদা গোরিয়াল অমনা নিংথৌমচা অদু উরদুনা মহাক্কী মনাক তান্না লাক্লগা হায়রকই; " নিপামচা করিগী অদুক চিন্তা তৌদুনা লৈরিবনো?" গোরিয়ান্না হায়বা ৱাদু তারগা নিংথৌমচানা হায়রকই; " তুরেল'সি করন্না লাপ্লোক্কনি হায়দুনা চিন্তা তৌদুনা লৈরল্লিবনি " গোরিয়ান্না " এ! অদুগী ওইরে, অদুদি চিন্তা তৌরুরনু ঐনা নঙবু শোয়দনা লাপ্লোকপিগনি।" গোরিয়ালগী ৱাফম অদু তাবদা নিংথৌমচানা " অদুদি ঈশিং ঈয়াই য়ৌরগা নঙনা ঐবু চাগে হায়রবদি " গোরিয়ান্না " ঐ করিসু চাজরোই সত্য-সত্যনা সাক্ষী ওইশনু " হায়না ৱাশক্লবদা নিংথৌমচানা থাজদুনা গোরিয়ালগী মনঙ্গন্দা তোঙখৎখ্রে। গোরিয়ান্না নিংথৌমচা অদু পুরগা তুরেল অদুগী ঈয়াই য়ৌরবদা চানীংবনা মতিন

কুৎ-কুৎ য়োৎলে অদুনা হায়রকই; " নিপামচা ঙসিদি ঐনা নঙবু চাবা তারেদো।" ৱা তাবদা নিংথৌমচা অদু কিবনা লৱাইগী শম চপ-চপ য়ুংলম্মী। অমদি ৱাখল তৌরকই, করম্না তৌরগা ঐনা ঐবু গোরিয়ালগী খৈয়াৎতগী কনশিবা হায়না খনবদা লৌশিং অমা লাক্লদুনা হায়রকই; " নঙনা চারোই হায়দুনা ৱাশক্লুনা ঐবু পুরকপনি, অদুনা আদা তুরেল মপান্দা শজিক চারিবা ষণ অসিদা বিচার তৌহল্লগা মানা চাও হায়রবদি ঐবু চাউ।" ৱাফম অদুদা গোরিয়ালসু য়ারদুনা নিংথৌমচা অদু ষণ অদুগী মনাক তান্না পুরক্লে। গোরিয়ান্না ষণবু কৌরগা লাউরকই, " ও! মরূপ ষণ, ঐনা পুরক্লিবা তাইবং মী অসি চাওরা চাগনুরা ?" ষণনা খুম্লকই, " মরূপ গোরিয়াল, তাইবং মীনিবু হায়রবদি হেক্তা থারুরনু, মখোয়না ঙম্মী হায়দুনা ঐবু ষণপোৎ খোই, ষণ গাড়ীদা পোৎ অলুম-অলুম্বা কয়া চিঙহন্দুনা য়াম্না ৱাহল্লিবা চাথোকউ।" ষণগী ৱাদু তারবদা গোরিয়ান্না " তারব্রা? হায়রিবা অসি অদুনা ঐনা নঙবু চাবা তারে।" নিংথৌমচানা " ঙাইখো গোরিয়াল আদা লাক্লিবা গাধা অসিদা অম্রুক হংখিসি, গোরিয়ালসু য়ারদুনা গাধা অদুনা মখোয়গী মনাক হেক য়ৌবকপদা গোরিয়ান্না হংলকই; " ও। মরূপ গাধা ঐনা পুরক্লিবা তাইবং মী অসি চাওরা চাগনুরা ?" গধা অদুনসু খুম্লকই. " মরূপ তাইবং মী হায়বসি মীনুংশি খঙদবনি। ঐবু মখোয়না নোংজু-নোংশা খাক্তনা ইনন্দা অরুম-অরুম্বা পোৎ কয়া পুহন্দুনা ঐবু অৱাবা পিরিবা অদুনা থারুরনু চাথোকউ।"গাধাগী ৱাদু তাবদা গোরিয়ান্না " তারব্রা? হায়রিবা অসি অদুনা নিপামচা নঙবু ঐনা শোয়দনা চাবা তারে।" মখোয় অনীনা ঙাংনরিবা অদু লমহুই অমনা লুমদুনা লোইনা তারম্মী। লমহুইনা নিংথৌমচা অসিগী মথৱাই করম্না কনশিগে খন্দুনা মখোয় অনীগী মমাংদা ৱাখল তৌরগা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলম্মী। নিংথৌমচানা লমহুই অদু উবদা অসুম্না হায়রকই; " হে গোরিয়াল তাউ, ঐ ৱা হায়গে, করিগুম্বা চাংয়েং অমা য়েংনা মাইথিরবদি ইপা-ইপুগী অহুমরক য়েংড়ু হায়না হায়নবা ৱা লৈ : ঐ নঙগী নফমদা অনীরক মাইথিরে অদুনা অহুমরক শুবসিদি আদা লৈরিবা লমহুই অসিদা অমুক্তংগা হংখিসি। মাগী পাউখুমদা করিগুম্বা ঐবু চাও হায়বরুদি নঙনা ঐবু চাও।" নিংথৌমচাগী ৱাদুদা গোরিয়ান্না চুম্মী খন্দুনা হন্দক্কী'সিনা অরোইবা চাংয়েংনি হায়রগা লমহুইদা হংলকই, " ও! লমহুই ঐনা পুরক্লিবা নিপা'সি চাংয়েং অনীরক্তা মাইথিরবা নিপামচাসি চাওরা চাগনুরা ?" লমহুইনা গোরিয়ালদা হায়রকই, " ঐ নঙোন্দা পাউখোঙ অমা চনগে, মদু খোঙবা ঙম্লবদি নিপামচাদু থারুরনু চাথোকউ।" লমহুইগী ৱাদুদা গোরিয়ালসু য়ারে.

অদুদি ঐ পাউখোঙ চল্লগে তারো, " উদবদগী চোংদবনি, উরল্লবদি চোংলমগদবনি " হায়না পাউখোঙ অদু চল্লগা নিপামচা অদুদা লমহুইনা ইঙ্গিৎ পীরকই। নিংথৌমচা অদু লমহুইগী পাউখোঙ অমদি ঈঙ্গিৎ অদুদা ভাব খঙতা তারম্মী। গোরিয়ালদি লমহুইগী পাউখোঙ অদুদা উংদুনা লৈখ্রে। তাঙ্গা অদুদা নিংথৌমচানা গোরিয়ালগী মথক্তগী মপাঙ্গন লৈজবা থাদুনা অমুক্তং ফন চোংলকপদা উচিন-নাচিন তুরেল অদুগী মপান্দা তাদুনা মথক্তা কাখৎখি। নিংথৌমচানা লমহুই অদুবু থাগৎলল্লগা মথল্লাই হিংদুনা মফম অদুদগী অমুক লম কোইবা লাক্রে। নুমিৎ অদুদগী গোরিয়াল্লা মখা করক-করক চিক্লগা লমহুইদা " খঙগনিদো " হায়না শিংখি।

নোংমদি লমহুই অদুগী নুপী লমহুই অমোমনা অঙাং উন্নদুনা লৈরিবী অদুগী চানবা করিমতা লৈতবদগী তুরেল'দুগী মপান্দা অপুম্বা তাউরকপরা হায়দুনা কোয়েং-কোয়েং য়েংদুনা লৈরিবা অদু ঈশিংদা লৈরিবা গোরিয়াল্লা উরে। ঙসিদি লমহুই নঙ খঙগনিদো ঐগী চিঙ্গাক ওইরগে, হায়রগা লমহুইনা য়াম্না পাম্বদি অপুম্বনি। গোরিয়াল্লা অপুম্বা শাদুনা তুরেলগী ঈচেন্দুদা লুপ্লি-লুপ্লি তাউথরম্মি। লমহুইনা ময়ুমদা চানবা লৈহৌদবা অদুগী ল্লাখলদা উংখিদুনা তাউথল্লিবা অদু অপুম্বা নত্তে হায়বা ল্লাখল ইখন-খম্বদনা অপুম্বনি হায়দুনা অপুম্বসি চিংখৎলগা মাগী নুপীগী পুরগে খন্দুনা ঈশিং ঈচেল অদু ঙাক্লবা চৈশু অমা পায়রগা কুমথরকই। গোরিয়াল্লা লমহুইগী মনাক হেক য়ৌরকপদা অপুম্বা শারম্বা গোরিয়াল্লা লমহুইগী মখোঙ তাপ-লাওনা লাক্লগা চিংলকপদা লমহুই অদু খঙপ্রেক খঙঙি, এ! অসিদি গোরিয়ালনিনা হায়বা খঙলদুনা করম্না নাম্বোকসিবা উপায় থিরকই। শিংখ্রবা লমহুইনা খঙহৌদনা পাইরক্কী লৌশিং অমা লাক্তুনা হায়রকই; " ঈখোঙদদি পায়দ্রদুনা ঐগী চৈশুদবু পায়রিবসিবু ওম্বোক্লা পঙখ্রেদা অপঙবসিদি। " গোরিয়াল্লা চৈশু ওইরোই নীংদুনা খঙথা থাদোকপদা লৌশিং শিংবা লমহুইনা কংফান্দা ফন চোংখৎখ্রে। লমহুইনা করেম্ননা নোক্লগা লাউরকই; " হায়! গোরিয়াল হায়বা অপঙবা চাকয়াম চাবা থিয়াম ফাইবা শকথিবা নঙনসু লৌশিং লৈরবা শিংবদা মপা লৈত্রবা লমহুই ঐবু শিংনবা শারি, নোক্তুম নোক্লিংঙি অপঙবসিদি। নত্তিন য়োক্তুনা লৈহৌরো, মপোক-মপোক থুদিংদা ঐবু নঙনা ঙমগনি হায়বা খনগনু।" হায়না হায়রম্লগা উমং তম্না মাগী নুপীগী মচিঙ্গাক থিবা লাক্রে। লমহুইনা উমং অদুদা শা মচা অমতং ফংলবদি হায়দুনা অসুম-অসুম কোইনা থিরকপদা শা অমতা ফংখিদ্রে, ল্লারদুনা ময়ুমদা হল্লগে হায়দুনা হল্লকপদা মানা মথল্লাই কনবিখিবা নিংথৌমচা অদুসু লৈবাক

মালেম'সি কোইরুবদগী মযুমদা হল্লগে হায়দুনা হল্লকপদা মখোয় অনী উমং অদুদা কোক হেক ফংনরে। নিংথৌমচানা লমহুই অদু হেক উবদা " মরূপ লমহুই করম-করম পাল্লি, নুংঙাইরিব্রা?" লমহুইনা " মরূপ ঐ অৱাবা তারে, ঐগী নুপীদু অঙাং উন্নদুনা লৈরি, মাগী চানবা শা মচা অমতং ফাগে থিবদা উমং অসি থুংনা চৎলবনি অদুবু করিগুম্বা শা অমতা ফংখিদ্রে।" নিংথৌমচানা অদুগীদমক ওইরে, অদুদি নহাক মফম অসিদা ঙহাক্তং ফল্লমু হায়রগা উমং অদুদা কোইথি থিরগা শজি মচা অমা হাৎলগা লমহুইদা পীরে। লমহুই অদু হরাউবগী ঙমখৈ লৈখিদে। অদুগা নিংথৌমচাদা থাগৎপগা লোয়ননা " মরূপনা ঐগী মথৌ তারকপা মতমদা ঐবু কৌবিরউ, ঐনা ঙম্বা মতেং শোয়দনা পাংজগনি " হায়না হায়রল্লগা হরাউ-হরাউ শজি মচা অদু চিংল-চিংলদুনা মকোন তম্না হনখি।❏

# লমহুই নিংথৌ

থায়না মমাঙঙৈদা উমং অমদা য়াম্না শিংবা লমহুই অহল ওইরবা অমখক লৈরম্মী। অহল ওইরকপগী হৌনবা মপাঙ্গল য়াম্না শোনবা মরম্না শা ফাদুনা চাবা ফাউবা ঙমদরে। নোংফাদোক কৈনা, শওম্না, নোংশানা চাখিবগী অরেম-অপা মচেৎ-মকায় হুন্থোকপদু চারগা লেল্লে। নোংমদি কৈ অমদি নোংশানা শজি ফাদুনা চাবা উরগা মহাকসু চানীংবনা খাঙদুনা লৈবা ঙমখিদে, মরম অদুনা মহাক্কী থম্মোই য়াম্না নুংঙাইদ্রে। লমহুই হনুবনা ৱাখল তৌরকই, " ঐনা শাশিংগী নিংথৌ ওইরবদি ঐনা চানীং-চানীংবা শা চাবা ফঙগনিসে।" হায়বা ৱাখল অসি খল্লদুনা মহাক্না শাগী নিংথৌ করম্না ওইগনি। হৌজিক হৌজিক শাশিংগী নিংথৌদি নোংশানা ওইরিদো, ঐনা কবম্না শাগী নিংথৌ ওইগনি। হায়বগী ৱাখলদা চাব-থকপা, তুম্বা পুন্নমক কাউখ্রে। শিংখ্রবা লমহুইনা ৱাখল খন্থরকই, করম তৌসিগে খন্দুনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি, মমৈথংদা খঙহৌদনা পাইরক্কী লৌশিং অমা লাক্তুনা মহাক্না মশক ওন্থোক্লবা মহাক্কী শনুগী কোম অমা লৈরিবা অদুদা চোংথরে। মশা পুন্নমক শনুনা পুমঙৌ ঙৌরে। অদুদগী শনুগী কোমদগী কাখৎলক্তুনা মশাবু শাশিংগী নিংথৌ ওইবা য়ারদ্রা য়েংবদা য়ারগনি হায়বা খল্লদুনা খুদক অদুদা শাশিংনা লৈরিবা মফম অদুদা চৎখিদুনা কৈ, শওম, নোংশা ময়াম লৈরিবা ময়াই অদুদা ফন চংশিল্লক্লগা হায়রকই; " ঐসে মহাদেব ইবুংঙোনা শাশিংগী নিংথৌ ওইয়ু হায়দুনা থারকপনি।" হায়না হায়বা ৱাদু তাবদা শাশিং অদু ঙক্লদুনা তুমিন-তুমিন মখোয় মশেন য়েংনরগা ঙাঙনরে, " লাক্লিবা শা অসি মহাদেবনা থারকপা শোয়দনা ওইরিগনি " অদুনা মহাকপু শা পুন্নমক্কী নিংথৌ হাপ্লসি " অসুন্না হায়দুনা ময়াম্না য়ানরদুনা লমহুইবু নিংথৌ হাপখ্রে।

লমহুই অদু নিংথৌ ওইরবনিনা শা ময়ামদা থৌদারক্লে, " ইনাইশা, শজি

শদোং চানীংঙি পুরকউ " হায়বদা শাশিংনা শজিগী শদোং হেক্তা পুরক্লুনা পীজে। মথংদা " হামেংগী শদোং চানীংঙি পুরকউ " হায়বদা অদুসু শাশিংনা হামেংগী শদোং হেক্তা পুরক্লুনা পীজে। অসুম তৌনা লমহুইনা নিংথৌনি হায়দুনা মানা চানীং-চানীংবা শা মথৈ চাদুনা নুংঙাইনা লৈরে। অসুন্না চহী অনীরোম লৈরক্লবদা নোংমদি লমহুই ময়াম্না মনাক্তা হেক-হেক খোঙলরবদা খোঙনীংমনখিদুনা ময়া কাথোকত্না খজিক্তমক তপ্না কেহু-কেহু হায়না হেক খোঙলুরে, থৌগল তৌরিবা শা ময়াম অদুনা " এ! অসি লমহুইনিনা " হায়বা খঙলদুনা শা ময়াম অদুনা ফারগা মমৈ, মনা, মতু ফোইদংলগা মমায়দা, মশাদা খুজিন্না খোংলগা থাদোকখ্রে।

অসুম তৌনা লমহুইগী নমথাক অদু খঙখিবদগী মতুংদদি লমহুই অদু শা চাবা ফঙখিদে। জাৎকী হৈনবী হায়বসি হেক থাদোকপা ঙম্বা নত্তে। মরম অসিদগী লমহুইনা মতম য়ৌরগা খোঙঙি, ফাবুরবা ঈশৈদি নোংমতসু ঙংনীংঙি, হায়না হায়নরিবা অসিনি।❑

# লমহুই অমসুং কৈ

থায়না মমাঙউদা লৈবাক অমদা হায়নিংঙাই লৈতনা মতিক মগুন লৈবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। নিংথৌ অসিগী অচৌবা শামু অমা মফম খঙদনা মাংখিরম্মী। নিংথৌগী মনাইশিংনা শামু অদু মফম-মফম খুদিংদা থিবা চৎখি। অসোমদনা শামু অদু উমং অমগী মনুংদা শিদুনা লৈরে। উমং অদুদা লমহুই মতৈ-মনাউনা মচিঞ্জাক থিবা লাকপদা অশিবা শামু অদু উনরে। শামু অদু উবদা লমহুই মতৈ-মনাউ মখোয় অনী অদু হরাউরে. মচিঞ্জাক অতোপ্পা অমদা অমুক থিদরবসু চাউরবা শামু অসিগী মবুক মনুংদা চংদুনা লৈরগা চারবদি মতম খরদি নুংঙাইনা ফমচা চারনি. হায়না খল্লদুনা মপুক্লিংদা নুংঙাইরে। অসুম্না লমহুই মতৈ-মনাউ অনী অদু শামুগী মনিংদা চিক-চিক্কুনা চাবা হৌরে. শামু মনিংদু মখোয় অনী চংবা য়াবগী মওং উরক্লবদা লমহুই মতৈ-মনাউ অনীদু শামুগী মবুক মনুংদা চংখিদুনা শামু অদুবু মবুক থন্না চারে। নুমিৎ হুমনি মতুংদা লমহুই অনীদু শামু মবুক মনুংদা লৈবা ঙম্লক্কবদগী মপান থোক্লগে খল্লকপদা থোকফম খঙখিদ্রে. থোকফম অদু মেল্লম্লে, মরমদি মখোয় অনীনা মবুক মনুংদা লৈরিবা অহাওবা শরুক অদু চানবা হোৎনবদা শামু মথি খরা লৈরিবা অদু খোৎতোকপদা মখোয় অনীনা চংলকপা মফম অহোবা অদু মেনখিবনা থোকফম খঙদবনি, হায়না খঙলবদা শামু মথি অদু খোৎতোক্লবা হোৎনরিঙৈ. তাঞ্জা অদুদা নিংথৌ মনাই খরা শামু থিরবা লাকপদু মফম অদুদা থুংলরে। মখোয় খরা অদুনা অশিবা শামু অদুবু তুম্লিবনি খন্দুনা মনাক্তা চংলক্লম্মী। মী খরা লাকপগী শহুম ফংবদা লমহুই অমোমনা লৌশিং তৌদুনা শামু খোঞ্জেল শারগা মনুংদগী " হে নিংথৌ মনাইশা ঐ হৌজিক্তি অহল হায়বদু ওইরবনিনা হৌগৎপা ঙমদ্রে, অদুনা ঐগী ইথুন্দা ঘী, থাউ নোইয়ু অদু ওইরৰদি ঐ হৌগৎলক্কে।" হায়না হায়রবদা নিংথৌ মনাইশিংনা শামু পুদুনা নিংথৌদা শিন্নবুরবদি মনা চাউনা ফংগনি খন্দুনা

ঘী, থাউ তিন কয়া পুরক্তুনা শামুগী মথুন্দা তৈবগা নোইবগা তৌবদা মথুন অদু নৌথরে হায়বা উবদা লমহুই অমোমনা অমূক লাওরকই, " নখোয় য়াম্না লাপ্না চৎথোকউ, ঐ হৌগৎলক্লগে " হায়বা তাবদা নিংথৌ মনাইশিং অদু লাপ্না চৎথোকখিবগা লমহুই অনীদু শামুগী মথুন্দগী চোংথোক্তুনা মথরাই হিংনবা চেল্লকপদা নিংথৌ মনাইশিংনা তান্নদুনা লমহুই লাবদু ফারে, অদুগা শরিং শারাক ফবী লমহুই অমোমদি নাম্থোক্তুনা চেনখি। নিংথৌ মনাইশিংনা লমহুই লাবদু কোনুংদা পুরক্তুনা নিংথৌদা ৱারী তৌরকই, " ইনিংথৌগী শামু অদু লমহুই মতৈ-মনাউনা হাৎতোক্লগা চাদুনা লৈরম্মী, অমদি ফাবা ঙমজহৌদ্রে " হায়না তম্লবদা নিংথৌনা " অদুদি লমহুই অদু পুন্দুনা থম্মু, হয়েং ইনুং ঙানবদা মঙক কক্তুনা হাৎলু হায়না য়াথং পীরকই। " নিংথৌগী য়াথং ফংলবদা লমহুইদু শগোল-শঙদা পুরক্তুনা শগোল মরক্তা পুন্দুনা থম্লে। নুমিৎ অদুগী অহিংদা কৈ অমনা শগোল চাগে থন্দুনা নিংথৌগী শগোল-শঙদা লাকপদা লমহুইগা উন্নরে। কৈনা " ছোট মাম্মু শগোল মরক অসিদা নঙসু য়াউদুনা লৈরল্লিবদি করিগীনো ?" লমহুইনা " করি হায়গনি, বড় মাম্মু নিংথৌনা মাগী মচানুপী অদু লুহোংদুনা পীগে হায়বদা ঐনা য়াদবদগী হয়েং নোংঙানবগা লুহোংবিগনি হায়দুনা ঐবু চেনখিনি হায়দুনা ফাজিন্দুনা থল্লিবা অসিনি।" লমহুইগী ৱাদু তাবদা কৈনা " অদুদি য়াম্না লাইবক ফবগী ৱানি, ঐদুম নিংথৌগী ময়া ওইনিংঙ্ব্রেদা।" লমহুইনা " বড় মাম্মু ঐবু পুল্লিবা অসি লৌথোকউ, ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা নিংথৌগী মচানুপী অদু নঙ লৌহৌরো।" কৈনা হরাউদুনা লমহুইবু থাদোক-পীরে। লমহুইনা কৈবু মাগী মহুৎ শিন্দুনা পুন্দুনা থম্বীরল্লে। নোংঙাল্লে, নিংথৌ মনাইশিংনা লমহুই হাৎকনি লাকপদা লমহুইগী মহুৎতা কৈ অমা লৈরম্বা উবদা অঙকপা ফঙলে, মখোয় ময়াম চংদুনা কৈ অদুবু খুদক অদুদা হাৎতোক্লে। মরাল লৈজদবা কৈ অদু পঙলুবদগী, মিহৌরুবদগী নিংথৌ মচানুপী ফঙনীংলুবদগী মথৱাই থাখি। লমহুই লাবনা চেনখিদুনা মাগী নুপীদা ৱারী লির-লিরগা শিদ-শিদা নোকমিন্নখি। ❑

# শিরবসু মরূনা য়ুই ( ১ )

থায়না মমাঙঙেদা খুল অমদা থবক শূনীংদবা মরমচৎ য়াম্ন ফত্তবা হুরানবা অমা লৈরম্মী। হুরানবা নিপা অসিগী নুপী অদু মচানিপা অমা পোক্লম্লগা মনুং মতম চাদনা ঙন্তা শিখিরম্মী। হুরানবা অসিনা খুল অদুদা লৈবা যণ, ইরোই, শগোল অমদি মীগী মপোৎ মচৈ হুরাল্লি। অয়ুক-নুংথিলদনা খুল অদুদা মানা অমগী ব্রা অমদা তল্লগা অমগা-অমগা থৎনহল্লি, অদুগা মানা য়েংদুনা লৈরগা অফবা শাদুনা খামদোকই। হুরানবা অদুগী লমচৎ শাজৎ অদু ময়াম্না খঙনরদুনা মাবু কি তুক্কচবদগী কনানসু মাগা মায়োক্লদুনা ব্রা ডাংনদ্রে। অসুম্না নহা ওইরিঙেদগী ফত্তবা থবক কয়া তৌদুনা লাকপা হুরানবা অদু অহল ওইরক্তুনা মপাঙ্গল শোম্থরক্রে, মীগী ময়ুমদা হুরানবা চৎপা ঙমদ্রে, ময়ুমদা লেঙদনা লৈরে। মপানা হুরান্দুনা চাউনবা য়োক্লকপা মচানিপা অদুসু থবক শূবা নোম্বা তনবদগী মপাগী মহুৎ শিন্দুনা লোন্না-লোন্না হুরানবা হৌরক্লে। মপা হুরানবা অদুদি নোংম-নোংমগী মশা শোম্থরক্তুনা ফমুংদগী হৌগৎপা ফাউবা ঙমদ্রে, কন্না নারে। মদু ফাউবদা খুল অদুগী নহা অহল কনা অমতনা অনাবা হংবা মাগী মনাক্তা লাকপিদ্রে। খুল অদুগী মী পুন্নমক্তা মাদা শিখ্রবদি নুংঙাইগনি হায়না খন্নরম্মী। হুরানবা অদু নোংমগী শোনজিল্লক্তুনা শিরমদাই মতম য়ৌরক্লবদা মচানিপাদু কৌশিল্লগা ইবুংঙো, ইপানা শিরবা মতুংদা খুল অসিনা ইপা- ইচাবু নুংশিদবনিনা কনাসু নঙগী নতেং পাংবা লাকপিরোই অদুনা ইপানা শিরগা পোৎলোইগে খনগনু নতোমতনা পোৎলোইবা ঙমলোই। অদুনা ইপানা হয়েং শিরগা ঐগী ইথুন্দা চৈনা লেংশিল্লগা তুরেন্দা থাদৌ। অসুম্না মচানিপাদা পুকমেন পাউমেন্নরম্লগা হুরানবা অদু শিরে। মপানা হায়রম্বা অদু করি অমতা কায়দনা পাংথোক্কে খল্লদুনা মচানিপানা অশিবা মপাগী মথুন্দা চৈনা লেংশিল্লগা তুরেন্দা থাদখি। চৈনা লেংশিনবা অশিবা হকচাং অদুনা তুরেলগী ঈচেন্দা

তাউথ্দুনা অসুম-অসুম চৎখিবনা মখোয়না লৈরিবা খুল অদু লানথোক্লগা অতোম্পা খুল অমদা য়ৌখ্রে। অশিবা হকচাং অমা মথুন্দা চৈনা লেংলগা তুরেন্দা তাউথরকপা অদু উবদা খুল অদুগী অহল লমনশিংনা তুরেলগী তোর্বান্দা অশিবা হকচাং অদু চিংখত্তুনা থল্লগা খুল অদুগী পাউপুবা অহল অমনা চত্তুনা নিংথৌগী মফমদা হঙ্গৎলুরে। অহল অদুগী মচিন্দগী অমুক্তা থোকখিদ্রিবা অঙকপা থৌদোক অসি তাবদা নিংথৌনা লৈবাক্কী ফন্নাইবা অঙম অথৌ খরা থারক্তুনা অশিবা মীদুগী করি করম তৌদুনা শিরিবনো ? কনানা হাৎলিবনো ? খোঙ্গুল লীনবা থারক্লে। নিংথৌগী অঙম অথৌনা খোঙ্গুল লীবদা শিরিবা নিপা অসি হুরানবনি। মহাক্না হিংলিঙৈদা খুলগী ষণ, ইরোই, শগোল অমদি মীগী মপোৎ মচৈ হুরানবনি হায়বা ময়েক শেংনা খঙখি। অদুগা কনানা হাৎলিবনো ? হায়বা অদুদি খঙবা ঙমখিদে। অঙম্বগী পুক্লিংদা খনখি, হুরানবা অসি খুলগী মীনা মাবু নুংশিদবদগী খুঞ্জাশিংনা মাবু হাৎলগা মথুন্দা চৈনা লেংশিনবা শোয়দনা ওইরমগনি হায়দুনা খল্লদুনা ব্রাফম অসি নিংথৌদা হঙ্গৎলুবদা নিংথৌনা মনাই মশল থারক্তুনা খুল অদুদা লৈবা নিপা পুন্নমক ফাগৎলগা চৈরাক পীখি। অসিগুম্বা থৌদোক-ব্রাথোক অসিদগী পাউরৌ অসি লৈখিবনি; " মী ফত্তবদি শিরবসু মরূনা য়ুই।"

অসুন্না চহি অম-অনী লেরগা মচানিপাগী মঙদা ফত্তবা নিপা অদু লাক্লগা হায়ররে; " ইপাদি পাপ কয়া তৌরকপনা নরক কোমদা লৈবসি ব্রারে, অদুনা ইপাবু নরক কোমদগী অমুক্তদি কল্লু " হায়রম্লগা মঙ-ফাউরকই। মচানিপা অদু মপানা নরক্তা লৈরে, হায়রম্বা অদুদা তুম্বা চাবা খঙদ্রে। করম তৌরগা মপাবু নরক্তগী কনশিগে খনবা মখৈ খল্লগা, মপানা হুরাল্লম্বা অদুদগী হেন্না মচানিপা অদুনা হুরাল্লে। মীগী ফনেক, খুদৈ কাউদুনা লৌশিল-হৌদবা মানবু ফংনরবদি থাদোক্তরে, অদুদগী হেন্না য়েঙ্গাং-নাপী অসিতসু নত্তনা নুপী অঙাংদসু চোম্পা হৌরক্লে। মতম অদুদা খুল অদুগী অহল লমনশিংনা হায়নলক্লে, মপাদগী মচানা ফত্তে, মপাদুদি ওম্বোক্লা ফখ্রেদা হায়নবগী মপা অদু স্বর্গ কাখি।

মপানা মঙদা অমুক লাক্লগা " হৌজিক্তি ইপা স্বর্গ কারে। ইপানা নঙোন্দা হায়গবদি হুরাবগী থবক অসি থাদোক্তুনা অফবা থবক তৌদুনা নপাঙ্গন্না তানবা অদুনা অশেংবা নরন্নি, নহাক মতম পুন্নমক্তা মঙ্গল ওইরু " হায়না হায়রম্লগা চৎখি। নুমিৎ অসিদগী মচানিপা অদু হুরানবা তোকখি। খুল অদু নুংঙাইনা পানখি।❑

# শিরবসু মরুনা য়ুই (২)

থায়না মমাঙঙৈদা খুঙ্গং অমদা ফত্তবদা ফাউবা নিপা অমা লৈরম্মী। নিপা অসিগী নুপী অদু মচানিপা অমা পোক্লল্লগা মনুং মতম চাদনা ঙস্তা শিখিরম্মী। হায়রিবা নিপা অসি ময়াম্না মমিং তাবদা কিবনা কোক্তগী খোঙ য়ৌনা তু-খেন্নাউ লাউনা তুজুংবা ফাউদবা মীওই য়াওনদে। তৌগে হায়বদা তৌবা ঙম্বা মথোং চাদবা মীওইনি। অয়ুক-নুংথিলদনা খুঙ্গং অদুদা মানা অমগী ব্রা অমদা তল্লগা অমগা-অমগা খৎনহল্লি, অমগা-অমগা কৌনহন্দে। অহিং ওইবগা মীগী ময়ুমদা হুরানবা চংবা, অয়ুক-নুংথিল ফাউবদা মীগী মযুমদা কোযরুবদা মানা অপাম্বা পোৎ ওইরবদি হেক্তা পুদুনা লাকই। মানা ফত্তবসি মীগী মচানুপী মীগী নুপী মশক মতৌ লৈবী ফজবী মানবু পাল্লবদি পুদুনা লাক্লগা হেক্তা লৌবা, য়াদ্রগা হাৎপা অসুম্না নুপী মবি-মঙাদি শুরবনি মানা হাৎপসি। ফত্তরবা অসিগুম্বা থবক অসি নোংমগী কায়দনা মানা তৌরি।

খুঙ্গং অদুদা লম কোয়বা লাকপা নিপা অমথক নুপী অমা লৌবগা শৈদাংদুনা লৈবা ময়াম্না নিঙোল মন্না হায়রগা খঙনবা নিপা অমসু লৈরম্মী। নিপা অসি শুবা নোম্বা কনবতা নত্তনা লংফৈদা লল্লোনবা চৎপদগী নিঙোল মন্না অদু শেল পায়বদা মমিং হাযফেৎ লৈরে। নোংমদি লল্লোনবা চৎলূবদগী হল্লকপদা পুরকপা শেল-থুম পুন্নমক ফত্তবা নিপা অদুনা লৌরগা থিনা ফুবিরবদা নিঙোল মন্না অদু খাঙবা ঙমদদুনা খুঙ্গং অদু থাদোক্লগা মথন্নাই খুবাক্তা হাপ্লগা চেনখি। অসিতা নত্তনা খুঙ্গং অদুদা খরবু শেল পায়রবা ইমুং অদুদা চঙলগা শেল পীয়ু নৎত্রগা নুপী অঙাংদা নত্তবা শাজৎ, ওৎপা নৈবা তৌবা, অসুম্না খুঙ্গং অদুদা মানা নোংম-নোংমগী ওৎপা নৈবা হাৎপা তৌরকপসিনা খুঙ্গং অদুগী মীওইশিং পুম্বা কিবনা খাঙবা ঙমদনা মহৈ-মহৈ ময়ুম থাদোক্লগা চেন্নবা হৌরক্রে। লৈহৌরিবা খুঙ্গংগী মীওই খরদি নোংমা খরা

ফরকন্দরা হায়বা ৱাখলদা খুঙ্গং অদুগীমীওইশিং ৱানা থাঙনরে।

ইচা ফত্তবা চাউবা ঙায়বা,

ইৱা ফত্তবা শিবা ঙায়বা।

মীওইবা হায়বসি নোংমদি শিরগদবা ঙক্তনিনা, অসুন্না ৱানা লৈরক্লবদা লাইগী নোংদম কনানা তম্বা ঙমগনি। নোংমদি ফত্তবা নিপা অদু কন্না নারে। মাইবা মাইবীনা অনাবা খুৎথারে, শোয়দনা শিরনি হায়রে। খুঙ্গং অদুগী মীওইশিং হরাউনরে। ফত্তবা নিপা অদুনা খুঙ্গংগী মীওইশিং পুন্নমক কৌরগা ময়াম পুম্বা খুরম্লগা হায়রকই। " ঐদি হৌজিক শোয়দনা শিরনি হায়বা ঐ খঙলে, করিগুম্বা পুক্লিংগী নিংঙমদবা ৱাহে খরদং ফোঙদোক্লমগে হায়দুনা ময়ামবু কৌজবনি। ঐনা তাইবংপানসিদা নখোয় ময়ামগা লৈমিন্নরকপদা নোংমতা অফবা থবক অমতা তৌরক্তবা মীগী মাঙনবতা তৌবা, তৌহৈ-তৌহৈদবা মীনা তুকৎচরবা থবক্তা তৌদুনা লাক্লবনিনা ঐসি মী ফত্তবনিনা পাপ্না থুমহৎলবা পাপ্পী হায়বদু ঐ ওইরে। অদুনা ময়ান্না ঐবু শোয়দনা হাৎনিংলমগনি অমদি শিহন্নিংলমগনি হায়বসি ঐসু খঙি। হৌজিক্তী নখোয় ময়ামগী ননিং থুংনবা ৱা অমত্তং ঐনা শিরমদাই মতম অসিদা হায়জরমগে; " হোরেন ঐনা শিরবা মতুংদা ঐগী অশিবা থৱাই য়াওদ্রবা হকচাংসি সড়ক্তা পুরগা ময়ান্না লাঠিনা, উতুপ্না ফুরো অদুগা থাঙনা কাবোক-কাবোক য়াল্লো অদুগা ৱাশাং অমা মচিন তুম্লগা ঐগী থুনদগী লেংবদুনা ইয়া ফাউনা লেংলগা সড়ক্কী মপান্দা নুংশাদা মতম চুপ্পগী ওইনা ফৌদুনা থম্মু। অদু ওইরবদি ঐনা লঙজরম্বা পাপকী থবক অদু ঈশ্বরনা ঐবু খরদি ঙাকপীরগনি হায়না নিংঙি। অমদি ময়ামগী নিংবা খরদি থুংলগনি।

ফত্তবা নিপাদু ঙহাক লৈরগা শিরে। মানা শিরমদাইদা হায়রম্বা ৱাগী মতুং ইন্না খুঙ্গং অদুগী মীয়ান্না মাগী অশিবা হকচাং অদু সড়ক্তা পুরগা লাঠিনা, উতুপ্না ফুরগা থাঙনা কাবোক-কাবোক য়াল্লে অদুগা ৱাশাং অমা মচিন তুম্লগা মথুনদগী লেংবদুনা ময়া ফাউনা লেংলগা সড়ক্কী মপান্দা নুংশাদা মতম চুপ্পগী ওইনা ফৌদুনা থম্লে। অদুগা ময়াম পুন্নমক ঙসিদগী খুঙ্গং অসি ইংলনি হায়নরগা ময়ুম-ময়ুমদা লাকনরে।

নোংম-নিনি লৈরগা অঙকপা থৌদোক অদু পুলিস অমনা থেংনরবদা দারোগা তাক্লবদগী খুঙ্গং অদুদা এস.পি লাক্লগা " মসি কনানা তৌরিবনো ?" ময়ামদা হংবদা ঐখোয় খুঙ্গং অসিগী মীওইশিংনা তৌবনি হায়না খুমবদা এস.পিনা অদুদি নখোয় মী হাৎপগী মরাল লৈরে। অদুনা নখোয় হৌজিক

জেলদা লৈবা তারে হায়দুনা খুঙ্গং অদুগী মীওই পুম্বা ফারগা পুখি। খুঙ্গংগী মীওইশিং পুম্বা জেলদা লৈবদা দারোগা অদুনা করি মরমগী নখোয়না হাৎলিবনো ? হংলবদা অহল ওইরবা অমনা অচুম্বা থৌদোকশিং ফত্তবা নিপা অদুনা নোংমগী ওৎলম্বা শিদ্রিঙৈদা হায়রম্বা পুম্বা মথং শিৎনা হায়রে। এস,পিনা খুঙ্গংগী অহল ওইরবা মপা-গুল্লবা অদুনা অচুম্বা থৌদোক্কী ৱারী পুম্বা লিদুনা তারবদা মখোয় পুন্নমক মরাল লৈতরে হায়দুনা জেলদগী থাদোকখি। অহল ওইরবা অদুনা মীয়ামদা হায়রকই; " মী ফত্তবা পাপ্পী অদুনা শিরবসু মরূনা হেক য়ুইদা।"

অসুন্না চহি অম-অনী লৈরগা মচানিপাগী মঙদা ফত্তবা নিপা অদু লাক্লগা হায়ররে; " ইপাদি পাপ কয়া তৌরকপনা নরক কোমদা লৈবসি ৱারে, অদুনা ইপাবু নরক কোমদগী অমুক্তদি কল্লু " হায়রল্লগা মঙ-ফাউরকই। মচানিপা অদু মপানা নরক্তা লৈরে, হায়রম্বা অদুদা তুম্বা চাবা খঙদ্রে। করম তৌরগা মপাবু নরক্তগী কনশিগে খনবা মখে খল্লগা, অহল-লমন লাইগুরু কয়া তান্নরগা উৎসব অচৌবা অমা তৌরগা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব কয়াদা দান কয়া-কয়া তৌরগা মচানিপানা হায়জরকই " তাবিয়ু ভক্ত ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব, অমদি খুঙ্গং অসিগী লাইগুরু পুম্বদা তোল্লবা ঐনা খুরমজরি, ঐগী ইপানা খুঙ্গং অসিদা ফত্তবা থবক কয়া তৌরম্বদু ময়ামগী খোঙ পায়দুনা হায়জরি, অমুক্তদি ইপাগী মরাল অদু কোকপীয়ু। " হায়না খুরল্লগা হায়জরবদা তিল্লিবা মীয়ান্না হরাউনা ফত্তবা মপা অদুগী ঙাকপিফম থোকত্রবা মরাল অদু ঙাকপিরে।

মপানা মঙদা অমুক লাক্লগা " নঙনা অফবা ইচা ওইবদগী ইপা হৌজিক্তি স্বর্গ কারে, মতম পুন্নমক্তা মঙ্গল ওইরু " হায়না বর পীরল্লগা চৎখি। অদুদগী খুঙ্গং অদু নুংঙাইনা পানখি।❑

# সাধু চেংজংবগী ৱারী

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমদা মশক মতৌ ফজবা ইনাক-খুনবা পাখং-মচা অমা লৈরম্মী। পাখং অসি য়াম্না ইং-তম্পী, লমচৎ, ব্যবহার, নীতি য়াম্না ফজবা মীনি। অদুবু মহাক মমান্নবা কয়া তিন্নদে, মথক-থোংবা মপাগুম্বা অহল ঙক্তা তিন্নে। অহল-লমনশিংগী মনাক্তা ফমদুনা লাই-তিনগী ৱারী তাই, মরক-মরক্তা অহলশিংগী সেবা তৌরি।

নোংমদি অহলশিংদা খুরম্লগা মানা ৱাহং অমা হংখি, " লাইগুরুশিংদা ননাই ঐনা করিগুম্বা অমতং থা কুম শুরবী নুপীগী গর্ভদা লৈবা অঙাং অদু নুপীনি, নিপানি হায়বসি করম্না খঙগনি ?" মাগী ৱাহং অদু অহলশিং অদুনা খুম্লকই, " ইবুংঙো এই যেৎ খোঙ অনীদা য়েংগনি, অরুম-অয়াংগী চাংদা খঙগদবনি। " অহলশিংগী অসিগুম্লবা মমল য়াম্লবা ৱাহৈ'সি মন্ত্রনি হায়না পাখংমচা অদুনা লৌশিল্লি।

নোংমা অয়ুক পাখংমচা অসিনা মাগী মনেগী ময়ুম লাকপদা থা কুম শুরবী নুপী অমা ঈশিং শোকপা লাকপা মানা উরে। পাখংমচা অসিনা নুপী অদুনা চৎলিবা খোঙ-থাং অদু মুন্না য়েংলবা মতুংদা নুপী অদুগী গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অসি নুপীনি হায়বসি খঙখি। পাখংমচা অদুনা নুপী অদুগী মনাক্তা প্রপ-প্রপ চংশিনখিদুনা ঈশিং শোক্লিবী নুপী অদুদা ইনেম্বোকপু খুরমজরি হায়রগা খুরমখি। নুপী অদু ইঙক-ঙকই অদুগা হায়রকই, " ইবুংঙো ! নঙনা ইনেম্বোকপু হায়দুনা খুরম্বদি করিগীনো ?" হায়না হংঙি। পাখংমচা অদুনা " গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অসি নুপীনি হায়খি। অঙাং অসিনা পোক্লগা ঐ লৌজগে, অঙাং'সি পিক্লিঙৈদগী ঐনা নিপা-নহা অমতা উহন্দনা য়োক্লবদি সতী হায়বদু ওইরনি, অদুগা মতিক চারবা মতমদা লুহোংগে হায়রকই।" পাখংমচা অদুগী ৱাদু তাবদা নুপী অদুস্‌ য়ারে। নোংম-নিনি লৈরগা পাখংমচা অদু অমুক লাক্লগা নুপীদুবু

লৌরিবা নিপা অদুদা অমুক ইকুবোক হায়দুনা খুরম্লে। মদুদা নিপা অদুনা " ফরে-ফরে ইবুংঙো ! নঙগী পাউ পুন্নমক লোইনা তারে, ননেম্মোক'সিনা তম্বদগী, ফংজরো নঙগী নীং-থুংজরো " হায়দুনা য়ারে।

মতম খরা লৈরবা মতুংদা নুপী অদু অঙাং উনরে, নুপীমচা মশক মতৌ ফজবী অমা পোক্লে। চহী অমা শুরবা মতুংদা হায়রিবা পাখং অসিনা লাক্লগা মনেম-মকুদা খুরম্লগা অঙাং অদু পীরো পুখ্রগে, হায়না হায়রবদা, হরাউ-হরাউ অঙাং অদু পীরক্লে। পাখংমচা অদুনা অঙাং নুপীমচা অদু উমং অমদা পুদুনা লাক্লগা য়ুম অমা শারগা অঙাং অদু চাউননবা য়োকই। কনাগুম্বা মী পোং অমতা উহন্দে। অঙাং অদুনা কাবোক-কাবোক চাউরক্লবা লোন খর-খরা থোক্লকপা মতম অদু-ৱাইদদি নুপীমচা অদু মতোমতা লৈহল্লে। মহাক ফাউবা লৈ হায়বা খঙহনদ্রে। মহাক্তি চাউরবা উ পাম্বী অমগী মতোন্দা লৈদুনা অঙাং শংদুনা অদুম লৈরে। উগী মতোন্দা লৈরিবা অদু ফাউবা নুপীমচা অদু খঙহন্দে। নুমিদাং ওইরগা নুপীমচা অদুগী চানবা থক্লবা য়েঙ্গাং-নাপী চেং-হৱাই ঈশিংনাচংগা ৱাৎতনবা পীরম্মী। মতৌ অসুম তৌদুনা চহী তরামঙা শুরবা অদুদদি যৌবনগী মতম ওইদুনা লৈশাবী মপুং চপ চানা ফারে, অদু ফাউবদা নুপীমচা অদুগী মাফ-মরোল মতম চানা পীদুনা করিমতা ৱাৎহন্দনা থম্মী।

মতম অসিদা লৈবাক অদুগী নিংথৌমচা অমনা নুমিৎ খুদিংগী লাক্লগা হায়রিবা লৈশাবী অসিগা নুংশিনা হেক-হেক ৱারী শান্নে। নোংমদি নিংথৌমচা অসিনা " ইবেম্মা ! ঐহাক অসি নিংথৌগী মচা, যুবরাজনি ঐগী তালোই ওইরগে " হায়না হায়রে। ৱাফম অদু তাবদা লৈশাবী অদুনা হায়রকই, " যুবরাজকী তালোই ওইগে তাকপিবা ঐগীদি লাইবক ফবনি, অদুন্নদি ওইরগা ঐনা তাজবদা, ঐসি ইমাগী গর্ভ-নুংদা লৈরিঙৈদগী ঐবু লৌগে হায়বা নিপা অমা লৈ হায়। অদুবু ঙসি ফাউবা নিপা অদু মশক উহনদনা মানা ঐবু য়োক্লক্লিবনি হায়না তাই। মরম অদুনা করিগুম্বা নিপাদুনা যুবরাজবু উখিবা থোক্লবদি য়াম্না খুদোং থিরনি, ঐগী পুন্সিবুসু মাঙহনগনু, তোল্লবীবু ঙাকপিয়ু।" ৱাদু তাবদা যুবরাজ অদুনা হায়রকই, " ইবেম্মা ! ঐদি নঙগী ননাক্তা লাক্তবা ঙল্লোই, নঙবু উদ্রবদি লৈবা ঙমদে, অদুনা নঙবু য়োক্লিবা নিপা অদুসু উদনবা ঐ হয়িং ওনবা ঙম্মী, অদুনা হয়েং মথৈদি হয়িং ওন্দুনা লাক্কে " হায়রম্লগা যুবরাজ অদু চৎখি। নুমিৎ খুদিংগী যুবরাজ অদুনা হয়িং ওন্দুনা লৈশাবী অদু উন্নবা লাকই। নুমিদাং খুদিংগী নিপা অদুনা লৈশাবী অদুগী চাননবা পোৎ অদুম-মক মশক উহন্দনা থম্লি। মসি লৈশাবী অদুগী সতী পুকচেল চাং য়েংবনি। মহাক্লা সতী ওইবী

নুপীবু লৌবা পাল্লুবদগীনি। নিপা-নহা উহনদনা, মাগী মশক ফাউবা লোত্তুনা নুপী অদুবু য়োক্লকখিবনি।

নোংমদি অয়ুক ঙন্তা সাধু লম্বোইবা অমা লাক্লগা লৈশাবী অদুনা লৈরিবা মফমদুদা থুংলরে। সাধু লম্বোইবা অদুনা হায়রকই. " ইবেম্মা ! মফম'সিদা চাক চথোম অমতা থোঙলগা চাখিগে " হায়বা সাধু অদুগী ৱাদু তাবদা. লৈশাবী অদুনা ৱাইরম তৈথোক্তুনা সাধু অদুগী চাক থোঙনবা শিল্লাংদুনা লোইরবদা সাধুনা চানবা চাক থোঙখ্রে। সাধু অদুনা চাক থোঙন-থোঙনা মাগী য়ুবী খুজাই মনুংদগী নুপী লৈশাবী মশক মতৌ ফজরবী অমা পুথোরকখি। নুপী অদু সাধু অদুনা সতীনি হায়দুনা পুরিবনি, হায়রিবা নুপী অদদা সাধু অদুনা. " ইবেম্মা ! ইরুজরুরো " হায়দুনা হায়রবদা য়ুবী খুজাইদগী পুথোক্লকপা নুপী অদু ইরুজবা লাক্লে। নুপী অদুনা ইরুজরমদাইদা মাগী শম্বুলদগী মশক মতৌ ফজখ্রবা পাখং অমা পুথোরকখি. অদুগা মখোয় অনী অদু নোকখেদুনা ৱারী-ৱাতাই কয়া শানন্দুনা ইরুজমিন্নরে। ইরুজবা লোইরবা মতুংদা নুপী অদুনা পাখং নিপা অদু অমুক মাগী শম্বুলদা হাপচিল্লগা ইরুজবা কারক্লে। তৌবিবা থৌদোক অদু উতোন্দা লৈরিবা পাখংমচা অদুনা লোইনা উরম্মী। সাধু লম্বোইবা অদুনা চাক থোঙবা লোইরদুনা চাক চাকলুক অহুমখক থাদুনা চাক থিবদু উবদা উতোন্দগী নিপা অদুনা প্রপ-প্রপ কুমথরক্লগা সাধু অদদা হায়রকই. " ঙাইথো সাধু বাবা. চাক চাকলুক শুদ্রি. চাক অমুক থোঙগৎপিবা তারি। " সাধু অদু ইঙক ঙকই, অদুবু পাখংমচা অদুনা হায়জবদগী সাধু অদু চাক অমুক থোঙহল্লে। পাখংমচা অদুনা চাক চাকলুক মাগী অমা য়াউরগা তরুক থারে। সাধু অদুনা হংঙি. " ইবুংঙো ! ঐগী য়ুবী খুজাই মনুংদা লৈরিবী নুপী অসিগা ঐথোয় অহুম. ইবুংঙোগা থারগা মরি চাগদবনি. চাক চাকলুক তরুক থারিবসি করিগীনো ?" হায়না হংলবদা পাখংমচাদুনা " সাধু বাবাজী. ঐ মী কৌরগে চাক চানবা অহানবদা সাধু বাবাগী য়ুবী খুজাইগী নুপী পুখোকপীরকউ " হায়রবদা সাধু লম্বোইবা অদুনা নুপী অদু পুথোরক্লে । নুপী অদুদা অমুক " ইবেম্মা । নঙগী শম্বুলদগী পাখং অদু পুথোরকউ " হায়বদা নুপী অদুনা শম্বুলদগী পাখং অদু পুথোরক্লে। অদুগা মানা য়োক্তুনা থল্লিবী লৈশাবী অদুদা অমুক হায়খি, " ইবেম্মা ! নঙনা লোত্তুনা থল্লিবা হয়িং ওল্লিবা যুবরাজ অদু পুথোরকউ " হায়বদা মদুদগী লৈশাবী অদুনা লোৎপা য়াদদুনা যুবরাজ অদু পুথোরক্লে। মতৌ অসুম তৌদুনা মখোয় তরুক চাক চামিন্নরে। চাক চাবা লোইরবদা পাখংমচা অদুনা সাধু লম্বোইবা অদুদা " সাধু বাবা, বাবানা য়ুবী খুজাই মনুংদা সতীনি হায়দুনা

পুবিরকপা লৈশাবী অসি মাগী শম্বুলদগী পাখং অদুদা পীখ্রসি. অদুগা ঐনা থম্লিবী লৈশাবী অসি পীক্লিঙেদগী য়োক্লকপনি, মহাক্লা হয়িং ওন্দুনা লৈরিবা যুবরাজ অসিদা পীখ্রসি " হায়না হায়রে। পাখংমচা অদুগী ৱাদু তাবদা পুন্নমক তুমিন-তুমিন লৈনখি। মমৈথংদা সাধু লম্বোইবা অদুনা মানা পামজবা মতুং ইন্না সাধুনা পুরকপা লৈশাবী অদুগা শম্বুলদগী পুথোকপা পাখং অদুগা. পাখংমচা অদুনা য়োক্লিবী লৈশাবী অদুগা হয়িং ওন্দুনা লৈরিবা যুবরাজ অদুগা মথোয় অনী অনী অদুম চৎহনখ্রে। সাধু লম্বোইবা অদুগা পাখংমচা অদুগা মথৱাই নুংঙাইতনা অদুম লৈহৌরে।

মরম অসিনা কনাবুসু কনানা থাজবা য়াদে, ঐ ঐগী খুদোংচাবা য়েংনবা ঙক্কনি। অদুবু হোৎনবদি তাই, অচুম্বা লম্বী চৎনবা।❑

মণিপুরী ফুঙ্গাৱারী

(অনীশুবা শরুক্ )

লোইজরে।





অইবগী মরমদা



| | |
|---|---|
| মপুঙ ফাবা মিং | ঃ- কন্নম নীলকান্ত সিংহ। |
| পোকপগী তারিখ | ঃ- ফেব্রুৱারী তাং ৭,১৯৫১ইং। |
| পোকফম | ঃ- সিঙ্গেরবন্দ মনিং লৈকাই। |
| লৈফম | ঃ- ময়নারবন্দ। |
| অপোকপা | ঃ- শ্রীগৌরমোহন সিংহ। |
| অপোকপী | ঃ- শ্রীমতী থম্বাল্ দেবী। |

মরী লৈনবা লুপশিংঃ-

| | |
|---|---|
| ভাইস প্রেসিডেন্ট | ঃ- শ্রীশ্রী রাধেশ্যাম মন্দির, ইস্কোন ময়নারবন্দ। |
| লাইফ মেম্বর | ঃ- মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল। |
| লাইফ মেম্বর | ঃ- মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,আসাম। |
| লাইফ মেম্বর | ঃ- মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মেঘালয়। |
| জেনরেল সেক্রেটারী | ঃ- মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,আসাম। |
| জেনরেল সেক্রেটারী | ঃ- পাম্বোইবী পাব্লিকেসন্, আসাম। |
| সেক্রেটারী | ঃ- মণিপুরী লিটারেরী সোসাইটি,আসাম। |
| ডোনর | ঃ- মীতৈ ইমা লনগে লুপ (মিল)। |
| স্পেসিয়েল ডোনর | ঃ- মীতৈ পূকে লুপ। |
| চীফ পেট্রোন | ঃ- নহারোল সাহিত্য মরুপ, আসাম। |
| কমিসোন মেম্বর | ঃ- ইম্ফাল রেপ্টার্ন থিয়েটার। |
| মেম্বর | ঃ- মণিপুরী মিল্লেনিয়াম সোসাইটি। |
| মেম্বর | ঃ- ইস্কোন, মণিপুর। |

অইবগী ফোঙ্খ্রবা লাইরিক্শিং ঃ-

| | |
|---|---|
| ১।ঐদি লায়রবা মচানি | ঃ- উপন্যাস ১৯৮৬ইং। |
| ২।থম্থরে পিরাংলক্তা | ঃ- শৈরেং ১৯৯৩ইং। |
| ৩। নীংঙমহৈদ্রবা থোঙ্চৎ | ঃ- শৈরেং ২০০০ইং। |
| ৪। ময়াক তুরেল তোর্বান্দা | ঃ- শৈরেং ২০০২ইং। |
| ৫। মনীংতমলে পৃথিসিদা | ঃ- শৈরেং ২০০৩ইং। |
| ৬। শান্তিগী লৈরাং | ঃ- শৈরেং ২০০৪ইং। |
| ৭। করম্না হিংগনি ? | ঃ- শৈরেং ২০০৫ইং। |
| ৮। ঐ অমুক পোক্লকই | ঃ- শৈরেং ২০০৬ইং। |
| ৯। মণিপুরী ফুঙ্গারারী (অহান্বা শরুক) | ঃ- ফুঙ্গারারী ২০০৬ইং। |
| ১০।মণিপুরী ফুঙ্গারারী (অনীশুবা শরুক) | ঃ- ফুঙ্গারারী ২০০৭ইং। |

শিলচর ঃ-
১২ , ৯ ,২০০৭ ইং

কে, প্রভাসিনী দেবী।
ময়নারবন্দ ।